# মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ

ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ
রেঃ নং ১৮৩৮

সম্পাদক :—
শ্রীলাইশ্রম মণি সিংহ, ভক্তিরস চূড়ামণি, ব্রহ্মপুর

শকাব্দ—১৮৯৮
ইং শোক—১৯৭৬

# মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ

ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ
রেঃ নং ১৮৩৮

সম্পাদক ঃ—
শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, ভক্তিরস চূড়ামণি, ব্রহ্মপুর

শকাব্দ—১৮৯৮
ইংশোক—১৯৭৬

সত্ত্ব পুন্নমক অইবগীনি ]

মমল লুপা। ৭·





# নোম্লুকচবা

শ্রীমণিপুরেশ্বর মহারাজ ৺শ্রীবোধচন্দ্রসিংহ, মহারাজ ইবুঙোনা, স্নায়াথং তাকপী। মণিপুর ইতিহাস ৱারী অদুগা মণিপুরগী প্রসিদ্ধ দেবতা মগুণ লৈরবা ঈশ্বর খৈবিকী মুংশিত্রখা ৱারী অমস্তুং মগুণ লেংঙু, হায়দুনা স্না য়াথং পীবি। স্না য়াথং মতুংইন্না থিজবদা তাকপীরকপা, তম্বীরকপা ওঝাশিং খৈবিকপু ইর্জার —মণিপুরেশ্বর মহারাজ ৺শ্রীচুড়াচান্দসিংহ স্ন, হাক্তক্তা পণ্ডিত অচৌবা ওইবা, মাগী মচানিপা মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, রাজ পণ্ডিত অসিনা খঙদবা পুন্নমক তাকপী। ঐগী ওঝা ইবুঙোনি। অনিশুবা হৈরাংগোইথোং, মাইবম লৈকাইদা লৈবা খোইরোম চাউয়াইমা-সিংহ, পণ্ডিত পুন্নমক্লা শক খঙলবা পণ্ডিত অমনি। অহুমশুবদা হাওবম মরক, ইরোম লৈকাইদা লৈবা নাথৈরাকপম ৺শ্রীদিনোসিংহ রাজ পণ্ডিত। অসিনচিংবা গুরুজন খৈবিক্তগী ফংজবা মৈতৈ লাইরিক্তগী অমস্তুং চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা লাইরিক্তগী ফংজদুনা বিজয় পঞ্চালী কৌবা লাইরিক খণ্ড মঙা ফোঙজখ্রে। মতুং অসিদা শ্রীগোবিন্দজীগী থৌজান্দগী হন্দক মণিপুর দেবালয় গ্রন্থ কৌবা ঈশ্বর ৬ গী ৱারী, মগুণ লেংজরি। অসিগা তিন্নমা মীওইবনা থাদোকপা য়াদ্রবা শাজং (সদাচার) কৌবা গ্রন্থগা পুন্না ফোঙজরি। শ্রীগোবিন্দনা কৃপা পীনবিরবদি মৈতৈলোন্দা মথেক ১৪ না পদ শাদুনা "হায়বা — থীবা' য়াননবা লাইরিক খরস্থু ফোঙদোকচগে হায়না নীংজার।

শ্রীলাইশ্রম মণি সিংহ
ভক্তি রস চূড়ামনি, ব্রহ্মপুর থাঙপাৎ মপান।

# বাহৌদোক

শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ মদনমোহন।
শ্রীবিজয় গোবিন্দজী শ্রীবংশী বদন ॥
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজী শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রজী।
এই সাত মণিপুরে বেড়িয়া বিরাজী ॥
মণিপুর দেবালয় প্রসিদ্ধ দেবতা।
রাধা কৃষ্ণ প্রেমদিতে এ সাত উদিতা ॥
লমাংদোং অদ্বৈত প্রভু, প্রভু গৌররায়।
অরাম্বম নিত্যাই প্রভু, হঙোই চুড়ায় ॥
এই চারি সঙ্গে দেব এগার ঈশ্বর।
প্রণাম করয়ে মুঞি অধম পামর ॥

শ্রীগোবিন্দনা কোন্নুংদা, গোপীনাথনা নিংথৌখোংদা, মদনমোহননা উরিপোক্তা, বিজয় গোবিন্দনা শগোলবন্দা, বংশী বদননা খাংঙবোক্তা, কৃষ্ণচন্দ্রনা ককচিংদা, বৃন্দাবনচন্দ্রনা কোন্নুংদা, সাত দেবালয় ইবুঙো ইবেম্মা ৭ না ঙাল্লি। অদ্বৈতনা লমাংদোংদা, গৌররায়না শেগালম্বাদা, নিত্যাইনা লালাম্নুংদা হঙোই চুড়ানা কোংবদা ঙাল্লি। ইষ্টদেব খৈবিকী থৌজান্দগী মণিপুর দেবালয় গ্রন্থ কৌবা লাইরিক অসি লেংখৈ। অরানবা পুম্নমক ঙাকপীগনি নীংজদুনা হন্না হন্না খুকমজরি।

শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহ
ভক্তিরস চূড়ামান।
সাং ব্রহ্মপুর, থাঙ্গপাৎ মপাল।

## হীরম লামাক্স



## সদাচারাবলি গ্রন্থ

শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দগী চরণ কমলদা
ননাই তোল্লবনা খুরমজরি।



শ্রীলাইশ্রম মাঙ্গৈ সিংহ
ভক্তিরস চূড়ামণি।

# মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ

## শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দ পাদ পদ্মেভ্যঃ নমঃ

দিব্যবৃন্দারন্য কল্পদ্রুমাধ শ্রীমদ্রত্নাগার সিংহাসনস্থৌ ॥
শ্রীশ্রীরাধা শ্রীল শ্রীগোবিন্দ দেবৌ প্রেষ্ঠালিভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি ॥

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
শ্রীরূপ সণাতণ ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ ॥ (১)

এই ছয় গুরু করি চরন বন্দন।
ইহা হৈতে বিঘ্নিনাস অভিষ্ট পুরণ ॥
শুনিয়োক শ্রোতাগন করি নিবেদন।
ভাগ্যবতী গুণ কথা করিয়ে রচন ॥ (২)

অগ্রহায়ণ মাসেতে শুক্লা যে দ্বাদশী
রেবতী নক্ষত্রে ধনু লগ্নে মীন রাশি
শুক্রবারে প্রাতকাল একযাম গতে।
সেইকালে শ্রীগোবিন্দ অভিষেক কৃতে ॥ (৩)

শ্রীরাস মণ্ডলি স্থানে নিকটে সাজিল।
মন্দির নিকটে সেই উপবন হৈল ॥
ভাগ্যবতী রাজপুত্রী রাসেশ্বরী হয়া।
রাজবংশী কন্যাগণ গোপিনী হইয়া ॥ (৪)

রাস অন্তে শ্রীগোবিন্দ আরতি অর্পিল।
মন্দির ভিতরে তবে প্রভু প্রবেশিল ॥
আজি হৈতে মণিপুর দেশ সমর্পিল।
ছত্র দণ্ডে সিংহাসন সকলি তুমার ॥ (৫)

---

(১) শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুরুমজৈ। অদ্বৈত গৌর ভক্ত গুরু গোস্বামী থিবিকী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রীরূপ সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ, শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথগী চরন্দা খুরুমজৈ। (২) খুরুমজরিবা গোস্বামী ৬ কী কৃপা ফংজরবদা সংসারগী অরা অনা পুম্নমক কোক্কুনা নিংবা থুংবা পীনরবা গুরুজন খৈবিকনি। তাবিয়ু শ্রোতা খৈবিক ননাইনা খুরুমজরি। মথা অসিদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মচাইবেম্মা ভাগ্যবতীগী গুণ খরদং লেংজগে ॥ (৩) হিয়াংগৈ থাগী ১২ নি পানবা দ্বাদশীদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌরে। রেবতী নক্ষত্রনি, ধনু লগ্ননি, মীন রাশিনি সুমিৎনা ইরাইনি অয়ুককি পুং ৮ চৎপ্রগা ১০ গী মনুংদা অভিষেক কৎলে ॥ (৪) ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা রাস কচ্চগে নিংদুনা রাস মণ্ডল ১ শেমজরদুনা মেরাগী পূর্ণিমাদা মচাইবেম্মা ভাগ্যবতীনা রাসেশ্বরী ওইরগা রাজবংশী কন্যা, মচাইবেম্মশিংনা গোপী ওইদুনা রাস কৎলে। (৫) রাস লোইরগা গোবিন্দ আরতি কৎলে অদুদগী মন্দিরদা লেংশিনলগা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা

মোর বংশে বস্তরাজ ছত্র না ধরিবে।
এত বলি ভাগ্যচন্দ্র অর্পি প্রেম ভাবে ॥
ভাগ্যচন্দ্র গুনাগ্যতে সর্ব্ব প্রেম ময়।
মণিপুর হেন রাজা কভু নাহি রয় ॥ (৬)
শ্রীনরোত্তম গুণে সর্ব্বোকৃষ্ট হয়।
তেন মতে মণিপুর ভাগ্যচন্দ্র রয় ॥
রাজার নন্দিনী সেই নাম ভাগ্যবতী।
যার প্রেমে সর্ব্বজনে সদা ভুল মতি ॥ (৭)
শ্রীগোবিন্দ স্মরি স্মরি সদা নিয় ঝুরে।
গোবিন্দ নার্পিত বস্তু ভক্ষ নাহি করে ॥
রাজ পুত্রী ভাগ্যবতী রাজার স্থানেতে।
দীক্ষা মন্ত্র করি কন্যা শ্রী শুভ লগ্নেতে ॥ (৮)
গোবিন্দ অগ্রেতে সদা প্রার্থনা করয়ে।
প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ কৃপা কর অয়ে ॥

অষ্ট বর্ষে উর্দ্ধ কন্যা এ মতে প্রার্থয়ে।
দিনে দিনে গোবিন্দাগ্রে এ মতে করয়ে ॥ (৯)
রাজ পুত্রী ভাগ্যবতী কৈশোর আইল।
দেখি রাজা লোক দিয়া বার্ত্তা পুছাইল ॥
কার স্থানে বিবাহের মনে না মানিল।
শ্রীগোবিন্দ পাদ পদ্মে আত্ম সমর্পিল ॥ (১০)
কন্যা মনে বুঝি রাজা একমন কৈলা।
গোবিন্দের ইচ্ছা মত্রে এ বুদ্ধি করিলা ॥
কন্যা লয়া একদিনে গোবিন্দাগ্রে গেলা।
নিজকন্যা গোবিন্দকে তেগে সমর্পিলা ॥ (১১)
দুটি আঁখি নীরঝুরি কান্দি কান্দি কহে।
মণিপুর পুরন্দর শ্রীগোবিন্দ অহে ॥
তোমার চরনে দীনে কন্যা সমর্পিলু।
পাপিষ্টের কন্যাবলি কভু না ত্যেজিলু ॥ (১২)

---

শ্রীগোবিন্দদা খুৎনমদুনা হায়জৈ ঙসিদগী মণিপুরগী নিংথৌদি ইবুঙোনা ওইবিরগদবনি নব ছত্র দণ্ড পুন্নমক ইবুঙোদা কৎচরবনি। (৬) ঐগী বংশ ধারানালা কয়ানা প্রজা ঙাক্লকপদা মখোয়না ছত্রদণ্ড খাল্লরোইদবনি হায়দুনা ইবুঙোদা কৎখ্রে, মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র, শ্রীরাধাগোবিন্দগী প্রেমগী মশকমক ওইবা নিংথৌনি। (৭) শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা প্রেমময় ওইবগুম ভাগ্যচন্দ্রসু প্রেমময় প্রেমগী মশকনি। অদুগা মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতী কৌবীসিংসুং মানা গোবিন্দদা লৈজবা প্রেমদি অঙকপনি। (৮) শ্রীগোবিন্দবু কাউবা লৈতনা শোনজৈ, শোঙ্গবদা মিত্তগী পিনা কংবা নাইদনা ভাই। গোবিন্দদা কৎপা পোৎ নত্তবা করিগুম্বা অমত্তা চাদে। মপাবু ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌদা দীক্ষা মন্ত্র লৌদুনা অফবা লগ্নগী পুংফম্দা গোবিন্দবু খরনি হৌখি। (৯) নোংঙানবগা ঈকুজরে চন্দন থিল্লে, লৈ, তুলসী হেক্লে, ইবুঙোদা কৎলগা প্রার্থনা তৌজৈ। চহি ৮ লোইদুনা চহি ৯ চংবদগী অসুম্না কৎপসি নোংম নোংমগী সেবাসি অকাউবা, অতনবা নাইদনা হোৎনজৈ। (১০) ভাগ্যবতী মচা ইবেম্মা, নুপীমচা অমা ওইবগী ফজরক্লবা কৈশোর বয়স লাকলে, অদুদা নিংথৌনা (বিবাহ) লুহোংবগী কর্ম্ম পামদুনা, কনাদা অপাম্বা লৈবা মী থাজিন্দুনা হংহল্লি মী কয়াদা ওল্ল-ওল্লা হংহনবদা অপাম্বা অমা হায়রক্তবদা নিংথৌ মশামক্তা পাবুং! ঐদি গোবিন্দগী মনাই ওইজরে কনাগী মনাই ওইবা ঙমংরোই খুম্মী। (১১) ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ মচাইবেম্মগী পুক্লিং খঙলবদা রাখল তৌই, মাগী থম্মোয় অসিদা গোবিন্দগী কৃপা অমা পিরবোইরে খন্দুনা অফবা নুমিৎ অমা য়েংলদুনা মচা ইবেম্মা পুরগা গোবিন্দগী চরন্দা ভাগ্যবতী মচাবু কৎলকই। (১২) মিৎলু অনিদা পিগী

এই মতে নিজকন্যা সমর্পণ কৈল।
কন্যা সঙ্গে নৃপমণি দণ্ডবত হৈল ॥
মন্দির নিকটে এক গৃহ নির্ম্মাইল।
ভাগ্যবতী নিজকন্যা তাহাতে থইল ॥ (১৩)
বিষয়াদি ভোগ ক্রিয়া নাহি করে মতি।
কাম ক্রোধ মদশ্বগ্যাদি ত্যাগিল সম্প্রতি ॥
অন্যভাব নাহি করে গোবিন্দ মাত্র ভাবে।
হেন কন্যা মণিপুরে কভু নাহি হবে ॥ (১৪
সামান্য জনের মধ্যে না হয় গননা।
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্র জন্মি এই গনা ॥
প্রেমময়ি মানিলেন রাজার কুমারী।
শুন ভাগ্য ভাগ্যবতী ভাগ্যের কুমারী ॥ (১৫
গোবিন্দের ভোগলাগি করিল সেবন।
দিনে দিনে গোবিন্দের মন্দির লেপন ॥
তুলসী পুষ্প চন্দন করিল অর্পণ।
অনা লসে সেবণ প্রাতাদি অপরাহ্ন ॥ (১৬)
নিশি নিশি ভাগ্যবতী অনুরাগ ময়।
কান্দি কান্দি গোবিন্দে দর্শনাকাঙ্খা হয় ॥
গৃহের মধ্যেতে দুই পালঙ্ক রাখেন।
এক শয্যা গোবিন্দের বিশ্রাম রচেন ॥ (১৭)
শুভ্রবস্ত্র বালিশাদি দেখেন সুন্দর।
সখা কে গোবিন্দ আসি মনে ভাবি তার ॥
মনে ভাবে প্রান নাথ আসিবেন তথা।
কতদিনে না আসিলে হইবেন বাথা ॥ (১৮)

---

ইরানা থল্লি কপ্লচনা শায়রকই প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ! এগী ইচানুপী অসি ইবুঙোদা কক্চরবনি, পাপ চেনবগী মচা'নি হায়দুনা লৌশিনবিদবা তৌবিগন্নু শ্রীচরন্দা কৎলবনি। (১৩) ভক্তি অসি কৎলগা মচা ইবেম্মগা লোয়নন, দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজরে। মুমিৎ অদুদগী নংদি গোবিন্দগী ম'াই ওইরবীনি হায়চনা মন্দিরগী মনাক নক্কা য়ুম অমা শারগা অসিদা লৈংগদবনি হায়চুনা লৈহনলে। (১৪) ভাগ্যবতী, মবুঙোদা (আত্মা থরাই কচ্চখ্রে সংসারগী অরা মু'ঙাই রাখল পুম্নমক থাখ্রে অপাম্বা, অশাউবা, মু'না'বা, থৌরাংবনচিংবা পুম্নমক গোবিন্দগী সেবাদা হাপচখ্রে। ভাগ্যবতী কৌবী মচা ইবেম্মঙম্বা অসিদি মাঙদসু লৈখিদ্রি তুংদসু লাকলোই। (১৫) অচম্বা মপোক ওইরোই শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছানা লীলা অম শান্নগে হায়দুনা পোকপল্লবা তশেংবনি। গোবিন্দগী প্রেমনা থল্লবী নিংথোগী মচা ইবেম্মানি। তাবিয়ু ভক্ত খৈবিক লাইবক ফরবী ভাগ্যবতী মচাইবেম্মা (১৬) গোবিন্দগী লুক সেবাগী থৌরাং থরাই চঙনা হোৎনৈ। নোংমা কাংদনা মন্দির তৈইজ, তুলসী, লৈ, চন্দনচিংবা সেবা হোংনজৈ নোংমা মুমিৎ অমত্তা, অতনবা অশাউবা, লৈতে। অযুক্তগী মুমিৎ তাবা সন্ধ্যা শয়ন আরতি ফাওবা অস্থম্বা সেবা ওই। (১৭) অহিং ওইরক্লগা মাগী য়ুম অদুদা গোবিন্দ লেঙলক্কনি রাখন তৌদুনা ঙাইদুনা লৈজে। অদুগা মানা তৌরিবা, থৌরাংদি ইমুং অদুদা য়েক খোৎলবা কাংথোন অচৌবা অমা থারে অদুগা খুদা কাংথোন মচা অমগা থাদৈ। গোবিদনা লেংলক্লগা পোথাবিনবা থৌরাংনি। (১৮) শঙ্গোমগী কোঙ্গোন্দগী হেন্না ঙৌরবা কিদক্লা মোম্পাক মথক্লা থাই, মোন্দুম মোনতেক্কচিংবা লৈতেং তৌজৈ পুরিংনা গোবিন্দজা লাকপিগনি খন্দুনা লেঙলক্লগা হাবিনবা সন্দেশ কয়াসুং লাঙজৈ অস্থম্বা

হা গোবিন্দ প্রান নাথ হরি মোর মন।
না দেখিলে নাহি রবে করিবে পয়ান॥
না দেখিলে সে নাম্মুখে মুখ ম্লান মন।
এ জ্বালা না নিবে জলে জলেরে দ্বিগুণ॥ (১৯)
তোমার পাইতে আশা আশা তোর ঠাই।
নাহি পায় মোর ভাগ্য ভাগ্যোদয় নাই॥
প্রান নাথ কৃপা কর কর দরশন।
বিনা মুল্যে দাসী হুই হইবে জীবন॥ (২০)
মনে ভাবে ত্যজিবেক আমার পরাণ।
সেবা না পাইয়া আমি কি কাজ জীবন॥
ভক্তের আনন্দ দায়ী কৃপার ভাণ্ডার।
যার গুণে ক্ষুদ্র গৃহে গোবিন্দ আইল॥ (২১)
নবজলধরজিনি শ্রীঅঙ্গ বরণ।
শরদ চন্দ্রিমা জিনি সুন্দর বদন॥

শিরে শিখি পীঞ্চ চুড়া চরণে নূপুরে।
মকরা কৃত্তি কুণ্ডল ঝল মল করে॥ (২২)
পীতবাস পরিধান গলে বন মালা।
শ্রীহস্তে কঙ্কন শুভে কটিতে মেখলা॥
মৃগমদ নীলোৎপল মিলে পরি মলা।
শ্রীঅঙ্গ সৌরভ যায়ে যোজন ঘুরিলা॥ (২৩)
শয্যা বসি বলে প্রভু এস প্রাণ প্রিয়ে।
ততক্ষনে ভাগ্যবতী তাম্বুল জোগায়ে॥
কান্দি কান্দি প্রভু অঙ্গে চন্দন লেপিল।
গাঠিয়া পুষ্পের মালা শ্রীগোবিন্দে দিল॥ (২৪)
প্রেম সেবা লয়া প্রভু করিল শয়ণ।
বাম পার্শ্বে ছিল রামা সুখ যুক্ত মন॥
গোবিন্দ আ'ইল চিহ্ন দেখে পুরজন।
প্রাত কালে শৈরন্ধ্রীরা সয্যাতে দেখেন॥ (২৫)

---

ঙাইজবদা সুমিৎ কয়ানি কাওবা লাক্লে। (১৯) ইবুঙোবু দর্শণ ফংদ্রবদা মবুঙোবু কৌদুনা কপ্পকই। থবাইগী মবুঙো ননাইগী পুক্নিংবু হুবিগ্রে অদুগা উজবদি ফংজদ্রে, হৌজিক করি উপাই তৌগনি হিংজবা ঙম্মরোই, প্রেমগী মৈশা খাঙজনবা উদ্রে, অম্নিংবা ঈশিং'না মুৎপা ঙমদ্রে, থোইনা থোইনা চাকই। (২০) মবুঙো লেঙবিরক্কনি নিংজকদুনা লাঙজকবা থৌরাংশিং অসি উরগা থোইনা চাকপ্রে, অসিবু লাইবক থিবননি থবাইগী মবুঙো প্রাননাথ লেঙঙক্কুনা সেবা ফংহনলু, ঐ অসিনা সুংশিজবনা মমন ওইদুনা শ্রীচরন্দা কৎচপ্রবনি। (২১) অসুম্না সুমিৎ কয়ানি কপ্‌নুনা মবুঙো কৌজবদা লাকপিদ্রে, ভাগ্যবতীনা খল্লকই ইবুঙোগী সেবা ফংদনা হিংদুনা লৈগদবগী শরুক্তি থবাই থারগে নিঙলক্লে। মনাইগী প্রেম অদু উরবদা শ্রীগোবিন্দনা খল্লকই মাগী জীব কল্লগে নিঙদুনা ইবুঙো লেঙলক্লে। (২২) অনৌবা হৌরকপা নোংগী মচুনা তমজনবা কুচুনি। শরৎতা থোকপা পুর্নিমাগী থাবু মাইথোং'না হেল্লবা, কোকথক্তা রাহোংগী চুড়ানা লৈতেংবা চরণ অনিদা নোপুরনা থৌগনবা, ঙা কিয়োংগী মরোং মানবা কুন্দর নাইম্না পুল্লং লংবা। (২৩) চেংপ্রবা খাংদা সনা ফিগে থোনবা, ঙকশমদা বনমালা লৈ পরেং'না লৈতেংবা, খুৎ অনিদা খুদোপ খুজিনা লৈতেংবা। খাংদা মেখলা থোনবা, শ্রীঅঙ্গদা, কস্তুরীগী, থরো অশংবগী মনম্না লৈতেংবা অদুনা য়ুথক অমা কাওনা চৎপা। (২৪) অদুম্না ইবুঙোনা লেঙশিনলক্লগা মনাইনা থাজরিবা শয্যা কাংথোন মথক্তা লেঙখৎলগা ঐ লাক্লে ভাকপি, মবুঙো উবদা ভাগ্যবতী খুরুমজৈ অদুগা (কর্পূর তাম্বুল) পাম্না থৌগল্লি। কপ্পা-কপ্পা য়েংজদুনা শ্রীঅঙ্গদা চন্দন সেবা কৎলি। মানা লেংজবা লৈ পরেং মবুঙোদা হুকচৈ। (২৫) মনাইগী সেবা লৌরগা ইবুঙো, মনাইনা

কভু কভু গোবিন্দের পাগুরি দেখিল।
কোনদিনে গোবিন্দের বংশিকা দেখিল॥
অলঙ্কার হার আদি দেখে কুনদিনে।
কুটিরে পুরুষ গেলা দেখে কুনদিনে॥ (২৬)
ভাগ্যবতী বক্ষা লাগি কতবয গেল।
গোপনে বিহার পরে প্রকাশে ভাবিল॥
নয়দশ দণ্ডকালে ভাগ্যবতী গৃহে।
এক যুবা প্রবেশিল দেখিলেন তাহে॥ (২৭)
এই মত কভু কভু সব দেখিছেন।
দেখিয়া শুনিয়া সবব জানান্তিক হেন॥
কিবা কিবা এই বলি পরস্পর কহে।
প্রজা কথা নৃপআদি শুনিলেন তাহে॥ (২৮)

গোবিন্দেচ্ছা না জানিয়া প্রজা কানা-কানি।
কেন বা চরিত্র বলি কহে এই বাণী॥
শুনিরাজা দুঃখ মনে লজ্জান্বিত হৈল।
তদীয়ের পাত্র সঙ্গে গুঢ়যুক্তি কৈল॥ (২৯)
যুক্তি করি সৈরন্ধ্রীরে ছিদ্র চাহাইল।
রাত্রিতে কুটীরে যুবা পুরুষ যে গেল॥
সেই কালে কিছুরহ কিছু কহ মোরে।
এহিবলি রাজ আজ্ঞা দিল সৈরন্ধ্রীরে॥ (৩০)
অন্তর্যামি শ্রীগোবিন্দ সকলি জানিল।
এক লীলা মনে ভাবি প্রকাশ চলিল॥
কন্যার কুটিরে গেলা প্রতক্ষ দেখেন।
সৈরন্ধ্রী বিচার করি চারি রহিলেন॥ (৩১)

---

থারবা শয্য দা চেপক্রে ভাগাবতীনা নাক্তা ক্ষমজদুনা সেবা তৌজে। অসুম তৌদুনা গোবিন্দগী সেবা সুমিৎ কয়ানি কংজরক্লবদা শীজগী য়ুমদা গোবিন্দ লেঙশিনবগী চিহ্ন খুদম অসি কোন্নংদা লৈবীনা উনরক্লে নোংমা সৈরন্ধ্রী রাইশিৎ লম্‌শেংবীনা কাংথোন মথক্তা। (২৬) করি করিগুম্বদা গোবিন্দগী কোকথোন কোয়েৎ থেংনৈ। নোংমনা বাঁশি লৈরম্মী, নোংমনা খ্বাংচেৎ লিকনাচংবা লৈবম্মী। নোংমনা শয়ণ আবতি মতুংদা পাখং অমা চঙখিবগুম বনাগুম্বনা থেংনৈ। (২৭) শ্রীগোবিন্দনা ভাগ্যবতী দাসীনা নীংবা মনিঙ থুংনা চহি কয়া লোয়া শান্নরবা তুংদা, লীলা অমা ওল্লগে খন্দুনা ইকোং ফোংনা শান্নবা হৌরক্লে। সুমিদাংগী (পুংকুপ্পা পানিদগুদা) পুং ৯/১০ তাবা কান্দা পাখং অমা শীজগী যুমদা চংবা উইক্লে। (২৮) অসুম তৌনা নোংমা থেঙ, নোংমা ঙন উনরক্লবদা, অচৎ-অরোক মী কয়ানা রাবী শান্নরক্লে, কনাগুম্বনস্ত লুমদুনা য়েংবদা উবা ফংলে শীজগী যুমদা পাখং অমা কোয়বা চঙলে হায়বা রাসি লোয়া ঙাঙনবদা ফোংনা মনিল চৎখিদুনা লৈবাক কাওরে নিংথৌসু তারে। (২৯) শ্রিগোবিন্দগী শান্নরিবা লীলা অদু খঙদবনিনা, মীনা ঙাঙনরকই, লাইনিংবীনি হায়দুনা লাইশঙ ময়াদা শঙ্কায় শাদুনা থম্বা শাই হৌজিক করি থোক্লে. ওক্তবী লমহেনবী ওইরেদো, মীয়ামগী পাউসি তারদুনা নিংথৌনা মন্ত্রিগা সা নাক্তা লৈবা মী কয়াগা চেকশিন্না রা তানরকই। (৩০) চঙলিবা মী অসি ফারসি হায়না লেপ্পরদুনা (সৈরন্ধ্রী) নিতি কাংদনা চঙলিবী সুপীদু কৌদুনা তাকই, ভাগ্যবতীগী য়ুমদা পাখং চঙখিবা শেন্নরো। তশেংনা চঙখিবা উরবদা খরনা শেন্নহৌরো খরনা ঐঙোন্দা হায়বো লাউ নিংথৌ য়াথং পীক্রে। (৩১) পুম্নমক

একজন গিয়া নৃপে সব জানাইল।
শুনি গৃহে ঘেড়িলেন নৃপাদি সকল ॥
বর্শি খড়্গী বন্দুকাদি অস্ত্র ধারিগন।
চারিভিতে ঘেড়িলেন লোক অগনন ॥ (৩২)
এথা ভাগ্য প্রভুপাদ সম্বাহন করে।
শ্রীচরণ ধরি ধরি, আনন্দ বিভরে ॥
হেন ই সময়ে মাতা দেবাহুতি রাণী।
দ্বার খুল প্রান পুত্রী কহিলেন বাণি ॥ (৩৩)
শব্দশুনি শ্রীগোবিন্দ অন্তর্ধ্যান হৈল।
দ্বার খুলি ভাগ্যবতী মুর্চ্ছিত হইল ॥
রাণী আদি পুরজন ঘরে পাঠাইল।
কন্যা গৃহ ভিতরেতে কেহ না রহিল ॥ (৩৪)

বংশিকা পাগুড়ী দুই শয্যাতে রহিলা।
গোবিন্দের অঙ্গ গন্ধ সব ভাষাইলা ॥
নৃপআদি সর্ব্বজন বিস্ময় পাইলা।
গোবিন্দ মাত্রের কর্ম্ম সভারাজা নিলা ॥ (৩৫)
শয্যাতে পাগুড়ী বংশি দেখি নৃপবড়।
মুর্চ্ছিত হইয়া পড়ে ভুমির উপর ॥
প্রজাগন রাজ সেবি গৃহেতে গমন।
অহভাগ্য অহভাগ্য বলিয়া ক্রন্দন ॥ (৩৬)
রাজাবলে শুন প্রজা আমার প্রার্থনা।
আজ হৈতে এক নাম জ্ঞান সর্ব জনা ॥
শ্রীগোবিন্দ প্রিয়দাসী নাম সে হইলা।
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্র জনমে মানিলা ॥ (৩৭)

---

খঙলবা গোবিন্দনি লীলা অমা ওল্লগে নীংদুনা, মনাইগী য়ুমদা নুমিদাং শয়ণ আরতি হেক লোইরবা তুংদা ইকোং ফোংনা কোয়েৎ ফৈনা য়েৎলদুনা বাঁশি খুৎনা পায়রদুনা লেঙশিনখ্রে। লেংনা উরবদা, সৈরঙ্গীগা খল্লদুনা মী মরি লৈহোরে। (৩২) অমনা চৎখিদুনা নিংথৌদা হঙ্গৎলে পাউ তারবদা য়াথং থাদুনা, থাঙ পায়বা, তং পায়বা, নোংমৈ পায়বা মীয়াম্না মরোল কয়া কোয়খ্রে, কাও অদুগা খুৎলাই থাদুনা হাৎপদি হাৎকনু স্না য়াথং পিরে॥ (৩৩) অসোমদা মচা ইবেম্মা ভাগ্যবতীনি মবুংঙো গোবিন্দ লেঙকপদা হরাউজরদুনা চরণ অমেঙবা অদু নোইরদুনা সেবা তৌজৈ। সোমদা কোয়বা লোইরবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মহারাণী দেবাহুতী কৌবী শীজ পোকপী য়েংদুনা হায় নচাগী য়ুম চঙউ স্না য়াথং ফংবদা দেবাহুতীনা থোঙদা পাইরগা কপ্পদুনা ইমাগী ইবেম্মা ভাগ্যবতী! ইথা লাকই থোঙ হাংঙ। (৩৪) মমাগী খোজেল তাবদা শ্রীগোবিন্দ মাঙখ্রে, থোঙ হাংলম্লগা মবুঙো লেঙখিদ্রগী মুঙাইকবনা রাম্লখ্রে। মহারাণীনচিংবা মী কয়ানা চঙদুনা য়েংবা কান্দা কনা অমত্তা লৈরমদে। (৩৫) শয্যা কাংথোন মথক্তা গোবিন্দগী বাঁশিগা, কোয়েৎকা লৈরম্মী, শ্রীঅঙ্গ গন্ধনদি ইমুং অদু ফুন্না থম্না লৈরম্মী। অঙ্গ গন্ধ কৌবদি:— কস্তুরীনে, যাবচন্দননে, কুমকুমনে, আগরনে মরি অসিনা তিনবা অদুগী মথক্তা তুলসী মঞ্জরী মনম য়াওবা অদুবু অঙ্গ গন্ধ কৌই) কনা লৈতে হায়রবদা নিংথৌনচিংবা মী পুম্নমক ঙকনৈ, চঙলিবসি শ্রীগোবিন্দ ওইরমাল্লে খল্লে। (৩৬) ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা মচাগী য়ুম চঙদুনা য়েংলুবদা শয্যা মথক্তা কোয়েৎ বাঁশি লৈরম্বা উবদা নিংথৌ রাম্লদুনা লৈবাক্তা তুখ্রে। প্রজা ময়াম্না থৌগন্দুনা শঙ্গায়দা পোথারে জ্ঞান তারকপদা লাইবক ফৈদা হায়দুনা কপই। (৩৭) কপ্প-কপ্পা হায়রকই, মুংশিরবা প্রজা পুম্নমক! ঐগী ইচা ভাগ্যবতীসে

গোবিন্দের পিয়াবলি লোকে কুলাহল।
নাস্তিকাদি লোক সব মনে না মানিল॥
দুলভ মনুষ্য জন্ম পায়া সেইজন।
হরিভক্তি সাধুসঙ্গ যেই না করেন॥ (৩৮)
কৃষ্ণনাম শুনি জপি আলস ঘুর্ণন।
সেইজন আত্মা ঘাতী কহে সাধুজন॥
শ্রীনন্দ নন্দন কৃষ্ণ সংসারের সার।
কেবা মাতা কেবা পিতা ধন পুত্রকার॥ (৩৯)
বৃক্ষে সেন ফল ফুল্ল পাকিয়া পড়ায়।
সংসারের সেই মতে জানিবে নিশ্চয়॥
কি বালক কি বৃদ্ধ কি নবীন যৌবন।
সকলের লৈয়া কাল করেন চর্বন॥ (৪০)
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদণ।

মহাভাগা ভাগাবন্তী প্রেমের লক্ষণ॥
গোবিন্দের প্রিয়াবলি লোকে কুলাহল।
নাস্তিকাদি মূর্খলোক মনে না মানিল॥ (৪১)
নিজ নিজ কার্য্যছারি কথা আলাপিল।
হয় নয় বিচারেতে গোলমান কৈল॥
রাজ ভয়ে চুপি চুপি তভু প্রকম্পিত।
মণিপুর গ্রামিগণ সব প্রকাশিত॥ (৪২)
শ্রীগোবিন্দ ভাবিলেন নাশি প্রজাগণ।
পুত্রঘাটি মহাদোষ নিশ্চই হোবেম॥
প্রজা নাশ ভয়ে প্রভু সীজের গৃহেতে।
নহি যাই দেখা নহি রহিল গোপতে॥
সীজ ভাবে কুনদোষে দেখা না পাইল।
গোবিন্দ বিচ্ছেদে সীজ পাগল হইল॥ (৪৩)

ঙসিদগী মমিং অমা থোল্লগে, শীজ লাইনিংবী কোরসি গোবিন্দগী মনাই অশেংবীনি ইবুঙোগী ইচ্ছানা পোকপনি। নুমিৎ অসিদগী শীজ লাইনিংবী কৌগ্রে। মথা নবদ্বীপ্তা শীজ লাইলোইবী কোরগদৌরি মাচুনা কোম্না পঙ্গরক্কে। (৩৮) অসুম তৌরে হায়বা পাউ তাবদা গোবিন্দগী মনাইনি নিম্নগ্রে অদুগা মী মথল কয়াননা, গোবিন্দবু ঈশ্বরনি খন্দবা কয়ান। য়ানদে, নিংথৌনা মচা কনবনি হায়নৈ। মীওইনা পোকপা মপোকসে অতাওবনি অসিদা শ্রীকৃষ্ণ নুংশিদ্রিবা, সাধু সঙ্গ তৌদ্রিবা। (৩৯) কৃষ্ণ নাম শোনবদা অমসুং সেবাদা অতনবা ওইরিবদো মশানা মশাবু মাঙহনলবা আত্মাঘাটনি। কৃষ্ণনা সংসারগী মচিনি অতৈ অরেৎবনি। মায়াদা লৈরিবা ইমা-ইপা, ইচা, ইশু, লম্নচিংবা ফুড়া দলান, শিবদা কনাগা লোয়নরোই। (৪০) প্রমানদি, হৈনা মুম্লগা মরম্নাই কেল্লি। লৈশু লৈখোক লোয়রগা অদুম কেল্লি, অদুগুম্না মীসু নুমিৎ শুবদা শিয়ে। অঙাংনি শিরোই য়াদে, অহল্লী মথোৎ কারকপনি মীয়াইনি হায়বা লৈতে মাগী নুমিৎ শুবদা অদুম চৎগ্রে হায়বা অমতা তাদে। (৪১) তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক ভাগাবতীগী প্রেমগী মওং হায়জরক্কে গোবিন্দগী মনাই নুবীনি হায়না নিম্নরবদা, (নাস্তিক লোক) কৃষ্ণবু ঈশ্বরনি নিঙদবনদি য়ানদে। (৪২) মাগী মাগী মথৌশুবা তোক্কুনা ডাংবৈ খরনা ঈশ্বরগী লীলানি য়াওদা সাখী গোপালনচিংবা ভক্ত কয়াদা ইবুঙোগী খুদম লৈরি, খরনা ওইরোই মাসিগী য়ানা নিংথৌ তানি কিখিদ্রে মণিপুর অপুম্না তাদবা খঙদবা য়াওদ্রে নিম্নগ্রে। (৪৩) শ্রীগোবিন্দনা ঐনা প্রজা অসি মাঙহনবা তারে মরমদি ঐনা শান্নরিবা লীলা অসি মীনা থাজদে ঐবু ঈশ্বরনি হায়বা

লাচাড়ি

চরণে ধরণীলিখি ভাগাবতী শশী মুখী
অশ্রুধারা বহে দু. নয়নে।
ওহে দীননাথজানি প্রাণদিলাম অভাগিনী
অনুমন দিনু পাপিজনে ॥
বিষয় লুবুধ মনে জন্মগেল অকারনে
না চিনিলাম ও রাঙতা চরণ।
তারফল পাই আমি বিচ্ছেদ দিলেন তুমি
না রাখিব এচ্ছাড় জীবন ॥ (৪৪)
দাসী হৈব এইমনে আশা দিলা তোমাস্থানে
শ্রীচরণ ভরসা করিয়া।
যদি কৃপা না করিলে নিবেদিয়ে পদতলে
মরিব হে গরল ভুখিয়া ॥ (৪৫)

পদ

এইমত কতদিন প্রার্থনা কারল।
তভু শ্রীগোবিন্দ মুত্তি দেখা না পাইল ॥
মনেভাবে তাজিবেক আমার পরাণ।
সেবা না পাইয়া আমি কি কাজ জীবন ॥ (৪৬)
এই সে সঙ্কল্প করি গোবিন্দের আগে।
দেখা নাহি দিল প্রভু আমি প্রানত্যাগে ॥
এইত প্রার্থনা করি গৃহেতে ফিরিয়া।
গৃহের ভীতরে রাত্রে প্রভু ধ্যান হয়া ॥ (৪৭)
গোবিন্দের ইচ্ছা মাত্র কিছু তন্দ্রা হৈল।
স্বপ্নে আসি প্রভূ কহে না হও পাগল ॥
তুমা লাগি প্রজাগন সর্ব্ব নাশ হবে।
আমা কে ঈশ্বর বলি কিছু নাহি ভাবে ॥ (৪৮)

---

নিঙদে অদুগী দোষনা মী কয়া মাঙবা তাই অদুনদি ইচা ইনাই হাৎপা দোষ লৈরে খন্দুনা ভাগ্যবতীগী মুমদা ইবুঙো লেঙশিনখিদে, ভাগাবতীনা খল্লি করি দোষনা ইবুঙো ল ঙবনো খনবদা লাম্বা ফংডে, ইবুঙো উদবনা ঙাওদুনা লৈবা ঙমদে। (৪৪) গোবিন্দগী মন্দির মাংদা (দর্শন) ইবুঙোবু য়েংজরগা খোঙবিনা লৈপাক্লা তক্লগা পিগী ঈরানা থন্দুনা হায়ত্তরকই, হে প্রাণ-নাথ ! ইবুঙোদা কনাগী শরুক খাকতৌদনা মনাইগী পুক্রিং হকচাং কৎচত্রবী পাপ চেনবী ননাইনি সংসারগী বিষয়দা লুপখিবনা চরণ নিঙবা রাৎপনা অরেম্বদা মপোক মাঙবা তাই। মাদুগী মহৈরা চরণ সেবা ফংদ্রেদো, সেবা ফংদনা লৈগদবগী শকক্তি শিখিবনা কেন্না ফরে। (৪২) চরণগী ননাই ওইবীনি নিঙজদুনা, ইবুঙোদা থরাই হকচাং কৎচব ন, নোংমা নিনিগী রাখল নত্তে হন্দকী মপোক অসিদসু নত্তে মপোক কয়ারকসু চরণগী ননাই নিঙবনি, হৌজিক চরণ সেবা পিবিদ্রবদি অরেপ্পা রাশকনি হিংদুনা কান্নদে শিবা ঙমবা, হু, চাবনচিংবা ওইগগনি। (৪৬) অসুম্না মুমিৎ কয়ানি প্রাথনা তৌজবদা করিঙম্বদসু ইবুঙোদি লেঙবিরক্তে। ভাগ্যবতীনা খল্লবই ঐ অসে হিংদ্রোই ইবুঙোগী মৈশা পুদুনা লৈগদবা ইত্তিক নত্তে। (৪৭) নোংমা গোবিন্দগী মাঙদ শ্রীবদন য়েংজরগা রাশক্রম্মী, হে প্রভু ! ঙসি লেংঙক্লবদি ননাইগী থরাইসে থারগে. পাপ চেনবা হকচাং অসি থদয়গা, জীবনা চরন্দা চঙলকপদি থিংবিগনু প্রার্থনা অসি তৌরয়গা মুমদা হল্লকুনা কপ্পুনা অহিং চুপনা কৌয়কই। (৪৮) গোবিন্দগী ইচ্ছানা নো ঙাল্লমদাইদা লৈপাক্লা তুদুনা তুমপ্রে, মঙদা গোবিন্দ লেঙভক্লনা মাঙদা লেপ্লগা নোক্লুনা হায় শীজ ! নঙ ঙাওগনু, নঙ এগী মরীদা মণিপুর প্রজা কয়া মাঙবা তারে, ঐবু ঈশ্বরনি নিঙদ্রবা মরম্মা মহাদোষ অচৌবা দোষ ওইররে ॥

তুমি যাহ নবদ্বীপে সেবহ আমারে।
তুমা লাগি আমি রহি এই মূর্ত্তি ধরে॥
এই কহি বাম ভঙ্গি মূর্ত্তি দেখাইল।
সীজ কহে প্রাণনাথ গৌর কেনে হৈল॥৪৯॥

প্রভু কহে শুন সীজ প্রেমের লক্ষণ।
ইহার শ্রবণে মাত্র পাবে প্রেম ধন॥
এক দিনে বৃন্দাবনে নিকুঞ্জ মন্দিরে।
আমি আগে রাধা আসি অনুতাপ করে॥৫০॥

কিছু ক্ষণে আমি আসি হৈল দরশন।
আমা দেখি বহু কান্দি নহে সমবরন॥
আমি কহে শুন প্রিয়ে কান্দে কি কারন।
তুমি সে আমার প্রাণ জীবের জীবন॥৫১॥

তুমা প্রেমে আমি বদ্ধ তুমি প্রেমগুরু।
রাধা কহে প্রাণনাথ এই বাক্যগুরু॥
দুই প্রেম সম হৈলে কাহে এত দুঃখ।
কৃষ্ণ কহে তুমা হৈতে আমি বহু দুঃখ॥৫২॥

শ্রীমতি কহেন প্রভু প্রেম পরিক্ষিব।
কৃষ্ণ কহে ভাল ভাল সাক্ষাত দেখিব॥
ইহা শুনি সখী মঞ্জুর্য্যাদি, দাসীগণ।
পশু পক্ষী ভৃঙ্গ মৃগ সর্ব্ব জন্তুগন॥৫৩॥

প্রেম পরিক্ষার লাগিনি চুপ রহেন।
শ্রীমতি কহেন প্রভু প্রেমের লক্ষণ॥
আমি শ্রেষ্ঠ কৃষ্ণ ছাড়ি হউ গৌরবর্ণ।
প্রভু শ্রেষ্ঠ গৌর ছাড়ি হউ কৃষ্ণ বর্ণ॥৫৪॥

---

(৪৯) নংনস্থ ঐবু উহ্নগা শিনি হায়রে অদুনদি নং চৎলো শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা নংগা ঐগা হৈক্ননসি অদুগা নংগী মরমগীদমক ঐগী মূর্ত্তি অসি ওইগে হায়দুনা (বাম ভঙ্গি) ওই থংবা খোঙনা, মাঙ্ থাদুনা ভঙ্গি তৌরগা স্না ফদোংবা কুচুনা লৈত্তেংদুনা লেপ্‌ই। সীজনা পাঙ্ ফরি কুচুনো। (৫০) প্রভুনা হায়—'হে ভাগ্যবতী বুচু ঙৌরিবসে প্রেমনা ওইখিবনি, মসিগী মরী অসি তাবগা প্রেম মপক থত্তুনা প্রেম ফংগনি। নোংমা শ্রীবৃন্দাবনদা নিকুঞ্জ মন্দিরদা নবেম্মা রাধিকানা ঐহোক্নগী হান্না লৈরম্মী, ঐ লাক্কবগী মরবা মৈশাগা লোয়ননা। (৫১) ইকুই কুইদনা ঐনা চত্থিবা কাপ্পা ঐবু উবগা করাওগবরা হায়ববু কচগী অরোইবা নাইখিদে ঐনা হায় রাধে করি মরমগী অচৌক পুংত্তাইজনা বল্লগে নং অসে ঐগী থবাক্তগী থবাইনি। (৫২) নংগী প্রেম্না ঐ অসি পুনখিদুনা নংগী ওইরবনি অচম্বা নত্তে প্রেমগী গুরুনি তাবদা রাধানা খুম্মী—ইবুঙো ননাই রাধাসে রাহৈগী গুরুনি থমোইগী গুরু নত্তে, নিঙনবা প্রেম মান্নরবদি কদাইদগী অসুক রাগনংগে। ঐনা হায় ঐনা বাবনা হেন্নি। (৫৩) অদু তাবদা রাধানা হায় থত্তজরে ইবুঙো, প্রেম অসি তপোই-অহেন পরীক্ষা তৌরবদি থত্তগদবনি ঐনা খুম্মী—রাধে ঐনা পাম্নমক থোক্লে চাং হেংনরসি। প্রেম পরীক্ষা তৌগদৌরি হায়বা তাবদা সখী মঞ্জরী, দাসী, শা, উচেক, থোইমুনচিংবা বৃন্দাবনদা লৈরিবা খৈবিক কোরশিন্দুনা য়েংলনা লৈরে। (৫৪) প্রেম পরীক্ষা উবা কংজগদৌরে হায়দুনা মিত্তা পি শিন্দুনা লৈনরে। রাধানা হায়—ইবুঙো প্রেমগী অথোই অহেন্দি প্রেম আলিদম্না ওইনসি অদুদা ঐগী প্রেম্না হেন্নপা,

এহি বলি প্রেমানন্দে আলিঙ্গ কৈল।
কৃষ্ণ বর্ণ ছাড়ি কৃষ্ণ গৌর বর্ণ হৈল ॥
গোবিন্দ কহেন রাধে এই বর্ণ লয়া।
কলির যুগেতে আমি তব প্রেম হয়া ॥৫৫॥
ভক্তগনে প্রচারিব এই প্রেমধন।
এই সে সঙ্কল্প লাগি গৌর বর্ণ হন ॥
ই বলিয়া শ্রীগোবিন্দ করিলা গমন।
সে কালে সাঁই দেবী হৈল জাগরন ॥৫৬॥
দেখিতে না পারি প্রভু শ্রীগন্ধে পুরিল।
প্রভুর যে ইচ্ছা সাঁজ সকল জানিল ॥
নবদ্বীপে যাই বলি রাজাতে প্রার্থিল।
রাজ কহে প্রাণ পুত্রী শুণি মণেভুস ॥৫৭॥
শ্রীগোবিন্দ সেবা ছাড়ি পারিবা আপনি।
সাঁজ কহে প্রভু আজ্ঞা পালিব এখনি ॥
মোর লাগি এক মূর্ত্তি নিরূপণ কর।
গৌরবর্ণ বাম ভঙ্গি আমার ঈশ্বর ॥৫৮॥
রাজা কহে শুন পুত্রী দক্ষ পাদ ভঙ্গি।
আপনি কহিল প্রভু বাম পাদ ভঙ্গি ॥
কান্দি কহে এই মূর্ত্তি স্বপ্নে দেখ ইল।
মোর নাম অনুপমা অনুপ্রভু হৈল ॥৫৯॥
ভাল বলি শ্রীমূর্ত্তি কৈল নিরূপনে।
ঋতুচন্দ্র ঋষিচন্দ্র পূর্ণিমা ফাল্গুনে ॥
দশদণ্ডে অভিষেক বৃহস্পতি দিনে।
অভিষেক করিলেন শুভ লগ্ন ক্ষনে ॥
অনুপ্রভু নাম থৈল দেখিতে সুন্দর।
প্রভু দেখি নৃপ প্রজা আনন্দ অপার ॥৬০॥

---

অমুবা কুচু তোক্লুনা অঙৌবা কুচু ওইবিয়ু। ইবুঙোনা হেল্লগা ঐ অসে অমুবা ওইজগে (৫৫) অসি হায়রগা প্রেম আলিঙ্গন তৌবদা কৃষ্ণ ঐসে ভাগ্যবতী নবেম্মনী প্রেম্না হেল্লয়বোই অমুবা তোক্লুনা কুচু তৌখ্রে। অদুদা ঐনা হায় হে রাধে নংগী অঙৌবা কুচু অসি ঐনা লৌরগা কলি যুগতা নঙগী শুংশিরবা প্রেমসিনা ভক্তশিংদা। (৫৬) নঙগী তাঙলবা প্রেম অসে শপাম্বনা মমল্ ওইরগা ঐনা য়েল্লুরগে অসি হায়দুনা সঙ্কল্প তৌথি, মরম অসি লৈবনা নবদ্বীপ্তা কলিদ অঙৌবা কুচু ওইদুনা ইমিং গোরাঙ্গ কৌদুনা পোকপনি, মপুংদা মুবনি মপান্দা তৌবনি অসি হায়রম্লগা লেঙখ্রে ইবুঙো লেঙখিবগা ভাগ্যবতী মীকপ থোকই ॥ (৫৭) মিৎ পাঙদুনা য়েংজবদা উবদি ফংদ্রে শ্রীঅঙ্গগন্ধদি ফুম্না লৈরম্মী। মবুঙো গোবিন্দগী নিঙলিবা ১সুং শাম্নরিবা লীলা খঙলবদা কপ্পা :সু বাবা তৌরুদুনা, ইকজনচিংবা নিতিগী চৎচরিবা কর্ম্ম পুম্নক লোইদুনা গোবিন্দ খুদমকবগ মপাবু ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌদা কপ্পদুনা হায়রজ পাবুং নচাদি শ্রীনবদ্বীপ্তা লৈজরুরগে, তাবদা নিংথৌনা হক্লদুনা হংডি। (৫৮ ইবেম্মা নংবু নবুংঙো গোবিন্দগী সেবা থাবা ঙম্নগদরা। ভাগ্যবতীনা পাবুং ইবুঙোগী কৃপ আজ্ঞা (মাথং) হংলে মাথং তাক্লগে, ঐগীদমক শ্রীমূর্ত্তি লিংখৎপিয়ু কুচু তৌহনবিয়ু ওইথংবা পাদনা ভঙ্গি ওইহনবিয়ু অদু পুরগা নবদ্বীপ্তা সেবা তৌরুরগে। (৫৯) নিংথৌনা হক্লুনা হায় প্রাণপুত্রী নবুঙোদি কুচুগ মুই ভঙ্গিসু য়েৎথংবা পাদনি অদুদ নঙনা বাম ভঙ্গি ওইহল্লু কুচুসু তৌহল্লু হ রবাস তাবদ ইপ গ থদ্মোইদা অঙকপা ওইরে। মপাবুংসু য় থং তাবদা ভাগ্যবতী কপ্লদুনা মঙগী বারী লোইনা লীদুনা মপাবুংদা হায়লে অদুসা পাবুংনা নচাগী মিং অহানবা থোনবা অনুপমা কৌবা অদুগী মিং থজিক্কং লৌরগা অনুপ্রভু কৌবিয়ু। (৬০) মচাগী মঙগী বারী তাবদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ মথৈ লৈতনা কপ্পগা মহাই

তারপরে গৌরজিত রাজা আজ্ঞা লয়া।
নবদ্বীপে যায়া মন্দির নির্ম্মাইয়া॥
সমাপিয়া ফিরি আসি রাজাতে কহিল।
শুনি রাজা মহানন্দে প্রেমেতে ভাসিল ॥৬১॥
তারপরে ভাগ্যচন্দ্র নবদ্বীপে যাই।
প্রভু লয়া ভাগ্যবতী নৃপ সঙ্গে যাই॥
মন্দিরেতে প্রভু রাখি পরিক্রমা করি।
আয়ু শেষে নৃপ কৃষ্ণে আত্মার্পণ করি ॥৬২॥
শুনিয়ক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
নবদ্বীপ ভজনের অতিগূঢ় ধন॥
আজ্ঞা লয়া ভাগ্যচন্দ্র অনু রোপে রঙ্গ।
নৃপ আগে অনুপ্রভু গমন প্রসঙ্গ ॥৬৩॥
শ্রীগোবিন্দ অনুপ্রভু প্রভু শ্রীগৌরাঙ্গ।
একই স্বরূপ তাহে আছে অন্তরঙ্গ॥
কৃষ্ণ কৃপা গুরু কৃপা আছে সাধু সঙ্গ।
শুনি শুনি সাধু লোক প্রেমের তরঙ্গ॥
ইহার প্রসঙ্গ মুই লিখিতে না পারি।
গৌর গোবিন্দের কৃপা তাহে জানি পারি ॥৬৪॥
নবদ্বীপে সীজ প্রভু প্রেম সেবা কৈল।
কতদিনে কত ধর্ম সেবা প্রচারিল॥
একদিনে অনুপ্রভু বেগুণ ক্ষেত্রেতে।
বেগুণ কাটিয়া ফেলে সিড়ির নালাতে ॥৬৫॥
এই মত কতদিন কলাঙ্কুর কাটে।
দেখিয়া বাগিচাপতি ক্রোধে প্রাণফাটে॥
একদিনে সন্ধ্যা হৈতে লুকিয়া রহিল।
সন্ধ্যাতে শয়ন শেষে ক্ষেত্রেতে আইল ॥৬৬॥

---

সাপম লম্মন কৌতুনা স্না য়াথং পীরগা অনুপ্রভু নিরুপণ তৌরে। শোক (১১১৬) কী কাইরেল থাগী পূর্ণিমা শগোলশেল মুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ১০ তাবা মতমদা অভিষেক তৌই। অকবা লগ্ন, তিথি য়েংদুনা অভিষেক তৌখি ইবুঙোগী মিং অনুপ্রভু থোল্লে মণিপুর প্রজা অপুম্বা হরাওনরে॥ (৬১) অদুগী তুংদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা বৃন্দাবন চৎলগে নিঙবগা মপা চা-নদুনা মচা ইবুঙো চৌরজিৎ থাদুনা নবদ্বীপ্তা অনুপ্রভুগী মন্দির অমসুং নিংথৌনা লৈননবা সঙ্গাই শাহল্লরে, মচা ইবুঙোনা মন্তির শাবা লোইরক্লুনা মণিপুরদা থোরক্লগা নিংথৌদা হঙ্গংলরে, পাউদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরে॥ (৬২) অমিগী তুংদা ভাগ্যচন্দ্রনা নবদ্বীপ লেঙবদা ভাগ্যবতীনা অনুপ্রভু পুত্তনা লেংখি। অদুগা মন্দিরদা ইবুঙো লেংহন্দুনা সেবা ওই। ভাগ্যচন্দ্রনা পরিক্রমা আয়ু লোইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংখিবা অসিদি বিজয় পঞ্চালি ১শুবা খণ্ডদা লৈরে॥ (৬৩) তাবিয়ু শ্রুতা থৈবিক নবদ্বীপ ভজন অসি য়াম্না থুপ্না লৈ সাধু সঙ্গগী থৌজান নত্তনা ফংবা রাই। মবুংঙোগী য়াথং লৌদুনা অনুপ্রভু লিংখৎপা অদুগা অনুপ্রভু শ্রীগৌরাঙ্গনা মাঙ থানা লেঙলগা তুংদা মনাই ভাগ্যচন্দ্রনা নবদ্বীপ ফংখিবা। (৬৪) শ্রীগোবিন্দনে, অনুপ্রভুনে, শ্রীগৌরচন্দ্রনে, অহুম অসি মপা অমতনি অদুদা মমুংদা লৈরিবা রস অথুপ্পসিদি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীগুরুগী অমসুং সাধু বৈষ্ণবগী কৃপা লৈরবনদি খল্লু খল্লুরগা প্রেমদা তাউগনি, ননাইনা লেংজবা ঙম্লরোই। গৌরাঙ্গগ, গোবিন্দগী কৃপা লেবা জীবনা থম্মোইদা ভাল্লসনু। (৬৫) শ্রীনবদ্বীপ্তা সীজনা প্রভুগী প্রেম সেবা চৎচদুন চৰি কয়া সেবা তৌজে। নোংমদি অনুপ্রভুনা থামেন য়াম্না থাবা ইথোল অমদা অহিং সন্ধ্যা মতুংদা লেঙহন্দুনা হেক্লগা লংথোকই। (৬৬) অসুম তৌদুনা অনুপ্রভুনা মনাইনা

বেগুণ অঞ্চলে ধরি দেখিল যখনে।
ধর ধর বলি গর্জে ধাইল তখনে॥
আগে পাছে দেখা দেখি গমন করিল।
ধরিবার লাগি যবে পিছেতে ধাইল ॥৬৭॥
ঐছেন চলিয়া আসি মন্দিরেতে গেল।
বাগিপতি কহে সাজ এই দ্বার খুল॥
এক চুরিজন গৃহে প্রবেশ করিল।
ধরিবার লাগি আমি ধরিতে নারিল ॥৬৮॥
এত শুনি চমকিয়া প্রদীপ জ্বালিয়া।
দ্বার খুলি দেখি মাত্র দেখা না পাইয়া॥
বাগিপতি কহে প্রভু দেখিয় অঞ্চলে।
দেখি মাত্র কত বেগুঁ দেখিতে পাইলে ॥৬৯॥
তাহা দেখি প্রণমিল সৌভাগ্য সুচনা
শুজন কহেন সাজ আমার বচন॥

আমার জীবন যাবৎ বেগুঁদাম কৈল।
প্রতিদিনে বেগুঁ দিয়া প্রভুরে অর্পিল ॥৭০॥
এ প্রসঙ্গ নবদ্বীপে প্রকাশ করিল।
লোক সব কুলাহল হি-হি শব্দ রোল॥
কৃষ্ণচন্দ্র রাজ শুনি কহেন ক্রোধেতে।
শিব দুর্গা বিনা দেব ফেলাহ গঙ্গাতে ॥৭১॥
এই বার্ত্তা শুনি শীজ গর্ত্তেতে রাখেন।
নবদ্বীপচন্দ্র প্রভু এ মত রহেন্॥
কত দিনে মণিপুর রাজা চৌরজিত।
নবদ্বীপে আসি যবে শুনি বার্ত্তা যত ॥৭২॥
এক দিনে রাজপুরে করিয়া গমন।
শুন রাজ কৃষ্ণচন্দ্র আমার বচন॥
জীবনের কিবা কাজ মারহ আমার।
নতুবা প্রকাশ করি সেবিব ঈশ্বর ॥৭৩॥

---

কোইজবা ইথোল থংদা পুমিৎ কয়ানি মখোন্ কোয়দংলি হেক্কুনা চাইখাই, নোং তাল্লগা ইথোল মপুনা মৈ থোক্লা শাউই, পুমিৎ কয়ানি শুরবদা নোংমদি লুমদুনা লৈরে, পুমিৎ অদু সন্ধ্যাগী শয়ন লোইশ্রবা তুংদা লেঙডক্কুনা। (৬৭) খামেন চেক্কুনা কিগাংদা হাপ্লদু উরে, হুরানবা কারো হায়দুনা ডংদুনা চেনশিল্লি, স্নাং মাঙখদে থম থম্না মাঙ-তুং য়েংদুনা তবি-তবি চৎলি, খামেন মপুনা ফাগে তামৈ। (৬৮) অসুম্না তুংখ-মাঙথ লাকমিল্লরগা মন্দিরদা লেঙশিনখ্রে, ইথোল মপুনা—সাজ! থোঙ অসি খর হাংদোকউ, খামেন হুরানবা সুপা পমা মন্দির অসিদা চেনশিনখ্রে কাগে তাল্লবনি ফাবা ঙমদৌখ্রে। (৬৯) অদু তাবদা ঙক্লদুনা থাউমৈ থাদুনা থোঙ হাংলগা য়েংবদা কনাস্ত্র লৈতে অমুপ্রভুদা লৈরে, ইথোল মপুনা সাজ! ইবুঙোগী কিগাউ অসি য়েংউ, হায়বা অদু তাবদা মী ময়াম তিন্দুনা পুজারি কৌরগা, গঙ্গা স্নান তৌহন্দুনা য়েংলুবদা কিগাও চোম্না খামেন লৈরম্লে। (৭০) অদু উবদা ময়াইবক করবা ইথোন মপু সুজনন্না দণ্ডবৎ তৌনা থুরমজরগা হায়খি, ঙসিদগী থবাই কচ্চরে, ঐগী জীবনা লৈরিবা মথং, খামেন মথেল অমা কচ্চগনি, হায়দুনা সুমিৎ থুদিংগী কৎখি। (৭১) পাউ অসি নবদ্বীপ সেৎ কায়না নিম্লখ্রে, কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌনা তাবদা শাউদুনা, মহাদেব দুর্গা নত্তবা লাইদি গঙ্গাদা লংথো হায়খ্রে। (৭২) পাউ তাবদা, অণুপ্রভুগা, নবদ্বীপচন্দ্রগা অনিমক কোম মণুংদা লোম্না সেবা তৌখ্রে, মতম খরগী তুংদা চৌরজিৎ নিংথৌনা দর্শন লাকপদা, তৌরম্লিবা মতৌদু উবদা কপ্পুনা হংবদা নিংথৌগী পাউ তাই। (৭৩) মুম্না থল্লগা নোংমা নিংথৌ কোনুংদা চত্তনা কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌ য়েংলগা

শুনি কৃষ্ণচন্দ্র রাজা প্রেম ধারা বহে।
চল মণিপুর রাজ্য দিব দেব গৃহে॥
এহি বলি দুই রাজ গমন করিয়া।
দান কৈল দেববাড়ি খুটি করি দিয়া॥ (৭৭)

তাহা হৈতে দুই প্রভু প্রকট সেবিল।
প্রভুর অনেক গুণ বর্নিতে নারিল॥
যথা শক্তি আমি পারি এই সে বর্নুন।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ লিখি প্রভুগুণ॥ (৭৫)

ইতি মণিপুর দেবালয়গ্রন্থে অমুপ্রভুগুণ কথণং প্রথমসীমা সমাপ্তম্॥

হায় িংথেম্ ঐ অসে নঙগী নখুৎতা শিগে লাক্লব'ন ঐবু হাৎলো মরম্দি নঙগী নবৈপাক্তা সেবা তৌজবা ইবুংঙোবু নিংথৌ কৗবদগী লৈন্নুংদা সেবা তৌদুনা লৈরে. হিংদুনা কান্নদে হাৎলো নত্রগা ফোংনা সেবা চৎহল্লো। (৭৪) তাবদা কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌ মবুংঙোগী থৌজান্না থম্মোয়দা ডানথ্রবোই মিৎতা, পি মতুম মতুম তারগা নিংথৌ চৎসি ইবুঙোগী ক্ষেত্র মফম কৎকে হায়দুনা নিংথৌ অনি লাকমিন্নরগা, অমুপ্রভুগী লম্‌সিগী মখৈনি চুক্ যুংদুনা কৎলে, অদুদগী নবদ্বীপচন্দ্রগীস্ত কৎলে, নিংথৌ অনি বপমিন্নৈ। (৭৫) মুমিৎ অদুদগী ইবুঙো অনি ফোংনা সেবা তৌগ্রে, ইবুঙোগী গুণদি লোইবা নাইবা নত্তে ভম্‌জবা খবদং লেংজবনি, দিনহীন ওইরবা ননাই মঙ্গি সিংহনা লেংজবনি দোষ গুণ ঙাকপিযু।

মণিপুর দেবালয় কৌবা লাইরিক্তা অমুপ্রভুগী গুণবু ইজবা অহানবা অধ্যায় লোইজরে॥

---

## অনিশুবা অধ্যায়
### ( মহাবলি হনুমান গুণ )

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
তুমা সভা কৃপা হৈতে করিয়ে বচণ॥ (১)

* ইন্দু ঋতু বান চন্দ্র এই শাক হৈল।
আঘ্রন মাসেব শুক্লা দশমি মঙ্গল॥
মহাবলি হনুমান অভিষেক করি।
বকদণ্ড মন্দিরেতে সেবার প্রচারি॥ (২)

(১) শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুকমজৈ। অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত গুরু গোসামী খিবিক্তী চরন্দা খুকমজৈ। তাবিযু শ্রুতা খিবিক ননাইনা খুকমজৈ সভাগী কৃপানা লেংজগদবনি। (২) শোক ১৬৫১ গী হিয়াঙ্গৈ ১০ নি পানবা নৈপাকপোকপদা অভিষেক তৌদুনা (বকদণ্ড) মহাবলি উমংগী মমুঙদা লৈবা মন্দির ফূরা মমুঙদা সেবা তৌবা হৌরবই।

* ১ = ইন্দু, ৬ = ঋতু, ৫ = বান, ১ = চন্দ্র।

অতি অনপম দেশ মণিপুর নাম।
কিবা শোভা মণিপুর ধাম যে উত্তম॥
পর্ব্বত প্রাচীর উচ্চ চৌদিগে বেষ্টিত।
মধ্যেত সুরঙ্গ আছে অতি চমকিত॥ (৩)
প্রবাহ প্রধান নদী বহে তিন ধার।
বিজয়া ইন্দিরা বালানদী মনোহর॥
পুর্ব্বে গৈবি গঙ্গা নাম বৃহৎ সবোবড়।
মণ্ডেলে ষোড়শ শত হাত পরিমান॥ (৪)
পুরের দক্ষিনে আছে বকদণ্ড বন।
বিজয়া নদীরে বেঢ়ি অতি সুশোভণ॥
নালা তরু সুশোভিত অশ্বথ মন্দার।
অম্র নীপ উডুম্বর বটে থরেথরে॥ (৫)
কেলি কদম্বাদি বৃক্ষ আছে ফল ফুল।
সর্ব্বকাল ছয় ঋতু সুখে বিহরিযণ॥

সংসার আছেয়ে বৃক্ষ যাকে সেই সব।
বাদুরাদি পক্ষিগন নিত্য কলরব॥ (৬)
মঠের ভিতরে আছে বৈষ্ণব ব্রাহ্মন।
শিলামুর্ত্তি সাক্ষাৎ দেব আছে হনুমান॥
অঙোম কুলেতে জন্ম গোপীচন্দ্র নাম।
পুর্ব্বার্চিত পুন্য ফলে গুণ অনুপম॥ (৭)
সাত কাণ্ড রামায়ন ভাষামতে লিখি।
আর যে লক্ষ্মন দিগ্বিজয় গ্রন্থ লিখি॥
মহাবলি হনুমানে বাখ্যা যে অর্পিত
বিজয় শাস্ত্র শুনে যে বাঞ্ছা পুরিত॥ (৮)
কথা শুনি শ্যামশাই শ্রবনেচ্ছা করি।
গোপী পণ্ডিতেরে পুছি সর্ব্ব মনে ধরি॥
শ্যামশাই রাজপুত্র শঙ্কল্প করিয়া।
লক্ষমন দ্বিগবিজয় শ্রবনে ভাবিয়া॥ (৯)

---

(৩) মণিপুর হায়বা দেশ অসি য়াম্না ফজবা মগুণ ব্রাৎতবা দেশ অমনি, চীংনা চেকপন ওইবনি। ময়ায়দা ( যবিষ্ট ) পাখংবগী অঙকপা ফংলবা শুরুং লৈ। (৪) অথোইবা তুরেল অহুম্না লৈতেংডি ( বিজয়া ) ইম্ফাল তুরেল ( ইন্দিরা ) ইরিল তুরেল ( বালানদী ) থৌবাল তুরেল। নোংপোক্তা ( গৈবিগঙ্গা ) নিংথেম পুখ্রিনা লুনা ফজৈ অকোয়বদা লম্ ৬০০ নি। (৫) কোমুংগী মখাদা মহাবলি উমং লৈ, বিজয়া নদীনা কোয়শিল্লি। অঙকপা ফংনা ফজৈ, মখল কয়াগী উ হোই, খোংনাং সনাখোংনাং, কুরাও, হৈনৌ, কদম, হৈবোং। (৬) কেলিকদম্বচিংবা উপাল কয়ানা মহৈ মপাল মপুং ফানা ফজৈ, ঋতু তরুক্তা থোগল্লি, মণিপুর লৈপাক্ অসিগা অদুম্ লোয়নরক্কবা বম্নি, অহিং সুংথিন্দা ( বাদুরাদি ) শেকপিনচিংবা উচেক্তা নিল্লি, খোংঙি। (৭) গরিবনিবাজ নিংথৌনা মন্দির অমা শারগা মহাবলি হনুমান ঠাকুর লেঙশিন্দুনা সেবা তৌজৈ, য়েংবদদি নুংনা শাবনি, অদুগা অশেংবা হনুমানমক্নি। মণিপুরদা পোকপা অঙোম গোপীচন্দ্র কৌবা পণ্ডিত নহালমুক্তী মপোক্তা ভৌরকপা কর্ম্মনা মহাপণ্ডিতনি। (৮) রামায়ণ খণ্ড তরেৎসি মৈতৈ ময়েক্তা ইরগা ইবুঙোদা ব্যাখ্যা কৎলি। অদুগা লক্ষমন দ্বিকবিজয় কৌবা লাইরিকস্তু মৈতৈলোন্দা ইরগা ( ব্যাখ্যা ) হনুমানগী মাঙদা লাইরিক তৌই। মসি করি ফল ফংবগে হংবদা শঙ্কল্প তৌদুনা তারবদি মানা নীংবা থুংডি। (৯) তাবদা শ্যামশাই মচাইবুঙোনা তাজগে নীংঙদুনা গোপী পণ্ডিত্তা মরম হংডি, গোপী পণ্ডিতনা মরম পুন্নমক তাবদা মচাইবুঙো লক্ষমন বিজয় শঙ্কল্প তাজরগে লেপ্পদুনা।

রাজারে প্রার্থনা করি যে আজ্ঞা লইল।
ব্রাহ্মণ পণ্ডিত সব নিমন্ত্রণ কৈল॥
সপ্তাহের ব্রত করি শয্যাসন ভিন্ন।
গোপী পণ্ডিতেরে যত্নে ব্যাখ্যা করায়েন॥ (১০)
সাত দিনে পূর্ণলাগি সপ্তাহ বহিল।
পুজার কারন দ্রব্য সকল পুরিল॥
ঘটাদি পুজন করে সৎগুণ ব্রাহ্মণ।
ভক্তি ভাবে শুদ্ধ মনে গ্রন্থের পুজন॥ (১১)
চারিভিতে শ্রুতাগন আসনে বসিয়া।
নাম শ্রবনের লাগি বিনম্র বহিয়া॥
মঙ্গলা চরনারম্ভ ব্যাখ্যা যে করিল।
সেকালে বৈষ্ণব এক আসিযা বসিল। (১২)
শ্বেতবর্ণ শুভ্রবস্ত্র অতি গুণবান।
কার সণে কথালাপ না করে কখণ॥
একাসনে ভূমে বসি প্রেমধারা বহে।
শ্রবনান্তে নাহি দেখি কাহা কাহা কহে। (১৩)
আরদিনে পুনঃ আসি আগের সমান।
শুদ্ধ মনে ভক্তিভাবে করিল শ্রবণ॥
রাজপুত্র শ্যামশাই মনেতে ভাবিল।
এই সাধু জানি নাই মনেতে ভুলিল॥ (১৪)
পুছিবার কাল নাই সকল্প কারনে।
আগে পিছে নাহি দেখি দেখিল শ্রবণে॥
রামগুণ শুনিলে আইসে হনুমান।
এত ভক্ত হনুমান মনে অনুমান॥ (১৫)
প্রত্যক্ষ জানিল সাধু রামদাস হব।
ইহারের শুদ্ধমূর্ত্তি কেমনে জানিব॥
এই মত ছয়দিনগুণি না পাইল।
সাতদিন প্রাতকালে উপায় লভিল ॥১৬॥

(১০) মপা ইবুঙো গরিবনিরাজ নিংথৌদগী য়া য়াথং লৌজরদুনা অফবা তিথি যেংদুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বার্ত্তন তৌদুনা লাইবিক তাগদবগী থৌরাং তৌরে শ্যামশাই ফিশেং শেত্তুনা বত কত্না শয্যা তোঙানখ্রে গোপী পণ্ডিতপু লাইরিক্ তৌহল্লে। (১১) নুমিৎ তরেৎনিগী সঙ্কল্প তৌদুনা পুজাগী পোৎলম লাগুদুনা মণ্ডপ লৈরবা ব্রাহ্মনা ঘট লাত্তুনা পুজা সঙ্কল্প লোইরদুনা লাইবিক্ পুজা কৎলে, ভাবোক্ থুকমদুনা গোপীচন্দ্র পণ্ডিতনা লাইরিক্ পৌরে। (১২) মায়গৈ মরীদা নাম তাবা ভাবোক্না মথং মনাও নাইনা নাহা অহল পরেং বায়দনা নোল্লুক্না লৈরে, লাইরিক তোবনা মঙ্গলা চরণ হৌদুনা লাইরিক হেক হায়বা হৌরকপদা বৈষ্ণব অমা লাকই। (১৩) কুচ্ঙৌই, ফি অঙোবা শেৎলি, অঙোবা ফি ইল্লি। ফুরিৎ লীত্তে, কোয়েংস্থু য়েত্তে মণ্ডপ য়াম্না লৈ, কনা অমগা রারী শানদে। মী কনাগস্থ ফম্মিন্নদে লৈবাক্তা ফম্মা। মিতগী পি অবেপ্পা লৈতনা তাই, লাইরিক লোইরবপগা উবা ফংদে ঙকনৈ। (১৪) মথং অদুস্থ লাইবিক হৌরকপগা লাক্কুনা ঙরাংগুম নাম তাই, য়াম্না পুকচেল শেংনা থরায় চঙনা তাই মাবু উরগ শ্যামশাই মচাইবুঙোনা খল্লি সাধু অসি কনা ওইরিগবা খনবদা ঙকই। (১৫) হংলীংঙাই মতম লৈতে সঙ্কল্পনিনা মরমদি লাইরিক হৌদ্রিঙৈদস্থু লাক্কে লোইরগস্থ উবা ফংদে অদুনা রারী শানীঙাক মতম লৈতে শ্যামশাইনা খল্লি রামগী গুণ তাববদি হনুমান লাকই হায়নৈ অদুনদি বৈষ্ণব আসস্থু হনুমান্‌লা। (১৬) মী কয়াদা হংবদা কনানা খঙডি হায়দে। শ্যামশাইনা নীংই তশেংবা

শেষদিনের শ্রুতাসি মাগুব পুরিল।
গ্রন্থ পুজা সমাপিয়া বাখ্যা আরম্ভিল॥
হেনকালে সাধু আসি বসিল সভাতে।
সাধু দেখি রাজপুত্র প্রেম বহে নেত্রে॥ (১৭)
সম্পুর্ন্নের সময়ায়ি গোধুলি সময়ে।
নামের মন্দির সব নির্মল্য বেড়য়ে॥
এক দ্বার আছে তাতে দণ্ড বত রহে।
শ্রবনান্তে ফিরে সাধু রাজপুত্রে কহে॥ (১৮)
পথ ছার রাজপুত্র শ্রবনান্ত হৈল।
কি লাগি নির্মাল্য বেড়ি পথ রুদ্ধ কৈল॥
শ্যামশাই কহে সাধু কিবা নাম তব।
কুন স্থানে রহিয়াছে কহিয় প্রস্তাব॥ (১৯)

হনু কহে রাজপুত্র আমি পরদেশি।
গ্রাম ঘর দেশ মম নাহি তীর্থবাসি॥
শ্যামশাই কহে সাধু নাম কিবা হয়।
হনু কহে ভক্ত আর দাসনাম কয়॥ (২০)
শ্যাম কহে কার ভক্ত কার দাস নাম।
সাধু কহে কিবা কাজ জানি মোর নাম॥
পথ ছার আমি যাই সেবার সময়।
শ্যাম কহে না কহিলে পথ না ছারয়॥ (২১)
সাধু কহে উঠ বাছা লাগিলে কহিব।
শ্যাম কহে সত্য কর নহে না ছারিব॥
সাধু কহে উঠ বাছা আমি সত্য ধরি।
চরণ ধরিয়া বন্দি উঠি শিগ্র করি॥ (২২)

---

হনুমান ওইবতাই করম তোরগা অশেংবা খঙগদগে রাখল তোবদা লামবা ফংদে মুমিং ঙকক্রি শুপ্রে তরেৎনিগী অযুক্তা মবুংঙোগী থোজান্না রাখল ফংলে। (১৭) অরোইবা মুমিৎ তরেৎনি শুবসিদা ভাবোক চোল্লে, পুজা তৌদুনা লাইরিক হোরে মতম অদুদা সাধু অসি লাকুনা হান্ন-শুম ফম্মরে সাধু অসি উবদা শ্যামশাই মুংশিখিবনা মিক্ৎগী পি কংদে য়েংঙ য়েংঙগা কপই। (১৮) লাইরিক লোইরকপগা গ্বাল আরতি মতমদা বৈষ্ণব অদুনা লেঙখিদ্রিদৈদা নাম তারিবা মাগুব অদু নির্মাল্যনা কোয়রে থোঙ অমত্তং ফাৎলি থোঙ অদু থিংনা শ্যামশাই দণ্ডবত তাদুনা লৈ ময়ান্না বাগলভুক য়েন্দুনা থুংডি থুংদে লাউনরিঙৈ সাধু থোক্লক্লে দণ্ডবত তাদুনা লম্বী থিংবা উবদা হায়রকই। (১৯) মচাইবুঙো লম্বী থাদোকউ লাইরিক তাবা লোইরে ঐ চৎলগে লম্বী অতৈ অসি নির্মাল্যনা কোয়শিন্দুনা করিগী লম্বী থিংবগে? শ্যামশাইনা হায় হে সাধু করি মিং কৌবগে, লৈকাই থুঙ্গং কদায়দা লৈবগে খরা তাকপীয়ু। (২০) সাধুনা হায় মচাইবুঙো ঐদি অরাপ্পদগী লাকপনি পরদেসীনি ঐগী য়ুম থুঙ্গং অরেপ্পা লৈতে তীর্থবাসীনি কোয়চৎ চৎপনি। শ্যামশাইনা সাধুবু মিং করি কৌবগে, সাধুনা ঐসে ভক্ত হায়নস্ত্র কৌই দাস হায়নস্থ কৌই। (২১) শ্যামশাইনা করম্বা ভক্তনো, কনাগী মনাইনো, সাধুনা মচাইবুঙো! অদু খঙলগা করি কান্নবনো লম্বী থারো ঐদি সেবাগী মতম হেনখিগদোরে। শ্যামশাইনা অশেংবা তাকপীদ্রবদি লম্বী থাজবা ঙমজরোই। (২২) সাধুনা হায় হোগৎলো বাপু পান্নবদি হায়রগে, শ্যামশাইনা ননাইনা থাজনবা রাশকপিয়ু। সাধুনা মচাইবুঙো ঐ রাশকলে হোগৎলো তাবদা শ্যামশাই সাধু ওইরিবা হনুমানগী চরণ কোন্দুনা থুক্রমজৈ।

আইস বলিয়া ছুত গমন করিল।
আসি সন্ধ্যা বকদণ্ডে বনে উত্তরিল॥
হাসি কহে রাজপুত্র আমি হনুমান।
কিবা বাঞ্ছা কহ বাপু শুনাহ এখন॥ (২৩)
চরণ ধরিয়া কহে আমি রাজপুত্র।
অষ্ট সিদ্ধি দেয় প্রভু তুমার প্রসাদ॥
হনু কহে লঘিমা শক্তি সে তুমি লহ।
আর সব শক্তিগন কালিকাতে লহ॥ (২৪)
আজিরাত্রে তুমি গিয়া কালিকা পুজহ।
লঘিমা কালিকা মন্ত্র দিলে প্রেমসহ॥
মোর বরে জগৎমাতা পাও দরশন।
ই বলিয়া হনুমান হৈল অন্তধান॥ (২৫)
গৈবি গঙ্গা তীরে আসি কালিকা মন্দিরে।
প্রণমিয়া মন্ত্র পড়ি রহে প্রেম ভরে॥

মন্ত্র কলে ভগবতী উদয় হইল।
দেবী কহে কিবালাগি আমাকে ভজিল॥ (২৬)
শ্যাম কহে অষ্টসিদ্ধি দেহগো আমারে।
দেবীভাবে কায়দাস কিবা গুণ ধরে॥
পরিক্ষা করিবে গুণি শ্যামাতে কহিল।
শুন বাছা প্রানবাপু দেখি তুমা বল॥ (২৭)
ইহা হৈতে চৌংঙাগিরি অভ্রবৃক্ষ মুল।
আমি আগে তুমি হৈলে পাব এই ফল॥
এহি বলি ভগবতী হৈল অন্তর্ধান।
লঘিমার মন্ত্র শক্তি আগে বসিলেন॥ (২৮)
দেবী আসি কহে বাপু জানি তব গুণ।
নিজ প্রাণনাথ পাই জানিল এখন॥
যাহ বাছা বর দিল এই মন্ত্র লহ।
বকদণ্ড বনে গিয়া স্মরন করহ॥ (২৯)

(২৩) সাধুনা হৌগৎলো ঐগা চৎলসি খরা চথোক্লগা তাক্কে হায়দুনা রারী শাদুনা লাকপসিনা সন্ধ্যা তবুম্বদা মহাবলি উমংদা থুংলরে মনাই য়েংলগা নোক্কুনা হায় ঐ অসে রামদাস হনুমানি করি পামদুনা সঙ্কল্প তাবনো ঐঙোন্দা হায়য়ু। (২৪) নীংজরিবা মবুঙোনি খঙলবদা চরণ কোঞ্জরগা ননাইদি নিংথৌ মচানিনা চরণগী কৃপাদগী সিদ্ধি নিপাল ফংজগে. হনুমান্না শ্যামশাই লঘিমা শক্তিদি পীরগে অতৈদি নমা কালিকাদগী ফংজৌ। (২৫) ঙসি অহিং অসি কালিকা মন্দিরদা চৎকুনা পুজা তৌরুরো, মন্ত্র অসি লঘিমানি, মন্ত্র সিমনা কালিকা নমাগী মন্ত্রনি হায়দুনা মন্ত্র অনি তাকপীরে ঐগী বরদগী নমা উনজৌ অসি তাকপীরগা হনুমান ঠাকুর মাঙখ্রে। (২৬) মচা-ইবুঙো শ্যামশাই য়ুমদা লাক্কুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্তা দান, দক্ষিনা তৌদুনা খুরুমজরগা, পুজাগী পোৎলম পুদুনা ( গৈবি গঙ্গ ) নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈরিবা কালিকা মন্দিরদা পুজা কৎলরে মন্ত্রগী পাঙ্গমা ইবেম্মা ফাওরে, দেবীনা হায় করিগীদমক পুজা তৌবনো ? (২৭) শ্যামশাইনা ইমা সিদ্ধি নিপাল পীনৌ, দেবীনা খল্লি কনাগী মনাইনো মগুণ কয়া লৈরবনো য়েংগে খল্লদুনা, তাও ইবুঙো নগুণ য়েংগে। (২৮) অসিদগী চৌংঙা চীংদা হৌরিবা হৈনৌ মনাদা খোইহি চেঙ্মা লৈবাক্কী অফ-কপ্ত পাউ পীরিবা হৈনৌ মখোঙ অচু য়োবা ফাওবা লমজেল তান্নসি নংনা হেল্লবদি নংনা হায়রবদো পীগে। অসি তাকপীরগা দেবী মাঙখ্রে শ্যামশাইনা লঘিমা শক্তিনা, মিৎ উই-শিল্লগা মন্ত্র খরনি তৌরগা পাংথোরকপদা হৈনৌ মখোঙ ওইররে। (২৯) কোন্না দেবী থুংলৈ

মম বরে দেখা পাও তোর ইষ্টদেব।
এহি বলি মন্ত্র দিল পরে সুখ পাব॥
ই বলিয়া ভগবতী হৈল অদর্শনে।
পুন আসি শ্যামশাই বকদণ্ড বনে॥ (৩০)
মন্ত্র পড়ি ধ্যান করি বসিয়া রহিল।
ঠাকুর আসিয়া আগে হাসি দাড়াইল॥
প্রভুর চরণ ধরি প্রনাম করেন।
ঠাকুর কহেন বাছা সম্বর ক্রন্দন॥ (৩১)
শিলা নহে এই মুর্ত্তি বরের ঈশ্বর।
সেবন করহ তুমি পাবে ইষ্ট বর॥
শুন বাছা মোর জন্মদিন মঙ্গলবার।
সেই দিনে ভক্তিভাবে পুজিলে আমার॥ (৩২)
যার যেই বাঞ্ছা সব হইবে পুরণ।
এহি বলি হনুমান হৈল অদর্শন॥

তারপরে শ্যামশাই সেবা প্রচারিল।
ঠাকুরের কৃপা হৈতে সিদ্ধি যে পাইল॥ (৩৩)
রাজপুত্র শ্যামশাই জগতে বিখ্যাত।
অগ্নিতে জলেতে আর সকল অস্ত্রেতে॥
তার অঙ্গে নহি তাপে হইল অমর।
তারপরে প্রভু আজ্ঞা শ্রীমুর্ত্তি রোপিল॥ (৩৪)
একই শরীর প্রভু শ্রীমুখ পঞ্চম
সাক্ষাত ঈশ্বর দেব পঞ্চমুখ নাম॥
এ দুই প্রভুর গুণ বর্নিতে নারিল।
প্রভু কৃপা পাই জীব জানিবে সকল॥ (৩৫)
অপুর্ব্ব মঠের মধ্যে রহি মহাবল।
মণিপুর রক্ষা লাগি প্রতথ্য রহিল॥
রাজা পরিচর্য্যা করি সন্যাসী সকল।
কি করি বাখান সেই পুজা নিরমল॥ (৩৬)

---

নোক্লগা হায় শ্যামশাই নশক খঙলে, নবুঙো উজবা ফংলবোরে মানদি পীব্রদুনা ঐঙোন্দা থঙজিল্লিবোরে ফরে ইমানা বর পীরবনি ফংজরো, মন্ত্র অসি লৌ, নবুঙো উনকম বন অদুদা নবুঙো খরনি ভোজরুরো। (৩০) ইমাগী বরদগী নবুঙো অমুক উজবা ফংজরো অদুগা নংনা নীংবা থুংজরগনি অসি হায়দুনা মন্ত্র অমা তম্বীরম্লগা ইবেম্মা মাঙখ্রে, শ্যামশাই অমুক লাকুনা (বকদণ্ড বন্দা) মহাবলি উমংদা থুংলরে। (৩১) দেবীনা পীবা মন্ত্র শোন্দুনা মবুঙো নীংজরকই। হনুমান ঠাকুরনা লেঙঙকুনা মাঙদা নোক্নুনা লেপই শ্যামশাই প্রভুগী চরণ কোন্দুনা কপই। হনুমাননা মচাইবুঙো কপকনু। (৩২) লৈরিবা মুর্ত্তি অসে ঐমক্লি অপাম্বা বর পীরগদবনি। ঐনি হায়না নীংদুনা সেবা ভৌ, নীংবা থুংগনি। অদুনা তাও শ্যামশাই ঐনা পোকপদি থবানগী থাশি লৈপাকপোকপদনি অদুনা ঐগী ইপোক সুমিৎ লৈপাকপোকপদা পুজা ভৌ। (৩৩) মানা মানা নীংবা পুম্নমক ঐনা পীরগদবনি অসি তাকপীরম্লগা ইবুঙো মাঙখ্রে। মবুঙোগী কৃপা ফংলবদা শ্যামশাইনা নিতিগী সেবা ফংজরে। ঠাকুরগী কৃপানা মথং-মথং সিদ্ধি কয়া ফংজদুনা ঙাল্লক্লে। (৩৪) নিংথৌগী মচা শ্যামশাই হায়বা মিং শেৎ কায়না ফাওরক্লে, মৈদা, ঈশিংদা, থুৎলায় কয়ানা মঙোন্দা অম্বাবা লৈত্রে, চঙত্রে অদুনা অমর ওইরে হায়নরে। নোংমা ঠাকুরনা শ্রীমুর্ত্তি অমা লিংখৎ-তুনা সেবা চৎলু তাকপীদুনা লিংখৎলি। (৩৫) হকচাংদি অমগুনি শ্রীবদনদি মঙানি শংশংবা ইবুঙোনি মিং পঞ্চ মুখ কৌই, ইবুঙো অনিগী গুণদি লেঙবা ঙম্মোই মাগী কৃপা লৈবনা থঙগনি। (৩৬) মহাবলি উমংদা লৈবা মন্দির ফুরা মপুঙদা মণিপুরগী অরা-অনা কনবীনবগীদমক ইবুঙোনা

চৌদিগের কপি আসি সেবে হনুমান।
ছয়দিন পালি সেবা রহে কপিগন
সাতদিনে পালি সেবা করে সমপণ।
পথরুদ্ধ যেই জন নিশ্চয় মরণ॥ (৩৭)
নিলকণ্ঠ গিরি হৈতে বানরালি হয়।
সেই পথ য়োংলান লম্বী অদ্যাপি কহয়॥
বলু কালের বন এহি পুরাতন বৃক্ষ।
যুক্ত মহাগুণ তাহা নাহি হীন বৃক্ষ॥ (৩৮)
জন্মদিন ভৌমবারে রাজ্য প্রজাগণ।
অনেক স্থামগ্রী লয়া পুজে হনুমান॥
মণিপুর রাজ্য লাগি রহে ভক্ত রাজ।
দেখি শুনি রহি য়াছে কৃপার সমাজ॥ (৩৯)
আতুর দুর্ব্বল বাল বৃদ্ধ লোক গনে।
ঠাকুরের জন্ম সেই ভৌমদিনে॥

আগে রামজিরে পুজি প্রনাম করিয়া।
ঠাকুরের স্থানে আসি প্রনাম করিয়া॥ (৪০)
পরিক্রমা বন্দনাদি প্রেম সেবা হয়া।
ঠাকুরের দাসস্থানে প্রসাদ মাগিয়া।
পুনঃ যে প্রসাদ লঞিও ভুঞ্জিলে যে জন।
দুর্ব্বলাদি রোগ ছাড়ি হন বলবান॥ (৪১)
আর বানরেতে দান শুদ্ধ মন করে।
যার তার বাঞ্ছা সিদ্ধি মহাধ্বনি ধরে॥
সাক্ষাত প্রতক্ষ দেখি প্রতিফল যত।
যার আর ভক্তিমতে দেহি ফল তত॥ (৪২)
এ দেশের উপদ্রব রোগ শোক রন।
দুর্ভীক্ষাদি মহাদুঃখ সময় তখন॥
অঙ্গ কম্পি স্বেদ পুর্ন চিহ্ন দেখাইল।
ঠাকুরের কৃপাবল প্রতক্ষ জানিল॥ (৪৩)

---

সেবা লৌদুনা লৈরি। নিংথৌগী য়াথংনা সন্ন্যাসী ওইবনা সেবা পূজা লুনা ফজনা কৎলি। (৩৭) মায়গৈ মরিদগী য়োং বয়া লাক্লুনা হনুমানগী সেবা লালুপ পুই, সুমিৎ তরুক্নি লালুপ কারগা তরেৎনি শুবা সুমিত্তা লালুপ শিয়ে, য়োং ময়াম্না হন্দোক-হজিন তৌবদা লম্বী থিংডুরবদি মী অদু য়োং ময়াম্না য়োমদুনা চৌকপদা শিয়ে। (৩৮) (নিলকণ্ঠগিরি) নোংমাইজিংদগী য়োং ময়াম লাকপা অমম্তুং হনখিবা লম্বী অদু হৌজিক য়োংলান লম্বী কৌনরি। মণিপুর অসিগা অদুম লৈমিন্নরক্লবা মতম কুইরবা বল্লি হৌরিবা উ পাম্বীশিং অসি মগুণ লৈরবা মাঙবা শিবা লৈত্রবা উগী বল্লি। (৩৯) হনুমান ঠাকুর পোকপসি থরান থাশি লৈপাকপোকপদনি, অদুনা জন্মদি লৈপাকপোকপা প্রজা কয়ানা ইবুঙোবু পূজা তৌজরি পূজা লৌবীদুনা ভক্তগী অথোইবা হনুমান্না প্রজা ভাক্তি ইবুঙোগী মগুণ, শক্ত শোম্নরি। (৪০) মাগী মাগী কর্ম্মনা, শোল্লবা, নারবা অঙাং অহন সুপা-সুপী কয়ানা, জন্মদিন লৈপাকপোকপদা শ্রীরামজি প্রভু খুরুমজবগা লাক্লুনা হনুমান ঠাকুরবু খুরুমজৈ। (৪১) পরিক্রমা, মন্দির কোয়জরদুনা প্রেমগা লোয়ননা খুরুমজরগা, প্রসাদি নিজরগা, চাজরবা অদুম্ব মীদো, অরা-অনা লাইথুংনচিংবা পুম্নমক কোক্লুনা পাঙ্গল কল্লি লাইথুং কোকই। (৪২) অদুগা ঠাকুরগী থৌগল তৌরিবা য়োং থৈবিক্তা ঙমজবা দান তৌবদা, মানা মানা নীংবা থুংভি, লন্ নিরে পী, হৌজিক হৌজিক মহৈ পীবা ইবুঙোনি, মাগী ভক্তি য়েংদুনা। (৪৩) মণিপুর দেশ অসিগী অরাবা শা-লাননচিংবা চাক্ তাংবা, অরা-অনা লাকদৌরমদাইদা হকচাং নীকই হকচাংদা হুমাং ক্-ক্

অদ্যাপিহ হনুমানে সেবা করাইল।
প্রভুর অনেক গুণ বর্নিতে নারিক॥
যথা শক্তি আমি পারি এই সে বর্ণণ।
দীন-হীন মঙ্গিসিংহ লিখি প্রভুগুণ॥৪৪॥

ইতি মণিপুর দেবালয় নাম গ্রন্থে হনুমান গুণ কথনং দ্বিতীয় সীমা সমাপ্তং॥

কামই মণিপুর ওাকপগী খূদম ভশেংনা উৎলি। (৪৪) হৌজিক ফাওবা হনুমান ঠাকুরগী সেবা ময়েং তাবা লৈতনা তৌরি প্রভুগী গুণ লোইবা নায়বা নত্তে ওমজবা খরদং দীনহীন ওইরবা মঙ্গিসিংনা লেংজৈ।

মণিপুর দেবালয় কৌবা লাইরিক্তা
হনুমানগী গুণ লেংবা অনিশুবা অধ্যায় অসিদা লোইজরে।

---

## অহুমশুবা অধ্যায়
### (রাম সীতা নিরুপণ)

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদণ।
তুমা সভা কৃপা হৈতে করিয়ে রচণ॥ (১)
গ্রহদোষে সাতবর্ষ দেখ ভাঙ্গাইয়া।
কাছারেতে শ্রীগোবিন্দ সেবি দুঃখিহয়া॥
গম্ভীর নরসিং দুই অরা খেদারিয়া।
মণিপুরে গম্ভিরসিং নৃপতি হইয়া॥ (২)
কাছার হইতে প্রভু আর গোপীনাথ।
গম্ভীরসিং লইয়াসি অদ্বৈতাদি সাথ॥
বিজয় পঞ্চালি গ্রন্থে তৃতীয় খণ্ডেতে।
বিস্তারিয়া বর্নিয়াছে দেশ ভাঙ্গামতে॥ (৩)
পুনরুক্তি ভয় আমি না লেখি প্রকাশে।
ইহালাগি সুত্ররুপি করি বর্নিয়াশে॥
বিষ্ণুপুরে শ্রীগোবিন্দ রাখি সেবা হয়া।
কাঞ্চিপুরে লইবার আরম্ভ করিয়া॥ (৪)

---

(১) শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ প্রভু খুরুমজৈ। অদ্বৈত প্রভুবু, গৌরভক্ত গুরু গোস্বামী খিবিকপু খুরুমজৈ। তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক ভক্ত গুরুজন খৈবিকী থৌজান্দগী লেংজবনি। (২) গ্রহগী দোষনা মণিপুর অসি লৈপাক কায়দুনা মণিপুরগী অয়াম্বা শ্রীগোবিন্দনচিংবা ঈশ্বর কয়াময়াং লৈপাক্তা সেবা চৎপ্রে। চহি ৭ লোইদুনা চহি ৮ চঙলকপদা গম্ভীরসিং, নরসিং অনিনা কবো তাম্থোক্লুনা নিংথৌ ওইরে। (৩) ময়াং লৈপাক্তগী শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ, অদ্বৈতনচিংবা লেংখিবা পুন্নমক লেংথোকউদুনা সেবা হৌরে। মসিগী ৱারী অসি বিজয় পঞ্চালি কৌবা লাইরিকী অহুমশুবা খণ্ডগী মনুঙদা চাউনা লেংলুনা লেংপ্রে। (৪) লেংপ্রবা ৱারীবু অমুক হন্না লেংবগী দোষ কিদুনা চাউনা

এহ বেদ ঋষি চন্দ্র শাকের প্রমাণে।
আশ্বিন শুক্লা দশমী সেই রবিদিনে॥
বিষ্ণুপুর হৈতে আইলেন কাকিপুরে।
প্রজাগন সঙ্গে রাজা রৈল হর্ষভরে॥ (৫)
একদিনে রাজা প্রজা বিচার করিল।
শ্রীরাম সীতা লক্ষ্মন দেখা না পাইলো॥
গুরুজন ইষ্টদেব প্রসিদ্ধ দেবতা।
এইলাগি প্রজাগণ দেখ কাহা কথা॥ (৬)
রাজা প্রজা সর্ব্ব মিলি একমাস ব্যাপি।
গিরি গুহা নদা নদী দেখি পুনঃ কপি॥
খুজিতে না পাই প্রজা পুনঃ বিচারিল।
প্রভু নিরূপণ লাগি আরম্ভ করিল॥ (৭)

রাজা জাতে জ্যোতিষিক শুভ লগ্ন দিয়া
নিরূপিয়া দুইয়ে রজাদি সমাপিয়া॥
চুংখাম জাতিতে জন্ম লোলাংসিংহ নাম।
গরিবনিবাজ রাজা শান্তিদাস নাম॥ (৮)
হনুমান তিনমূর্ত্তি নিরূপন কৈল।
যাব তার অঙ্গরাগ সমাপন কৈল॥
এহ বেদ ঋষি চন্দ্র ফাল্গুন চতুর্থি।
সেই দিনে অধিবাস শ্রীপঞ্চমী তিথি॥ (৯)
অভিষেক লাগি লোক আরম্ভ করিল।
কালি অভিষেক বলি অধিবাস হৈল॥
শুনহ বৈষ্ণব গণ প্রভুর চরিত্র।
মারজিত রাজা কালেজাজি সহগাত॥ (১০)

---

লেংঙব্রে (বিষ্ণুপুরে) লমাংদোংদা গোবিন্দ লেঙখোক্লুনা লৈরবদগী (কাকিপুর) লাংখবান্দা হোংলক্লবা থোবাং তৌদুনা। (৫) শোক ১৭৪৯ গী লাংবল ১০ নি পানবা নোংমাইজিংদা লমাংদোং দগী গোবিন্দ লেঙডক্লুনা লাংথবান্দা সেবা চত্নুনা সেবা তৌরে. মণিপুর অদি গোবিন্দজীগী কৃপানা নিংথৌ, লৈপাক প্রজা ঈংনা পারে। (৬) নোংমা নিংথৌগা প্রজাগা পুল্লপ তিন্নুনা তারৈ, বা খরৈ। শ্রীরামচন্দ্রনে, সীতা দেবীনে, লক্ষ্মণনে অহম অসিদি ইবুধৌ গরিবনিবাজনা সেবা তৌরম্বা অকাওবা লাইনি, মেরাগী ১০ নি পানবা কাক যাত্রাদা প্রভু রামচন্দ্রনা সেনাপতি বোরিবীরগা কাক তানবর্নাচিংবা নিংথৌ প্রজাদা মণিপুরগী মঙ্গল ওইনবা কৎপনি, ইবুঙো যৌক্তিক লৈত্রে। (৭) ফংনবা থিদবা মাদে অসি থম্নদুনা নিংথৌ প্রজা তিন্নদুনা থা অমা চুপ্না চীং, লোক, গুহা, তুরেল অচৌবা, অপীকপনচিংবদা হন্না হন্না থিবদা কংত্রদুনা নিরূপণ তৌরসি লেপরে। (৮) পাজিনা সুমিৎ অফবা লগ্ন লেপ্লুনা রাম সীতা অনিবু নিরূপণ তৌরে, শাথা লোইরদুনা অঙ্গরাগ তৌরে। বিশ্বকর্ম্ম ওইদুনা শাজরিবদি চুংখামগী লোলাংসিং কৌবনা শাকৈ, নিংথৌনা ইবুধৌ গরিবনিবাজনে, শান্তিদাস গোসাইনে, অদুগা (৯) হনুমাননে, মুর্ত্তি অহম অসিগা অমুক শাউ হায়দুনা নিরূপণ তৌরে, শাথা লোইরদুনা, মশা মশাগী অঙ্গরাগ, রং তৌথা লোইরে, অভিষেক তৌরসি হায়দুনা সুমিৎ য়েংবে, শোক ১৭৪৯ গী কাইরেন ৪ নি পানবদা অধিবাস হোবা ৫ নি শ্রীপঞ্চমীদা অভিষেক। (১০) পাজিগী বা লৌদুনা সুমিৎ তাইথদুনা ৪ নি পানবা ওইরবদা লৈপাক প্রজা তিন্নুনা অধিবাস হোরে। হে ভক্ত বৈষ্ণব, অসিমনা লৈখিসনু। মারজিৎ

মণিপুর প্রজাগণ দুখিত হইয়া।
নিজ প্রাণ রক্ষা লাগি উপায় দেখিয়া॥
নিজ নিজ ইষ্টদেব স্থানে স্থানে থৈল।
সবার প্রসঙ্গ পরে বর্নিব সকল॥ (১১)
মণিপুর ঈষ্টদেব সাক্ষাত ঈশ্বর।
ঈশ্বরের কৃপাবলে লিখি গুণ তার॥
শ্রীরাম লক্ষমন সীতা প্রসিদ্ধ দেবতা।
গুণ শুনি সর্ব্ব ভক্ত ভাবি হরসীতা॥ (১২)
ঔৱার প্রতাপে প্রজা রহিতে না পারি।
শ্রীরাম লক্ষমন সীতা লয়া সেবা কারি॥
নানা স্থানে লুকি-লুকি রহে কত দিন।
উপায় না দেখি দাস কান্দি সর্ব্ব ক্ষণ॥ (১৩)
পিতৃ সত্য লাগি রাম বনবাস কালে।
অয়ুধ্যার প্রজাগণ দু:খিত অন্তরে॥

রাম সীতা বোলি কান্দি ভুমিতে পড়িল।
তেনমতে মণিপুর দুখেতে ভাষিল॥ (১৪)
পর্ব্বত উপরে যাই পাই হঙ্গি গ্রাম।
নাগার গ্রামান্তে রহি করিল বিশ্রাম॥
চরণ ধরিয়া কান্দে শুন দাসরথী।
কি করিব কি হইব হৈল প্রাণ ফাতি॥ (১৫)
সেই রাত্রি প্রভু আসি স্বপনে কহিল।
শুন দাস আমা লাগ অনেক কান্দিল॥
সহিতে না পারি আমি বহু দুঃখ হৈল।
গ্রহদোষে মণিপুর এখনে ভাঙ্গিল॥ (১৬)
সাতবষ ভাঙ্গিবেক উপায় না দেখি।
আমি আদি দেবগণ লুকি কাল দেখি॥
এই গ্রামে আমা রাখি যাও তুমা সব।
আমার বরেতে তুম্রা মহা সুখ হব॥ (১৭)

নিংথৌগা, কবোগা লান তৌনবদা অৱানা গুমতুনা মণিপুর প্রজা কায়তুনা চেন্নরক্লে। (১১) মণিপুর মুপী, অঙাং, অহল খাঙনবা য়ানত্রদুনা মাগী মাগী জীব হিংনবা চেনৈ, অৱানা ফংবা মী, অশোনবনা হাৎলি, অকনবনা মনাদা য়াইরি লেংঙগা, কবোদা পুাখ, অঙাং মচানা নুংপাক্তা হাইৎতুনা হাৎলি, অসিগী থৌদোক অসিনা নৈবা য়াত্রবদা মণিপুরগী দেবালোই পুন্নমক মথং মথং পুদুনা চেন্নরকপা মখাদা ইজরকে। (১২) মণিপুর ইষ্টদেব, মীনা শারগা অভিষেক জীবন্যাস তৌবনি মীনা লাই ওই-হনবনি নীংফদে, তশেংবা ঈশ্বরনি, রাম, লক্ষমন, সীতা অহুম অসিগী গুণ তাবদা পেনবীগনি নীংজে। (১৩) কবোনা তানখায়রকপনা নৈবা য়ারক্কুবদা রাম, সীতা, লক্ষমণ অহুম অসি পুদুনা চেল্লকই তম্পাক্তা নৈবা য়াদদুনা চৌংদা কারক্লে, মক্ষম কয়াদা লোত্তুনা খুমিৎ কয়ানি খাঙভি, উপায় উরক্কু-দুনা মিৎলুদা পি কংঙক্লে। (.৪) প্রভু রামচন্দ্রনা মপাবুংগী ৱাশক ঙাক্কুনা বন লেঙবদা অযোধ্যাগী প্রজানা রাম সীতা কৌদুনা পৃথিদা ওন্দুনা কপ্পবগুম মণিপুর প্রজা পুন্নমক অৱাবগী ঈপাক্তা তাউত্রে। (১৫) চৌং কয়া লাকপনা লাই মনাই হঙ্গি কৌবা হাওথূন্দা থুংলে, খুল অদুগী খুনয়ায়দা ইবুঙো থম্নদুনা পোথারে. চরণ কোন্দুনা কপই, প্রাণনাথ হৌজিক করি তৌনি খনবদা থম্মোয় কায়ত্রে হায়দুনা ৱাখল ৱানা অহিং অদু নৈরকই। (১৬) মমঙদা প্রভু রাম লেঙঙক্কুনা তাকলৈ হে প্রিয়দাস নংনা ঐঙীদমক ৱাদুনা কপ্পা অসিদা ঐগী থম্মোয় কায়রে, অসিদা নবগ্রহ মাপলনা মণিপুরদা পুর্ণদৃষ্টি তৌদুনা য়েংবসিনা নৈপাক কায়বনি। (১৭) তরানি থা অমত্তা ওইররোই-দোরি চুহি তৱেৎ চুপ্পা কায়গদৌরি, ঐদা নত্তে নবুঙো গোবিন্দনচিংবা পুন্নমক মণিপুর থাগদৌরি

ই বোলিয়া প্রভু রাম গর্ত্তে প্রবেশিল।
না দেখিয়া নিদ্রা ভাঙ্গি সকল উঠিল॥
নির্জ্জন দেখিয়া এক গর্ত্ত বনাইল।
তাম্রের কুম্ভেতে রাখি সেবা করাইল॥ (১৮)
মাতি দিবা কালে লোক ব্যস্ত কম্পয়েন।
শুন প্রভু রামচন্দ্র জানকী জীবন॥
জগৎ মাতা সীতা দেবী কুমার লক্ষ্মন।
ইহা রাখি সেবা ছাড়ি কাহাচে গমণ॥ (১৯)
এহি বোলি সর্ব্বজন গড়-গড়ি যাই।
এই জন্মে প্রভু সেবা পুণ নাহি পাই॥
অন্তিম সময়ে প্রভু দাও দরশন।
ই বোলিয়া সর্ব্বলোক করিল ক্রন্দন॥ (২০)
হেনই সময়ে এক ধ্বনি উঠ লিল।
প্রাণ ভয়ে যত লোক ভাঙ্গিয়া চলিল॥
শুনহ বৈষ্ণব গণ প্রভুর চরিত।
হেন মতে দেশ ভাঙ্গা সাত বর্ষগত॥ (২১)
এক কিরা ক্ষতি করে জীবের কারণ।
মকু খিরা আদি করি রোপন করেণ॥
এথাতে রাজা প্রজা শ্রীমূর্ত্তি নিরূপিল।
ইহা দেখি প্রভু রাম লিলা প্রচারিল॥ (২২)
রাত্রে দুই ভাই উঠি উপ্পারি ফেলিল।
কিরাত দেখিল প্রাতে ক্রোধ উপজিল॥
এই মত কতদিন করেণ উজার।
গ্রামেতে প্রার্থনা করে কর উপকার॥ (২৩)
দেখি শুনি লোক সব ধরিব বলিয়া।
যার যত অস্ত্র ধরি গুপতা রহিয়া॥
নিশা ভাগে দুইজনে পূর্ব্ব মত কৈল।
ধর ধর বলি সব চৌদিগে বেড়িল॥ (২৪)

---

অদুনা খুঙ্গং আসদা ঐবু থনয়গা নখোয় চংম্রো ঐগী বরনা নখোয় পুন্নমক অরা-অনা লৈরগনু। (১৮) অসি তাকপীরগা প্রভু রাম গর্ত্ত লৈপাক কোম অমদা লেঙশিনগ্রে, প্রভু উখিদ্রবদা মিকপ চপ মান্ননা থোক্লে। মী অমত্তদা মঙবা মঙ নত্তে পুন্নমক্তা মঙবনি ময়াম তান্নদুনা অচৌকপা মফম য়েংলগা কোম অমা তোরে অদুগা কোরী চফুদা হাপ্তুনা। (১৯) কোম অদুগী মনুঙদা থমলে লৈপাক খোৎচিন্নমদাইদা খুং নীকনৈ, কপ্লদুনা হায়জৈ প্রাণনাথ রামচন্দ্র জগৎকী মবুঙো, জগৎ মাতা সীতা দেবী, হে মনাও ইবুঙো লক্ষ্মণ থরায় থাদ্রিবমখৈ সেবা থাজরোই নীংজবনু হৌজিক থাদোক্লগা কদায়দা চৎকনি। (২০) অসি হায়দুনা মী পুন্নমক ওন্দুনা কপই, অমুক খুৎ লোয়দুনা হায়জৈ মপোক অসিমগী সেবা ফংগনি নীংদ্রে, ইবুঙো মীওইবগী শিরমদাই য়োরবা কান্দা উহনবীয়ু হায়দুনা পুন্নমক কপনৈ। (২১) অসুম্না কপ্লরিঙৈদা থঙহৌদনা মখোল অমা নিল্লকই অদু তাবদা থরায় শিনীংদবদগী লৈপাক খোৎচিন্নমদুনা পুং শেম্নগা জীব হিংনবা চেনখ্রে। তাবীয়ু ভক্ত খৈবিক ইবুঙোগী লীলা, অসুম লৈখিবা অসিনা চহি তরেৎ হৌখ্রে। (২২) ইবুঙো লৈরিবা মফম অসি তাংখুল নিপা অমনা মাগী জীব হিংনবা পাম য়ান্দুনা চুগজাক, থবীনচিংবা থাদুনা পামলৌ ওইখ্রে। অসোমদা ইবুঙো থিবা থঙদ্রে হায়দুনা রাম সীতা শাবা লোইখ্রে। অদুদা ইবুঙোনা লীলা অমা শান্নরকই। (২৪) অহিংদা ইবুঙো অনিনা হোগত্তুনা মাগী পামদা থারিবা পোৎ অদু ফুক্তোক্তুনা হুন্দোকই, নোংঙাল্লগা তাংখুল নিপা অদুনা উবদা থরায় শোক্লা শাউই। পোৎ মাঙহনবা অসি নোংম-নোংমগী হেক্তিল্লুনা মাগী পামলৌ মাঙলবদা ফাবা ঙমদ্রদুনা মখুঙ্গংদা হায়জৈ। (২৪) নখোয়

মধ্য মৃছু করি ঢুহ টিলাতে পরন।
ভয় হয়া সর্ব্বলোক বেড়িয়া রহেন॥
প্রাতঃকালে টিলা ভাঙ্গি দেখিব সময়ে।
শ্রীমূর্ত্তি দেখিয়া কান্দে লোক মোহ হয়ে॥ (২৫)
বিচার করিবা মাত্র এহি হিন্দু দেব।
দোলায় সাজিয়া তুলি লয়া সর্ব্বদ্রব্য॥
বহুজন আসি পুরে প্রবেশ করিল।
শুন রাজা তোর ঈষ্ট লহ বলি দিল॥ (২৬)
ক্ষেত্র সব উচ্চারিল মহা চোর দুই।
কার পুত্র তিনজন কিবা নাম হুই॥
দেখিতে সুগুর অতি স্নেহময় মূর্ত্তি।
ই বলিয়া কিরাৎগণ প্রেম ময় স্ফূর্ত্তি॥ (২৭)

শ্রীমূর্ত্তি দেখিয়া রাজা পড়িল ভুমিতে।
প্রজাগণ দেখি কান্দে নহে নিবারিতে॥
ওহে প্রভু রামচন্দ্র দয়ার ঠাকুর।
পূর্ব্বে গুহ তুমা নামে উধার করিল॥ (২৮)
মণিপুর রক্ষা লাগি এথা আগমান।
অধম জনের দোষ ক্ষেমিয় চরণ॥
রাম রাম বোলি সোভে আবিষ্ট হইয়া।
প্রভুকে করেণ স্তুতি চরনে ধরিয়া॥ (২৯)
দেখি শুনি কিরাৎগণ প্রভু প্রেম ভেল॥
অধম জাতিতে জন্ম তুমা না জানিল॥
ই বোলি কিরাতগণ পড়িল ভুমিতে।
দণ্ডবত করে অশ্রু হৈয়া পুলকিতে॥ (৩০)

---

খৈবিরা ঐবু কনবীয়ু তাবদা চত্তুনা য়েংনবা, শাউনদুনা ফাসি লেপ্পরে, সুমিৎ অ৫গী অহিংদা থাং, তা, খুৎলায় পায়দুনা লুম্লে, নোংঙাল্লমদাইদা ইবুঙো অনি থোক্তুনা হান্নগুম পোৎ চায়-খায়রে, উবদা ফারো ফারো হায়দুনা তান্নবদা অমসুং কোয়শিনবদা। (২৫) করিগুম ইথৌ থওইদনা তবি-তবি লৈবুঙদা চঙখ্রে, কিনরদুনা শঙদুনা লৈরে, নোংঙাল্লবদা লৈবুং অদু কোখায়দুনা য়েংলুবদা শ্রীমূর্ত্তি অহুম লৈরমলে, উবদা হাও পুন্নমক মিত্তুগী পি কংনদে। (২৬) শ্রীমূর্ত্তি অহুম লেঙখৎ-লগা কপ্পে, খন্নবদা অসিদি মৈতৈগী লাইনি অদুনদি নিংথৌদা শিন্নরুরসি হায়দুনা দোলাইদা হাপ্তুনা লফোই, মঙ্গলনচিংবা অথেনপোৎ পুদুনা কোনুং চঙলক্লে অদুগা নিংথৌদা হঙ্গৎলি নিংথেম নচিন-ননাও নখোয়গী লাইনি লোরো। (২৭ ঐখোয় পামলৌ লিংবা ঙমদ্রে, হুরানবা হৈগ্রবা অনিনি, কনাগী মচানো অহুমসে মমিং করি করি কৌই, য়েংবদা য়াম্না নুংশি মাবু উরগা কপ্পিংঙি হায়রগা দোলাই থারে, নিংথৌ প্রজা চোম্ন তিল্লে (২৮) দোলাইদা কুপলিবা ফি হায়দোক্তুনা য়েংলুবদা, রাম, সীতা, লক্ষান অহুম লৈরম্লে, মবুঙো উবদা গম্ভিরসিং, নরসিং নিংথেম মচিন-মনাও রাম্নগ্রে, প্রজা পুন্নমক কপ্লগ্রে, খুৎ লোম্নদুনা হায়জৈ, ইবুঙো অদুগৈ গুহক চণ্ডাল লানবগুম। (২৯) ননাইশিং চীংমী খৈবিক কৃপা পীবীরম্লগা, মণিপুর প্রজা ননাইশিং কনবীবা লাকশিরে ননাই খৈবিকী দোষ ঙাকপীয়ু হায়রগা রাম রাম শোন্দুনা প্রেম্না ঙাওদুনা চরণ কোন্দুনা চপই। (৩০) নিংথেম মচিন মনাও মণিপুর প্রজা অপুম্বনা কপ্পবা প্রেম উবদা ইবুঙো পুরকইবা চীংমী খুদিংমক প্রেম কংলদুনা হায়রকই ননাইনা অতোনবা জাতিদা পোকপনা খঙদ্রে ননাইবু

প্রেম দেখি লোক সব করিয়া সম্মান।
যোড় হাতে প্রভু আগে লয় রাম নাম ॥
অধম কিরাত কুলে কেনে জন্ম হৈল।
বিধি মোরে হিন্দু কুলে কেনে না সৃজিল ॥ (৩১)
হিন্দু হলে পাইতাম তব চরণ সন্নিধান।
ব্যর্থ মোরা এই দেহ যাউক পরান ॥
রাজা প্রজা সান্ত্বাইয়া রহিল সকল।
সেই দিন ফাল্গুন শুক্লা চতুর্থি হৈল ॥ (৩২)
পর পঞ্চমীতে প্রভু অভিষেক কৈল।
এই লাগি রাম সীতা চারি মূর্ত্তি হৈল ॥

প্রভু অভিষেক দিন শুক্রবার হয়ে।
এই লাগি প্রতি শুক্রে নামাদি শ্রুতয়ে ॥ (৩৩)
শুক্রদিনে হনু আসি প্রভুর সেবয়ে।
ভাগ্য লোক কভু কভু হনুর দেখয়ে ॥
অদ্যাপিহ গৈবিগঙ্গা তীরেতে সেবয়ে।
বিজয়া দশমি দিনে সেনাপতি দিয়ে ॥ (৩৪)
প্রভুর অনেক গুণ বর্নিতে নারিল।
যথা শক্তি আমি পরি বর্ন্নন করিল ॥
দোষ গুণ কত্ত শত্ত ক্ষেমিয়ে বন্দন।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ লিখি প্রভুগুণ ॥ (৩৫)

ইতি মণিপুর দেবালয় নাম গ্রন্থ
রাম, সীতা গুণ বর্ন্নন তৃতীয় সীথা সমাপ্তম্ ॥

---

লানবীয়ু হায়দুনা কপ্তুনা খুরুমজৈ। (৩১) চীংমী খৈবিকী প্রেম উবদা, নিংথৌ প্রজানা লুনা তৌনৈ চীংমী খৈবিক্না রাম রাম শোন্দুনা খুৎ লোম্নদুনা হায়জৈ, তোল্লবা জাতিদা পোকপনা চরণ সেবা য়াদ্রেদো ব্রহ্মানা নোংদম থিবননি। (৩২) হিন্দু মৈতৈ ওইরম্লগদি, চরণ সেবা ফংগদবনি মপোক অসি অবেম্বদা তারে, কিংদুনা কাম্নদ্রে অসি হায়দুনা কয়া কপচৈ, নিংথৌ প্রজানা থাম্-দুনা অভিষেক য়'ওখো হায়দুনা লৈহল্লে। নুমিৎ অসি ফাইরেল থাগী মরিনি পানবা শগোলশেল নুমিৎনি। ৩৩। নুমিৎ অসিদা অধিবাস হৌদুনা লৈপাক প্রজা তিন্দুনা সঙ্কীর্ত্তণ তৌবা নুমিত্তা চীংমীনা ইবুঙো পুরকই. অদুম অধিবাস হৌরে. নোংঙানবা মঙানি পানবা শ্রীপঞ্চমী নুমিত্তা অভিষেক তৌরে ইরাই নুমিৎনি অদুনা হৌজিকফাও ইরাই খুদিংগী নাম তারি। (৩৪) অদুগা ইরাই খুদিংগী হনুমান ঠাকুর লাক্কুনা মবুঙোগী সেবা তৌজরৈ মরায়বক ফবা মী কয়া উজবা ফংজৈ. হৌজিক ফাওবা (গৈবিগঙ্গা) নিংথেম পুখ্রি মপান্দা কায়দনা সেবা চৎলি। মেরাগী তরানি পানবা কাক যাত্রা নুমিত্তা সেনাপতি থোরিবীবনচিংবা ওইবীরি। (৩৫) ইবুঙোগী পাক চাউ-রবা গুণ লেংবদা লোইবা ঙম্লোই, ঙমজবা থরদং লেংজবনি দোষ গুণ পুম্নমক ঙাকপীয়ু খুরুমজৈ দিনহীন ওইরবা ননাই মঙ্গিসিংনা ইবুঙোগী গুণ লেংজৈ।

মতাং অসিদা মণিপুর দেবালয় কৌবা লাইরিকী রাম, সীতাগী গুণ লেংবা অহুমশুবা অধ্যায় লোইজরে।

---

## মরিশুবা অধ্যায়
### ( বৃন্দাবন চন্দ্র )

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
তুমা সভা কৃপা হৈতে করিয়ে রচণ ॥ (১)
একদিনে সভা করি মন্ত্রনা করিল।
রাজা কহে ইষ্টদেব পুর্ব্ব হৈতে রৈল ॥
দেশ ভাঙ্গি সাত বর্ষ সেবা ভাঙ্গাইল।
বৃন্দাবনচন্দ্র কাহা দেখাস সকল ॥ (২)
রাজা বাক্যে প্রজাগণ দেখে সর্ব্বস্থান।
রাজা পুছি নাগা কুকি পুলিন্দাদিগণ ॥
এক মাস খুজনান্তে বার্ত্তা না পাইল।
পুণরপি রাজা প্রজা দরবার কৈল ॥ (৩)

সবে বলে আর মুর্ত্তি কর নিরূপন।
রাজা কহে প্রভু রামে বহু দুঃখ মন ॥
অমান্য করিয়া গর্ব্বে শ্রীমূর্ত্তি নির্ম্মাণ।
অধিবাস দিনে আসি দেখাইল গুণ ॥ (৪)
রাম গোপালের প্রভু প্রসিদ্ধ দেবতা।
মণিপুরে আদি প্রভু কৃষ্ণ প্রেম দাতা ॥
শ্রীগোবিন্দ রাজা হৈয়া মণিপুরে রাজে।
বৃন্দাবনচন্দ্র প্রভু সেবে যুবরাজে ॥ (৫)
এই কথা আলাপিয়া রাজা প্রজাগণ।
বৃন্দাবনচন্দ্র লাগি আকাঙ্ক্ষা করেণ ॥
শুনিয়োক শ্রুতগণ ঈশ্বর মহিমা।
নাম আর শ্রীবিগ্রহ শ্রীমুর্ত্তি উত্তমা ॥৬॥

---

(১) শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভূগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূগী চরন্দা খুরুমজৈ অদ্বৈত প্রভূগী গৌরভক্ত গুরু গোস্বামী খৈবিক্কী চরন্দা খুরুমজৈ ভাবীয়ু. শ্রুতা খৈবিক ননাইনা খুরুমজৈ, সভা খৈবিক্কী থৌজাম্না লেংজবানি। (২) নোংমা নিংথৌ প্রজা তিন্নদুনা খৈন্নে গম্ভীরসিং নিংথৌনা মমাঙঙৈদগী সেবা তৌজররুবা ইবুঙো শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র চহি তরেৎ লৈপাক কায়থিবা অসিদা লে হায়বা খঙদ্রে, মীয়াম চঙদুনা থিসি। (৩) নিংথৌ য়াথং পুদুনা, নহা-অহল খাক্তনা ইবুঙোবু থিরকই, পাঙ হংঙি, চীংমী তাংখুল, খোংজাই, কবুই, মরিং হাওকিপ্নচিংবা, চীংতম, লোক, তাই, তুরেল, লৈকুৎ, কোংকুৎ পুম্নমক থা অমা চুপ্পা থিবদা ফংদ্রদুনা নিংথৌ প্রজা তিন্দুনা রা খন্নরে। (৪) প্রজানা হঙ্গৎলি শ্রীমুর্ত্তি অমা লিংখৎলসি। নিংথৌনা খুম্মি প্রভূ রামচন্দ্রবু কাউনররবরা, মাঙজখিসনু লাইগী লাই অম্মানি হায়দুনা রাম, সীতা লিংখত্তুনা হয়েং অভিষেক্কি হায়দুনা অধিবাস হৌবা মুমিত্তা থুংলদুনা হৌজিক মরি শুরিবসি কাউনররবরা। (৫) বৃন্দাবন চন্দ্রসে, অচম্বা ঈশ্বর নত্তে, মগুণ লৈদ্রবা ইবুঙোনি, রাম গোপাল গুরু গোস্বামীগা লোয়নরকপা মণিপুরদা কৃষ্ণ প্রেম পীনরবা ইবুঙোনি গোবিন্দনা নিংথৌ ওইদুনা ঙাক্লি, রাজ সেবানি, বৃন্দাবন চন্দ্রনা যুবরাজনা সেবা ফংজবনি। (৬) অসি হায়নদুনা নিংথৌ প্রজা পুম্নমক বৃন্দাবন চন্দ্রবু কৈদৌঙৈ ফংগদগে হায়দুনা

বিগ্রহ বলিয়া লোক নাকর হেলন।
একই স্বরূপ প্রভু কভু নহে ভিন্ন॥
মারজিত রাজা কালে দেশ ভঙ্গা হৈল।
গ্রহদোষে মণিপুর মহাদুঃখ ভেল॥ (৭)
বিজয় পঞ্চালি গ্রন্থে তৃতীয় খণ্ডেতে।
দেশভঙ্গ কথা সর্ব্ব লিখিল প্রবন্ধে॥
পুণরুক্তি ভয়ে ইহা নাহিক বর্ন্নণ।
সুত্ররূপি লিখিলেণ ক্ষেম সভাজন॥ (৮)
এদেশে উৎজার হৈয়া বহু স্থানে গেলা।
বৃন্দাবনচন্দ্র সেবি জন দুঃখ হৈলা॥
প্রভু লয়া পর্ব্বটেতে করিল গমণ।
ছইনিং নাম যে গ্রামে আসি বিশ্রামেন॥ (৯)
কুকি জাতি বড়গ্রাম প্রতাপ প্রচুরে।
যাহার তেজেতে ঔরা গমণ নাকরে॥
গ্রামের নিকটে এক জাতী পুষ্প তলে।
মাতি খুদি গর্ত্তমধ্যে যতনে রাখিলে॥ (১০)
গর্ত্ত মধ্যে সাতবর্ষ প্রভু রহিলেন।
ইতিমধ্যে এক লীলা বিহার করেণ॥
গর্ত্ত হৈতে উঠি প্রভু এক মানু হৈল।
এক কুকি সঙ্গে করি মিত্রতা হইল॥ (১১)
নিতি নিতি তার সঙ্গে কর্ম্মাদি করিল।
নানা কথা আলাপিয়া প্রেমেতে ভাসিল॥
সখ্য প্রেমে অসঙ্কোচে রহে কতদিন।
সাতবর্ষ ছুইনিং গ্রামেতে রহিলেন॥ (১২)
একদিনে কুকি স্থানে হাসিয়া কহিল।
শুণ সখা আমি যাই আমাকে ডাকিল॥
কুকি কহে তুমা গ্রাম কহ তব নাম।
প্রভু কহে বৃন্দাবনচন্দ্র মোর নাম॥ (১৩)

খোরাংনা ছায়র্নখি। তাবীয়ু শ্রুতা খৈবিক ঈশ্বরগী মগুণ, ইবুঙো মশামক্লে ইবুঙোগী নামনে (মিংনে) শ্রীবিগ্রহনে। অহুম অসি অমত্তনি। (৭) মীনা শেম্মগা লাই ওইহনবনি হায়দুনা শ্রীবিগ্রহবু থওইদবা তৌফদে, নামনে, মশানে, বিগ্রহনে, অহুমসি তোঙান্দে। মারজিৎ নিংথৌনা পানবা হাক্তা লৈপাক কায়রক্লে গ্রহগী দোষনা রানৈ। (৮) লৈপাক কায়বগী রারীদি বিজয় পঞ্চা কৌবা লাইরিক্কী অহুমশুবা খণ্ডদা চাউনা লেংগ্রে অদুনা অসিদা লেংদ্রে মরমদি (পুনঃ রক্তি দোষ) হন্না হন্না লেংবগী ক্বিজবনান দোষ ভাকপীয়ু। (৯) মণিপুর দেশ অসি অরানা তানখায়রকপনা লৈবা য়াদ্রদুনা মী খুদিং চেনগ্রবদা বৃন্দাবন চন্দ্র সেবা চচ্চারবা মনাইশিংনা ইবুঙো পুদুনা চেল্লকপা অসিনা তম্পাক্তা লৈবা য়াদ্রদুনা চীং কারক্লে, মুমিৎ কয়ানি শুরবদা ছুইনিং কৌবা হাওখুন্দা থুংঙে। (১০) জাতিদি খোংজাইনি, য়াম্না চাউবা খুঙ্গংনি, থৌনা ফৈ য়াম্না থোই, অরানা চঙদুনা ওং-নৈবা ঙমদে, অসুম্বা খুঙ্গং অসিগী খুনজিন্দা জাতী পুষ্প কৌবা লৈ হোই অদুগী মখোঙদা লৈপাক তৌথোক্তুনা ইবুঙোবু ফুমজিল্লমলে। অদুগা মাগী মাগী জীব হিংনবা চেল্লখ্রে। (১১) তাবীয়ু ভক্ত খৈবিক লৈমুঙদা চহি তরেৎ লেরকপা অসিগী মমুঙদা ইবুঙোনা লীলা অমা শাম্নরকই। ইবুঙোনা নিপা অমা ওইনা থোরক্লদুনা খোংজ.ই নিপা অমগা মরুপ শান্নরে। (১২) মুমিৎ খুদাং লৌমন্নৈ, করিগুম্বদসু থবক শূমীন্নৈ। রারী-রাতাই শানদুনা য়ান্না নুংশিনৈ, মরুপকী প্রেম্না হঙ্গোইনদে অসুম্না চহি তরেৎ অসি ছুইনিং হাওখু লৈরে। (১৩) অসোমদা মণিপুরগী নিংথৌ প্রজানা মবুঙো কৌরক্লকদা খাঙবা য়াদ্রদুনা

রাজপুর মধ্যে রহি আমার আলয়।
গ্রহদোষে দেশ ভাঙ্গা ইহাতেই রয়॥
এবে মণিপুর দেশ হৈল শুমঙ্গল।
আমার না দেখি লোক বহু দুঃখ হৈল॥ (১৪)
আগে আমি যাই পিছে আসিহ তুরিত।
ই বলিয়া বিদাইল কুকির সহিত॥
সেইদিন হৈতে কুকি দেখা না পাইল।
মনদুঃখে মিত্রবলি অনুতাপ রৈল॥ (১৫)
এথা নরসিংহ সপ্নে এক আসি বলে।
শুণ বড়সেনাপতি প্রতাপ প্রবলে॥
তুমা বলে ঔরা খেদি আনন্দ আমারে।
হুইনিং গ্রামে আমি রহি জাতীপুষ্প তলে॥ (১৬)
গর্ত্ত খুলিলেয় আমি বৃন্দাবনচন্দ্র।
ইহা বলি চলিগেল না দেখি পুর্ণেন্দু॥
যাগিয়া উঠিল নরসিংহ সেনাপতি॥
সপ্নের প্রসঙ্গ সব কহে নরপতি॥ (১৭)
রাজা প্রজাগণ মেলি মন্ত্রনা করিল।
পঞ্চাশ মানুষ যায়া সে গ্রাম পাইল॥
লোকে পুসি জাতীপুষ্প তলে মাটি খুদি।
কিছু খুদি মাত্র দেখে প্রভুর শ্রীমুর্ত্তি॥১৮॥
চৌদোলে উঠিয়া প্রভু আই রাজপুরে।
বার্ত্তা পাই রাজা প্রজা আনন্দ অন্তরে॥
প্রতিদ্বারে ঘট স্থাপি মঙ্গল করিয়া।
সঙ্কীর্ত্তণ পালা সঙ্গে প্রভু প্রনমিয়া॥ (১৯)
মঙ্গল ধ্বনিতে পুরে মহা নাদ হৈল।
লোক আসি প্রভুপদে বহু প্রনামিল॥
প্রভু লয়া মন্দিরেতে আরাম করেন।
সেই দিনে অধিবাস করি আরম্ভেণ॥ (২০)

ফোঙলগে নীংঙদুনা। নোংমদি মনাই চীংমী খোংজাইদা নোক্লুনা হায়, চান্নবা মকপ ঐ চৎপা তারে, ঐবু য়াম্না কৌরে, মরাইবক্ ফববা, খোংজাইনা মকপ নখুন তাকঅম্মু। নমিং হায়রম্মু, নংবু উনবা ঐ লাক্কে, প্রভুনা হায়, ঐ বৃন্দাবনচন্দ্র কৌই। (১৪) নিংথৌগী কোমুং মমুঙদা ঐগী য়ুমনি, নবগ্রহগী দোষনা লৈপাক কায়দুনা অসিদা লৈবনি, হৌজিক মণিপুর অফবা মঙ্গল ওইরে, ঐবু উদবদগী য়াম্না রানরে অদুনা ঐ লৈবা ঙমদ্রে। (১৫) ঐ হান্না চৎলম্নগে, অদুগা খর লৈরগা নং লাকউ অসিনচিংবা রা কয়া তার্কাপরম্নগা মনাইবু চেংনা কোনবিরম্নগা লেংখ্রে, মুমিৎ অদুদগী উখিদ্রে মরাইবক ফরবা খোংজাইদো মবুঙোগী প্রেম্না থবক শুবা নোম্বদা থম্মোয় চঙদ্রে। (১৬) অসোমদা মণিপুরদা নরসিংহ সেনাপতিগী মঙদা অহন অমা লাক্লুনা হায়, হে বড় সেনাপতি নংগী নপাঙম্না কবো তাম্হোক্লুনা নিংথেম নচিন ননাওনা মণিপুর শেমগৎপা ঐনা হরাওই, ঐদি হুনিং হাওখুলগী জাতী পুষ্প মখোঙদা। (১৭) কোম মমুঙদা ঐ লৈরে, ঐবু লৌররো ঐ বৃন্দাবনচন্দ্রনি, অসি হায়রম্নগা ইবুঙো লেংখ্রে। লেংখিবগা মিকপ থোক্লুনা হোগৎলে, অহিং অদু কপ্লুনা লেল্লে, নোং ঙাল্লবদা মঙ্গী রা নিংথৌদা হঙ্গৎলি। (১৮) নিংথৌ প্রজা থমন্তুনা ইবুঙো লেংথরুনবা লুপা ৫০ চৎহনখ্রে, হাওখুন য়ৌরগা হংনদুনা জাতী পুষ্প লৈগী মখোঙ তৌথোক্লুনা য়েংবদা ইবুঙো লৈরম্মলে। (১৯) দোলাইদা লেংখত্লুনা ইবুঙো কোমুং তাম্না পুরক্লে, মী খরনা হাম্না চৎখিদুনা পাউ ভম্মি পাউ তাবদা নিংথৌ প্রজা মুংঙাইনরে, নিংথৌনা থোঙ্গাল খুদিং ঘোট লাত্লুনা মঙ্গল তৌহল্লে। সঙ্কীর্ত্তণ পালা শক্লুনা ইবুঙো ওক্লে। (২০) মঙ্গলগী ধ্বনিনা নিনখরে, প্রজা মীয়াম

অভিষেক করি প্রভু মন্দিরেতে রৈল।
রাজা প্রজা মহাসুখে হৃদি শান্তি হৈল॥
শুণিয়োক শ্রুতাগণ প্রভুর চরিত্র।
পশু পক্ষি নাহি দেখে কৃপার সমুদ্র॥ (২১)
এথা কুকি প্রভু প্রেমে সহিতে না পারি।
আমি যাই পুরেতে না সহি প্রেমভারি॥
ই বোলিয়া খিরা আদি বোঝা সাজাইয়া।
পৃষ্টেতে বোঝা কান্ধে কদলিগাছ লয়া॥ (২২)
যাত্রা করি আসি আসি মধ্যাহ্ন সময়ে।
রাজপুরে যাই কুকি নৃপে প্রণময়ে॥
রাজা কহে কিবা বাঞ্ছা কহ কুকি তুমি।
কুকি কহে মিত্র দেখি আসিয়াছি আমি॥ (২৩)
রাজা কহে কিবা নাম তোর মিত্র হয়
কুকি কহে বৃন্দাবনচন্দ্র নাম কয়॥
রাজা কহে এইনাম ঈশ্বর দেবতা।
কুকি কহে নহি নহি তুমি আমি মট্টা॥ (২৪)
কতবর্ষ মোর গ্রামে রহি মিত্র হয়া।
চলিবারে কহি তুমি কদলি লইয়া॥
রাজার পুরেতে আইস আমি রহি তথা।
এইলাগি আসিয়াছি এই সত্য কথা॥ (২৫)
রাজাজ্ঞাতে পুরলোক সব দেখাইল।
নহি নহি বলি কুকি সব না মানিল॥
রাজা প্রজাগণ মিলি মন্ত্রনা করিতে।
প্রভুর শ্রীমূর্ত্তি দেখা এই সে নিচিতে॥ (২৬)
কুকি লয়া মন্দিরেতে গমন করিল।
ওই দেখ বলি তবে দ্বার খুলি দিল॥
কুকি দেখা আইস বলি লাম্ফে তিন থাক।
ইহা দেখি সর্ব্বলোক হইল আবাক॥ (২৭)

---

অপুম্বা ইবুঙোবু থুকন্মী, মন্দিরদা লেংশিন্দুনা থয়ে, নুমিৎ অসিদা অধিবাস হৌদুনা অভিষেকী থৌরাং তৌরে। (২১) অভিষেক তৌরে, সঙ্কীর্ত্তনচিংবা হরিধ্বনি তৌই, ইবুঙো মন্দিরদা লেংশিনলে, নিংথৌ প্রজা পুক্নিং হরাওনা লৈনরে। তাবিয়ু শ্রুতা খৈবিক ইবুঙোগী লীলা, চরন্দা চঙজরবা জীবদি, শা, উচেকচিংবা জাতি য়েংদে, থৌজানগী মবুঙোনি। (২২) অসোমদা ইবুঙোনা প্রেম পীরম্বা খোংজাই নিপাদো ইবুঙো উদ্রবদা লৈবঙমদ্রদুনা কোনুং চৎকে থৌরাংলে, থবিনচিংবা ইবুঙোগী অথেনপোৎ য়োম্লে, অদুগা নম্বো পোরে লফু অচোবা অমা লেংবান্দা থোংঙে। (২৩) অহিং তথ্বাই-দগী হৌগত্তুনা লাক্লে, পোত্থাদনা লাকপসিনা নুমিৎ য়ুংবদা থুংলরে কোনুং চঙলক্তুনা নিংথৌ খুকন্মী, নিংথৌনা ইপু খোংজাই করি কায়নিংবা অপাম্বা করি লৈ খোংজাইনা ঐগী নুংশিবা মরুপ উনবা লাকপনি। (২৪) নিংথৌনা নংগী মকপ অদু মমিং করি কৌই। খোংজাইনা—মমিং বৃন্দাবনচন্দ্র কৌই, নিংথৌনা ভাইহাক থল্লগা অদুদি মীদদি লৈতে, ঈশ্বর লাইদদি লৈয়ে, খোংজাইনা নিংথেম লাই নত্তে মীনি নহাক ঐহাক্লুম্বনি (২৫) চহি কয়া মাগা ঐগা মরুপ শান্নদুনা লৈমিম্নে অদুদগী মানা চৎলগে নীংলবদা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, মরুপ ঐ চৎলগে, খরা লৈরগা নংনা লফু অমা পুরগা ঐবু থিরকউ, ঐদি কোনুংদা লৈবা মীনি হায়রম্মী, অদুনা পুরকইবা পোৎ অসি মাগীদমকনি, নিংথেম অশেংবা বানি। (২৬) নিংথৌনা কোনুংদা লৈবা মী পুম্নমক কৌশিন্দুনা য়েংহল্লি মীপুম খুদিং নত্তে হায়দুনা কনাবুত্নু য়াদরে, অদুগা মখা চীকই, মমিত্তা মপি ইরা চেল্লী, মতৌ উবদা নিংথৌ প্রজা শমবদা বৃন্দাবনচন্দ্র য়েংহনবা তারে। (২৭) লাইবক ফরবা খোংজাই পুরদুনা ইবুঙোগী থোঙ হাংদুনা

কুকি কহে প্রাণসখা তুমিত ঈশ্বর।
কহিতে কহিতে কুকি ভুমিতে পড়িল॥
পুণঃ উঠি বহু কান্দি জুরিয়া দুকর।
কতবর্ষ তুমা স্থানে করে অত্যাচার॥ (২৮)
ইহার দোষেতে আমি পড়িবে নরক।
ই বোলিয়া মূর্চ্ছা হৈল চেতন নহিক॥
কিছুক্ষণ পরে জ্ঞানে উঠিয়া বসিল।
কদলি রাখিয়া পিছে বোঝাঁ যে খুলিল॥ (২৯)
লেয় লেয় প্রাণসখা তুমার লাগিয়ে।
বহু দুর হৈতে আসি তুমাবাক্য লয়ে॥
খাও-খাও প্রেমদেখ খায় এই সব।
ই বোলিয়া কুকিভক্ত কান্দে প্রেভাব॥ (৩০)

পরজন্ম কর্ম্ম ফলে কুকি জাতি হৈল।
অধম চণ্ডাল আমি কিছু না জানিল॥
মরণ সময়ে তুমি এস মোর আগে।
তুমার শ্রীমূর্ত্তি দেখি আমি প্রাণ ত্যাগে॥ (৩১)
তুমা ধাম বৃন্দাবনে আমি নিঞা যাও।
একা এলে একাযাবে পথ নাহি পাও॥
তন্ত্র-মন্ত্র নাহি জানি ভজন পুজন।
অধম চণ্ডাল আমি বল গতি-হীন॥ (৩২)
হাহা বৃন্দাবনচন্দ্র বলিয়া পড়িল।
লোক সব সান্ত্বাইয়া আরাম করিল॥
রাজা প্রজাগণ মিলি সন্মান করিয়া।
মাহাভাগ্য কুকি ভক্ত যতনে রাখিয়া॥ (৩৩)

---

য়েংহনলি, খোংজাইনা কবুঙো উবদা খোজেন রাংনা ইতাও হায়না কৌই, খোংজাই উবদা বৃন্দাবনচন্দ্র প্রভূ মরুপ লাক্লবা হায়দুনা নৈপাক মীয়াম ঙনা (থাক্‌খুদা। অঙম চোংথরকই উবদা মীয়াম পুম্নমক ঙক্লখি। (২৮) খোংজাই নিপা অসি (প্রাণসখা) হতাও নংদি লাং ওইবোরে হায়রম্লগা রাংথুনা তুখ্রে। ঙাইহাক অরাবা খাঙলুরগা জ্ঞান লাক্লুনা হোগংলি, কীক্লা-কীক্লা কপ্লুনা হায়জৈ ইবুঙো চহি কয়ামকম ঐনা ইমাম্নবা মী মশেন ওইরবোই নাংদুনা পাপকী শাজৎ চৎখ্রে। (২৯) অদুগী দোষ ময়াম অদুনা নোরোক্তগী কাররোই অসি হায়রম্লগা অমুক হন্ন। রাংথুখ্রে, অমুক জ্ঞান লাক্লুনা হোগত্তুনা ফমলে, পুরকপা লকু মাঙদা থারে, নম্বো থোক্লে, থবী, মগ্গা-নচিংবা পুরকপা পোৎ থম্লে। (৩০) হীক-হীক কপ্লগা চান্নবা মকপ, নংগীদমক পুরকপনি নংনা লাকউ হায়দুনা লাকপনি, ঐদি হাওনিদো নংদি লাই ওইরম্লে, চাও চারো ইবুঙো পোৎ য়েংগনু নংবু নুংশিরিবা প্রেম য়েংঙু হায়রগা মখৈ নৈতনা কপখ্রে। (৩১) ঐনা নহাসমুক্কী মপোক্তা কর্ম্ম ফরক্লবদগী খোংজাই ওইনা পোক্লুনা করি অমত্তা খঙজদরে, চণ্ডালগী মপোক্লি অদুবু চানবীনি হায়দুনা চানবীরেদো, ননাইনা হায়জবা য়াবীয়ু, ঐনা শিরমদাই য়েঙ্গোরক্লবদা নংগী ফজরবা মুর্ত্তিসে উহনবীয়ু, নখোঙ থম্মাল কোল্লগা থরায় থাজগে। (৩২) অদুগা ঐগী জীবদো কদায়দস্নু থম্বীনু, নংগী বৃন্দাবন্দা থম্বীয়ু, ঐসে ইথন্তা লাকপনিনা ইতোমতা চৎকনি, লম্বী খঙঙোই লম্মুক্লগনি, নংনা ঐবু পুবীয়ু ঐদি চীংমীননা মন্ত্র যন্ত্র হৈতে, ভজন সাধন খঙদে, পঙঙ্খবা মপোক্লি হায়রগা। (৩৩) হা হা বৃন্দাবন চন্দ্র কৌরগা রাংথুখ্রে, মী ময়াম্না মাবু জ্ঞান

তব ইচ্ছামত কর রাজা আজ্ঞা দিল।
রাজা কহে শুণ প্রজা বচন আমার॥
আজি হৈতে প্রভু সেবা কদলি ব্যঞ্জন।
প্রজাগণ ভালবলি হৈল সুখ মন॥ (৩৪)

অদ্যাপিহ শ্রীগোবিন্দে সেবা চালাইল।
প্রভুর অনেক গুণ বর্নিতে নারিল॥
যথাশক্তি আমি পারি এই সে বর্ণন।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ লিখি প্রভুগুণ॥ (৩৫)

ইতি মণিপুর দেবালয় নাম গ্রন্থে বৃন্দাবনচন্দ্র গুণ বর্ণণ চতুর্থসীমা সমাপ্তম্॥৪॥

তানবা হোৎদুনা লৌশিং তাহলে, নিংথৌ প্রজা মীয়াম্মা লুনা তৌরদুনা থামদুনা থম্বীরে। (৩৪) নিংথৌন্না, হে লাইবক ফবা খোংজাই, নংনা তৌনীংবা থবক অপাম্মা পুম্নমক ননীং তৌজৌ তাকপীগ্নে। অদুগী মতুংদা প্রজা য়েংদুন হায়, মনাক হাওনা পুরক্লিবা লফু অসে ইবুঙোদা কৎলসি অদুগা ঙসিদগী হৌদুনা লুক সেবাসে লফু মথেন অমা কায়বা য়াদে শ্রীগোবিন্দ বৃন্দাবন চন্দ্র মিং অনিনি মশা অমত্তনি রা তাবদা প্রজা য়ানরে করাওনরে। (৩৫) তাবীয়ু ভক্ত খৈবিক ঙমিৎ অদুদগী হৌদুনা শ্রীগোবিন্দগী লফু মথেন অমা হৌজিক ফাওবা কৎলি, ইবুঙোগী গুণ লেংবা লোইবা ঙম্না নচে ঙমজবা থবদং ননাই মঙ্গি সিংহনা লেংজবনি।

২,৩০ অসিদা মণিপুব দেবালয় কৌবা লাইরিকী বৃন্দাবন চন্দ্র প্রভুগী গুণ লেংবা মরিশুবা অধ্যায় লোইজরে।

## মঙাশুবা অধ্যায়

### ( শ্রীমদনমোহন )

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
তুমাসভা কৃপাহৈতে করিয়ে বচন॥ (১)

হঙোই চুড়ানাম প্রভু প্রসিদ্ধ দেবতা
মণিপুব সুখ দুঃখ সঙ্গাতে উদিতা॥
সেবা কাবি চড়া দ্বিজ নামাম্বয় লয়ে।
প্রভুনাম না কহ হঙোই চুড়া থয়ে॥ (২)

(১) শ্রীচৈতন্য প্রভুগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শ্রীচরন্দা হন্না খুকমজে। অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত গুরু গোষামী খিবিকপু খুকমজে। তাবীয়ু শ্রুতা খিবিক ননাইনা হায়জরি, ভক্ত বৈষ্ণব সভা খিবিকী থৌজান্দগী লেংজগদৌরিবনি। (২) হৌজিক হঙোই চুড হায়দুনা ফাওরিবা, হৌজিক হৌজিক লৈবাক অসিগী অরাবা নুংঙাইবা থৃদম পীনরিবা ইবুঙোসে শ্রীমদনমোহন প্রভুনি, সেবা চৎচরম্না

শ্রীমদন মোহন নাম সাক্ষাৎ ঈশ্বর।
মথুরা হইতে আসি শ্রীমূর্ত্তি ধাতুর॥
অদ্যাপিহ অঙ্গরাগ কখন নাকরি।
তথাপি উজ্জল করি ভক্তমণ হারি॥ (৩)
কোনজন কহে প্রভু গোবিন্দের অংশঃ।
গোবিন্দের অংশনহে ভিন্ন পরকাশ॥
শ্রীগোবিন্দ বিজয়গোবিন্দ গোপীনাথ।
নিত্যানন্দ অনুপ্রভু মদণমোহন॥ (৪)
লমাংদোং অদ্বৈতপ্রভু এইসাত দেবা।
শ্রীগোবিন্দ রাজাহয়া লক্রিভক্ত সেবা॥
বিজয়গোবিন্দ সেবে লৈরিখোম্বা রাজা।
ইহার বংশের ধারা করে সেবা পুজা॥ (৫)
গোপীনাথ সেবাকরে নাম কালরাজ।
অদ্যাপিহ নিংথৌখোং স্থানে প্রভুরবিরাজা॥

মদণমোহন প্রভু উরিপোক স্থানে।
লাবণ্যচন্দ্রের ধারা রাজাবংশ গনে॥ (৬)
সেবাপুজা করিরহে বিরাজ করিয়া।
নিত্যানন্দ প্রভুরহে অরাম্বম সেবিয়া॥
অরাম্বম নিত্যাই বলি জগতে বিদিতা।
আর অনুপ্রভু গিয়া নদিয়া উদিতা॥ (৭)
ভাগ্যচন্দ্র নিরুপিত এই সাতদেব।
হওোইচুড়া নামপ্রভু ভিন্ন ঈষ্টদেব॥
ইহার প্রসঙ্গ কিছু করিয়ে বর্ণ্ণ।
মধুপুর স্থানেরহে দুইতি ব্রাহ্মণ॥ (৮)
জেষ্টভাই বিষ্ণুপুর কনিষ্ট উত্তম।
কৃষ্ণসেবা অভিলাষি জপি কৃষ্ণনাম॥
জলসেবা লাগি দুহে পুকুরি খনন।
একদিনে দুইস্বপ্নে বলিছে বচণ॥ (৯)

---

চুড়া কৌবা ব্রাহ্মণগী মিং লৌদুনা হওোই চুড়া হায়বনি। (৩) শ্রীমদনমোহন কৌবা অফাওবা ইবুঙোসে মথুরাদগী লেওওকপনি, শ্রীমুর্ত্তি অসি ধাতুনি, নুংগী, উগী শ্রীবিগ্রহ নত্তে, হৌজিকফাও ইবুঙোগী অঙ্গরাগ তৌদে অমসুং য়াদে অদুবু ইবুঙোগী স্না হকচাং অসি ভক্তগী পুক্লিং হুনরি। (৪) কনা কনাগুম্বনা হায়নরি শ্রীগোবিন্দগী মশানি হায়না অদু গোবিন্দগী নত্তে তোঙানবা ইবুঙোগী ইচ্ছানা ফাওবনি, গোবিন্দ নিরূপণ তৌবদা ভাগ্যচন্দ্রনা লিংখৎলম্বা লাইদি ১। গোবিন্দ, ২। বিজয়গোবিন্দ, ৩। গোপীনাথ, ৪। নিত্যানন্দ, ৫। মদনমোহন, ৬। অনুপ্রভূ। ৭। লমাংদোং অদ্বৈত, তরেৎ অসিতনি। (৫) শ্রীগোবিন্দনা হৌজিক রাজপুর কোনুংদা ভাপ্লি। বিজয়গোবিন্দনা শগোলবন্দা (লৈরিখোম্বা রাজা) অনন্তশাইগী ধারানা, সেবা তৌদুনা হৌজিক ভান্দুনা লৈরি। (৬) শ্রীগোপীনাথ কাল রাজা নিংথৌগী ধারনা হৌজিকফাও নিংথৌখোংদা সেবা চৎলি। শ্রীমদনমোহন ইবুঙোনা উরিপোক্তা লাবণ্যচন্দ্র নিংথৌগী ধারা রাজ বংশনা সেবা তৌদুনা লৈরি। (৭) শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা অরাম্বম শাগৈনা সেবা তৌদুনা অরাম্বম নিত্যানন্দ হায়দুনা শেৎ কায়না ভান্দুনা লৈরি। (৮) শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লিংখৎলম্বা ঈশ্বরদি তরেৎ অসিদনি, হওোই চুড়াগী মদনমোহনদি তোঙানবনি। অসিগী ৱারী অসি খরদং লেংজগে, শ্রীবৃন্দাবনগী মথুরা ধামদা ব্রাহ্মণ মচিন-মনাও অনি লৈরম্মী। (৯) ময়াম্বনা বিষ্ণুপুর কৌই, মনাওনা উত্তম্ কৌই, কৃষ্ণ সেবা য়াম্না পাম্মী, মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণগী নাম কাংদনা শোক্লৈ, মচিন-মনাও অনিনা

আমি আছে নাকাটিহ দেখ্য কাজকর।
প্রাতেউঠি দুইভাই করিয়া বিচার॥
নাজানিয়া পুনঃখুদি কুদাল ধরিয়া।
প্রভুদক্ষ ভুজমুলে কুদাল ডারিয়া॥ (১০)
হিহি বলি দুইভাই দেখিবা সময়ে।
শ্রীমদণমোহন প্রভু সাক্ষাৎ দেখিয়ে॥
বহুকান্দি উখারিয়া উপরেতে থৈল।
পুণঃখুদি রাসেশ্বরী দেখা নাপাইল॥ (১১)
প্রভুইচ্ছা বলিদুই আনন্দিত হয়া।
স্নান অভিষেকাদির সেবা সমাপিয়া॥
ঈশ্বর সেবন করে প্রেমেতে মগণ।
শুভ মন্দিরাদি নহি দারিদ্র কারণ॥ (১২)
রাত্রিদিনে কান্দি ভিক্ষা সেবায় নিপুন।
কুনদিনে শুভহয়া বাঞ্ছিত পুরণ॥
কতদিনে সপ্নেকহে যাহ মণিপুরে।
মাণপুরে সেবাকর সুখিত অন্তরে॥ (১৩)
অজ্ঞাপাই দুইভাই ঈশ্বর লক্রিয়া।
কতদিনে মণিপুরে পোঁছিল আসিয়া॥
কোংবা বাজারের পূর্ব্বে কতবর্ষ বাস।
সেবার সামগ্রি নাহি হৈল উপবাস॥ (১৪)
প্রভুলয়া হুইকপ গ্রামেতে রহিয়া।
কতবষ সহিপরে পুনিক্রি আসিয়া॥
জাতিনাম গোতিময়ুম বাড়িতে রহিল।
তৎপরে সোদোংবুং বাড়ি শান্তি সেবা কৈল (১৫)
ছোটভাই উত্তমের ধারা না রাখিল।
আয়ুশেষে কৃষ্ণপদে আত্মা সমর্পিল॥
বড়ভাই বিষ্ণুপুর একপুত্র হৈল।
তারনাম চূড়াবলি বাপেরে রাখিল॥ (১৬)

---

পুথ্রি অমা তৌই, নোংমা অনিগী মণ্ডদা তাকই। (১০) অহল অমা লাক্কুনা ঐ লৈকো য়েংদুনা থবকশূ হায়রম্মী। নোংডাল্লে, মচিন-মনাও তানৈ, ময়েক্ শেংনা খঙদবনিনা অদুম তৌই, অসুম তৌরকপদা ইবুঙোগী য়েৎ থংবা পাম্বোমদা য়োংপাক্লা শোকলুরে। (১১) হি-হি হায়দুনা য়েংলুবা মতমদা শ্রীমদণমোহন ইবুঙো ওইরম্লে, কয়ামরুম কপচৈ, ইবুঙো ক্কুনা লেঙখৎলে, ইবেম্মা য়াওরা থিজবদা ফংদ্রে, য়াওদ্রে। (১২) ইবুঙোগী ইচ্ছানি খন্দুনা হরাওজে, মহাস্নাননচিংবা মথং-মথং লাঙজদুনা অভিষেক তৌরে, সেবা চৎচরে, লাইরবা ওইদুনা লাইশঙ মন্দির অদু য়াম্না ফজনা শাবা ঙমদে। (১৩) মনীং থুংদবদগী মিস্তগী পী কংদে ভিক্ষানা সেবা ওইজে, করম্না কান্দা সেবা নীংবা থুংগবা খল্লি, অসিন মুমিৎ কয়ানি শুরবদা নোংমদি অনিগী মঙদা হায়রকই —মণিপুরদা ঐবু পুদুনা চৎলো অদুগা য়াম্না হরাওনা মণিপূরদা ঐগী সেবা তৌজো হায়রমগা লেঙখ্রে। (১৪) নোংডাল্লবদা মচিন-মনাও অনি তানদুনা খম্নবদা মণিপুরদা চৎলসি হায়দুনা থৌরাং তৌদুনা লাক্লে, মুমিৎ কয়ানি লাক্কুনা থুংডরে, লৈকম থীবদা কোংবা কৈথেলগী নোংপোক্লা চহি কয়া লৈরে, সেবা ব্লারে (উপবাস) চরা হেনবা তৌই। (১৫) উপায় য়েংদুনা হুইকপ কৌবা খুন্দা ইবুঙো লেঙখদুনা খাঙলে, চহি কয়াগী তুংদা অমুক লাক্কুনা গোতিময়ুম ইখোন্দা লৈরে অদুদগী কোংবা শোদোংবুংদা লৈরে। (১৬) মনাওমুপা উত্তম শর্ম্মদি মচা পোক্তে, ধারা পান্দ্রে মপুম্সি তেন্দুনা কৃষ্ণচরণ তানখ্রে (শিখ্রে)। ময়াম্বা বিষ্ণুপুর ব্রাহ্মণনা মচানুপা

চূড়ার বালক কালে বুড়া পিতা সনে।
অতিদুখে সেবাচারি মদনমোহনে।
উপনয়ণ দীক্ষাদি ক্রমেতে করিয়া॥
শোড়শ পুজার বিধি যত্নে সিখাইয়া॥ (১৭)
প্রভুর সেবার বিধি গৌরিয়ার মত।
শুদ্ধাশুদ্ধি সেবা নামাদি অপরাধি মত॥
সিক্ষাইয়া সেবাদিল বালক সময়।
গুরুআজ্ঞা মন্ত্রমাণি প্রভুরে সেবয়॥ (১৮)
শুণিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
সুখদুঃখ মণিপুরে সর্ব্ব বিবরন॥
গ্রহদোষে দেশভাঙ্গে ব্রহ্মা সৈন্যগণে।
মণিপুরি ধরিধরি নবনারী গণে॥ (১৯)
কর্ণেবেত্র বেঁধি সবে নিজদেশে লৈল।
কতজণ মারিয়াছে ক্ষেমা না করিল॥
বিষ্ণুপুর সে ব্রাহ্মণ উপায় নাদেখি।
মদণমোহন প্রভু কোন স্থানে রাখি॥ (২০)
লড়িওয়া চলিতে শক্তি নারি বুড়াহৈল।
চুড এইপুত্র আছে বালক হইল॥
মাটিতে রাখিবে শুণি রাত্রির সময়ে।
একগর্ত্ত করি প্রভু যতনে রাখিয়ে॥ (২১)
বদন হেরিয়া কান্দে ওহে প্রাণনাথ।
তুমাবাক্যে মণিপুরে আসি তোমাসাথ॥
মোর কর্ম্মফলে সেবা পুরণ নাহৈল।
মোরপুত্র চুড়া এই তুয়া সমর্পিল॥ (২২)
চূড়াভিন্ন অন্যজনে নাদিহ চরণ।
তববাক্যে এথা আসি ছাড়ি বৃন্দাবন॥
এবে বৃদ্ধাবস্থা হৈল সেবার সময়ে।
অভাগোতে সেবাছাড়ি দুরদেশে যায়ে॥ (২৩)

অমা পোকই, মমিং চূড়া কৌই। (১৭) মরা অহল ওইরগা পোকপা মরম্না মচা অঙাং চড়াগা লোয়নদুনা সেবা চৎলি। অদুদগী মতম য়েংদুনা উপনয়ন দীক্ষা পীরদুনা (শোডস পুজা) ইবুঙোগী পুজা মথল তরাতকুক তম্বীরে। (১৮) ইবুঙোগী সেবাগী মরম গৌরিয়া মোত্ত অশেঙবা অমাংবা সেবা, অপরাধি তৌহৈদবা মথল কুন্থ্রানিথোই, নাম তাবদা দোষ ফংবা মথল তরা মথং মনাও নাইনা তম্বী, য়াম্না থরায় চঙনা তমজদুনা সেবা তৌজরে, গুরুগী য়াথংবু মন্ত্রনি নীংদুনা সেবা তৌজে। (১৯) তাবীয়ু শ্রুতা খৈবিক হন্ন-হন্না খুকমজরি মখা অসিদা মণিপুরগী অরা নুংঙাইবা লেংজরকে, গ্রহগী দোষনা লৈবাক কায়রকুনা অৱানা খুদুম চনগ্রে মণিপুরগী নুপা নুপী অকং-অকং। (২০) ফারগা মনাদা য়াইরি লেংলগা মখোয়গী অরা লৈবাক্তা পুশিনখি, নীংঙাই চাউবনা ফাদুনা হাৎলি অস্থম তৌদুনা লৈবা য়ারক্কবদা, বিষ্ণুপুর ব্রাহ্মণনা উপায় উরক্কদুনা মদণমোহন ইবুঙো অসি কদায়দা থমসিগে খল্লকই। (২১) ঐনা অহল ওইবনিনা ইবুঙো পুদুনা চৎপস্থ ঙম্মরোই, ইচা চূড়াস্থ অঙাং অপঙবনি অদুনদি লৈবাক মমুঙদা থনম্লগে খন্দুনা, অহিং অথেঙবদা কোম অমা তৌরে। (২২) ইবুঙো লেঙশিল্লে, শ্রীবদনচন্দ্র য়েংদুনা কপই, হে থরায়গী মবুঙো, হে মদণমোহন মণিপুরদা চৎলসি হায়বদগী য়াথং ইন্দুনা মণিপুরদা লৈররে, মনাইনা কর্ম্ম ফরক্কবনিনা সেবা নীংবা থুংদ্রে, ঐগী অপঙবা ইচা চূড়াসে কৎলম্লবনি। (২৩) চূড়া নক্কবদা সেবা পীমু, য়াথং ইনবদগী শ্রীবৃন্দাবন থাদোক্কুনা মণিপুরদা লাকপনি।

মরণ সময়ে প্রভু দরশণ দেয়।
শ্রীরূপ দেখিয়া আমি ধরি তবপায়॥
আর্গ্গাসম্পর্ণ করি যে আশা পুরণ।
ভক্তবাঞ্ছা প্রদায়িনি কহে ভক্তগণ॥ (২৪)
বৃন্দাবনে তুয়াধামে আমালয়া যাও।
একাএলে একাযাবে পথদেখা দাও॥
হাহা মদণমোহন বলি অনেক কান্দিয়া।
মাটিদানি সযতনে প্রভুকে রাখিয়া॥ (২৫)
জীবের কারনে নানা স্থানেতে রহিল।
আয়ুশেষে বিষ্ণুপুর ব্রাহ্মণ মরিল॥
কোনজনে প্রভুকথা প্রকাশ নাকরে।
এইমত সাতবসঃ দেশভাঙ্গা পরে॥ (২৬)
গম্ভীর নরসিং দুই অগ্রা খেদারিয়া।
পুনঃ মণিপুর প্রজাগণ সুখ হয়া॥
লোকগণ নিজ নিজ স্থানেতে আইলা।
চূড়াশর্ম্মা নিজবাড়ি পুনঃ আসি রৈলা॥ (২৭)
চূড়াভাবে মদণমোহন কুথাগেল।
লোকসবেব পুছিতবে বার্ত্তা না পাইল॥
শুণিয়োক শ্রোতাগণ করি নিবেদন।
ঈশ্বরের গুণবলি করহ শ্রবন॥ (২৮)
এইরূপে সাতবস হল অবশেষ।
গ্রহের ভোগান্ত হয়া শুভেতে প্রবেশ॥
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ মদণমোহন।
অদ্বৈতাদি দেবগণ কাছারে গেলেন॥ (২৯)
পুনঃআসি মণিপুরে ভেল দরশন।
বৃন্দাবনচন্দ্র সীতা শ্রীরাম লক্ষন॥
সে সকল ঈষ্টদেব সেবে প্রজাগণ।
হেনই সমরে প্রভু মদণমোহন॥ (৩০)

---

হৌজিক অহল ওইররদুনা চরণ সেবা মতমদা লাইবক থীবনা সেবা থাদোক্কনা চৎপা তারেদো। (২৪) অদুগা ইবুঙো ননাইনা শিরমদাই মতমকা উহল্লু শ্রীমূর্ত্তি য়েংজরগা শ্রীচরণ কোঞ্জরগা ননাইগী প্রান কৎচগে অদুদা নীংবা থুংজগে, ভক্তনা নীংবা থুংহনবা ইবুঙোনি। (২৫) ননাইবু শ্রীবৃন্দাবন্দা পুবিয়ু ইথন্তা লাকপনিনা ইতোমতা হনগনি, লম্বী থঙোই লক্ষাংনানি, লম্বী চিংবীয়ু. অসি হায়দুনা মবুঙো কৌদুনা কয়ামকম কপচরগা লৈপাক খোৎচিল্লগা মবুঙো থমখরে। (২৬) মাগী জীব হিংনবা মফম কয়াদা চেন্নদুনা লৈগ্রে। বিষ্ণুপুর কোবা ব্রাহ্মণ মাগী আয়ু লোইদুনা কৃষ্ণ চরণ তানগ্রে, (শিগ্রে) মদণমোহন মবুঙোবু সিদা থনম্মী হায়বা কনাদসু তাক্লমগ্রে। অসুম্না চহি তরেৎ লেনগ্রদুনা, চহি নিপাল চঙলকপদা। (২৭) গম্ভীরসিং নরসিং অনিনা অবা তানখায়দুনা মণিপুর অসি পুক্লিং ঈংনা মাগী মাগী লৈফম হজিন্নরক্লে, চূড়া ব্রাহ্মণসু মাগী লৈফমদা লাক্কনা লৈররে। (২৮) চুডানা খল্লি ইবুঙো মদণমোহন প্রভুদি কদায়দা লৈগ্রবনো হায়, মী কয়াদা পাউ হংভি, কনাদগী পাউ অমফাও ফংদে। তাবিয়ু শ্রোতা খৈবিক, ননাইনা হায়র্জরি, ঈশ্বরগী লীলানি হায়দুনা পুক্লিং চঙনা লোবীয়ু। (২৯) চহি তরেৎ অসি খুন্তাকউরবা মতুং অসিদা গ্রহগী দোয কোক্লক্কনা অফবা লাক্লবদা, কাছারদা লেঙশিল্লুবা শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ, মদণমোহন, অদ্বৈতনচিংবা। (৩০) ঈশ্বর পুম্নমক মণিপুরদা লেঙওক্কনা সেবা তৌজরে। শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র, সীতা, রাম, লক্ষণ ইবুঙোসু প্রজানা ফংজদুনা সেবা ওইজরে। মতম অসিদা বিষ্ণুপুর

প্রভুরাখি সেইটিলা ত্রিসন্ধ্যা সময়ে।
মানুষের মূর্ত্তিহয়া লোক দেখাইয়ে॥
কোণদিনে বসি কোণদিনে উঠিরয়ে।
সাক্ষাত দেখিয়ে তবে দেখা না পাইয়ে॥ (৩১)
মানুষ রহিল বলি লোক কানা কানি।
চুরিকিবা সাধুকিবা কিছু নাহি জানি॥
দুইচারি জনদেখি প্রবেশি নারহে।
লোককহে সাক্ষাৎদেব এই নর নহে॥ (৩২)
এইভয়ে সর্ব্বলোক রাত্রে না চলিল।
কতদিনে গ্রামীলোক মন্ত্রনা করিল॥
নরণয় দেবহয় ধরিবা নিচয়ে।
পরদিনে সন্ধ্যা দেখি সাক্ষাত দেখিয়ে॥ (৩৩)
ধরিবার লাগিলোক চৌদিগে বেড়িয়ে।
ধরধর বলি মাত্রে টিলা প্রবেসয়ে॥
ভয়হয়া লোকগণ সেরাত্রি রহিল।
পরভাতে সর্ব্বমিলি খুদিয়া দেখিল॥ (৩৪)
শ্রীমদণমোহন রহে বিরাজ হইয়া।
শ্রীমূর্ত্তি দেখিয়া লোক বহু সুখ হয়া॥
উঠাইয়া প্রভুলয়া অনেক ক্রন্দন।
বার্ত্তাশুণি বহুলোক আসি দরশন॥ (৩৫)
বৃদ্ধলোক কহে শুণ চূড়ার দেবতা।
চূড়াপিতা বিষ্ণুপুর মধুপুর হৈতে॥
লক্রিয়া এস্থানে সেবি রহে কতদিনে।
দেশভাঙ্গা লাগি গর্ত্তে প্রভু রাখিলেন॥ (৩৬)
ভালবলি প্রভুসেবা চূড়াদ্বিজে দিল।
প্রজাগণ সহাইয়া মন্দিবাদি কৈল॥
শুভদিনে শুভলগ্নে পুনঃ অভিসেক।
বহুসুখে প্রেমে সেবে দিবস কতেক॥ (৩৭)

---

ব্রাহ্মণ সেবা ওইরম্বা শ্রীমদণমোহন ইবুঙোনা। (৩১) লৈপাক মন্ডুঙদ, লৈরিবা ইবুঙো অদুনা সন্ধ্যা য়াচঙবা মতমদা মী অমা ওইদুনা লৈবুংদা ফম্মী, লম্বী চৎপনা উই। নোংমনা ফম্মী, নোংমনা লেপই, চাননা অয়েংনরবস্নু উদে। (৩২) শোদোংবুংদা মী ফম্মী ভাঙনরক্রে, হুরানব্রা নত্রগা সাধু লাইনিংব্রা কনানস্নু খঙনদ্রে। নোংমা মী অনি মরি তিন্নদুনা, লৈরে হাযদুনা চঙলুবা, মাঙখিবা খঙদে। ময়াম্না হায়নৈ, মী ওইররোই, লাই ওইবতাই খন্নৈ। (৩৩) কিনদুনা অহিং অথেং-অমম চৎনদ্রে। নোংমা মীয়াম তিন্নদুনা রা খন্নৈ, তানৈ। মী ওইরবস্নু, লাই ওইরবস্নু ফারসি লেপ্পরে, অদুগী মতুংগী নুমিৎ অদুদি সন্ধ্যা তবুম্বদা ইফোং-ফোংনা মী কম্বা উরে। (৩৪) ফাগদবগী মী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা ফাও ফাও হায়নরে, ইফোং-ফোংনা লৈবুংদা চঙগ্রে, কিনরদুনা অদুম তোক্লে। নোংঙাল্লবদা ময়াম তিন্দুনা তৌদুনা য়েংবদা। (৩৫) শ্রীমদণ-মোহন প্রভূ লৈরম্মী, শ্রীমূর্ত্তি উজবদা মী পুম্নমক নুংঙাইনরে, লেঙখত্তুনা য়েংবদা মথৈ লৈতনা কপ্পরে, পাউ তাবদ্রা মী কম্না দর্শন লাকই। (৩৬) অহল ওইবা খৈবিক্রা ইবুঙোসে চুড়াগী লাইনি। মাবু পোকপা বিষ্ণুপুর ব্রাহ্মণনা মথুরাদগী পুরক্লুনা মফম অসিদা সেবা চৎলম্বনি, লৈবাক কায়-বদগী লোৎলম্বনি। (৩৭) চুম্মী হায়নদুনা চুড়াদা মবুঙো পীরে, অদুগা ময়াম্না মতেং পাংদুনা মন্দির শারে, অফবা লগ্নদিন য়েংদুনা অভিষেক তোরে অদুদগী ইবুঙোগী সেবা ফংজরে চুড়া ব্রাহ্মণনা।

শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
প্রভু দাঢ়াইবার লাগি মিরেপ্পুং কহেন॥
আগেতে শৌদোংবুং নাম এস্থান রহিল।
অগ্যাপিহ দুইনাম এস্থান কহিল॥ (৩৮)
সেস্থানে ময়নাবৃক্ষ পূর্ব্ব হৈতে ছিল।
পুরাতন বৃক্ষ সেই বৃক্ষ নাহি হৈল॥
সেইবৃক্ষ ফলধরে এদেশ ভাগিল।
ইহার প্রসঙ্গ পরে বর্ণিব সকল॥ (৩৯)
শ্রীমদনমোহন প্রভু প্রকটিত বাণি।
গম্ভীর নরসিং দুহে প্রভুগুণ শুনি॥
দরশন লাগি যাই সঙ্গে বহুলোক।
দারিদ্রের সেবাদেখি মনে বহু দুঃখ॥ (৪০)
রাজাকহে চূড়াদ্বিজ প্রভু দেহ মোরে।
চূড়াকহে মা কহিয় প্রণমি রাজরে॥

রাজাকহে এইসেবা লোকমাঝে লাজে।
চূড়াকহে মহারাজ প্রেমে প্রভু পুজে॥ (৪১)
একমুষ্ঠি অন্নভিক্ষা সেবা প্রচারিব।
যার কৃপা হৈলে তবে পুনঃ ধনি হব॥
রাজাকহে ধ্বনিহৈলে পুনঃ সেবাকর।
এখনে লক্রিয়া যাই নাকর জঞ্জাল॥ (৪২)
ইবোলিয়া প্রভুলয়া রাজপুরে গেল।
উপায় নাদেখি বিপ্র কান্দিয়া রহিল॥
সেইদিন চূড়াদ্বিজ করে উপবাস।
পাগল হইয়া কহে আমি কাহাবাস॥ (৪৩)
সন্ধ্যার্ত্তির কালে চূড়া প্রদীপ জালিয়া।
মন্দিরেরে দ্বারখুলি প্রভু নাদেখিয়া॥
বিলাপ করিয়া কহে শুন প্রাণ নাথ।
সর্ব্বশুন্য দরিদ্রতা জীবনের বের্থ॥ (৪৪)

---

(৩৮) তাবিয়ু শ্রুতা খৈবিক ইবুঙোনা মী ওইনা থোক্কুনা লেপই হায়দুনা মফম অসি হৌজিক কাওবা মীরেপ্পুং হায়না কৌনরি। অহনবদা কোংবা শৌদোংবুং কৌরম্মী, অদুদগী মীরেপ্পুং কৌই, মিং অনি অসি হৌজিক কাওবা কৌনরি। (৩৯) মফম অ সদা ( ময়নাবৃক্ষ ) হৈবী পাম্বী অমা লৌরি, মতম কুইনা হৌররুবা পাম্বীনি অদুবু হন্দুনে, মাগী খুদম মনা-মহৈ পাল্লবদি লৈবাক কার, য়াম্না পাল্লে শাংনা কায়, মসি কোম্না লেংজরক্কে। (৪০) শ্রীমদনমোহন কাওরে হায়বসি শেৎ কায়না নিল্লে, পাউ তাবদা গম্ভীরসিং, নরসিং অনিনা লৈবাক মীয়ামগা লোয়ননা দর্শন তৌরৈ, ইবুঙোগী মগুণগা সেবাগা লাগ্নরে, লাইরবা ব্রাহ্মণনিনা মন্দিরনচিংবা সেবা তৌরিবদু য়েংবদা নিংথেম মচিন-মনাওনা পুক্লিং পেল্লদুনা। (৪১) চূড়া ব্রাহ্মণ য়েংদুনা নিংথৌনা ইবুঙোস পীয়ু নিয়ে। চূড়া ব্রাহ্মণনা মহারাজ ইবুঙো, গুরুজনগী ঈশ্বরনি লৌবিয়ু হায়জৈ, নিংথৌনা ইবুঙোগা সেবাগা মতিক চান্নদে মীগী মমংদা ইকায়, চূড়া ব্রাহ্মণনা থমজবা প্রেম সেবানি। (৪২) কংজবা চেং মুৎ অমা অদুতা হৌরগা কচ্চগে, মাগী থৌজান শীনরবা ইনাক খুন্দুনা সেবা তৌরবা য়াই। নিংথৌনা নংনা কয়েং ইনাক খুল্লগা সেবা তৌজৌ, হৌজিক্কি পুরগে। (৪৩) হে ব্রাহ্মণ চিংনরুগনু হায়রম্নগা ইবুঙো পুদুনা কোম্নুংদা লেঙখ্রে. উপায় লৈজদবনিনা কপ্পুনা লৈহৌরে, সুমিৎ অসি চূড়া ব্রাহ্মণ দুংঙাইহিবদগী চরা হেল্লি, প্রেম্না ঙাওখিবনা ঐ অসি কদায়দা লৈগদগে হায়দুনা ঙাওচৎলৈ। (৪৪) সন্ধ্যার্ত্তি মতমদা চূড়া ব্রাহ্মণনা থাউমৈ থম্লদুনা মন্দিরগী

রাজা আর ধ্বনি লোকে সেবা মনে আছে।
দারিদ্র্য আমাকে ছাড়ি রাজপুরে গেছে॥
লোকে বোলে প্রাণনাথ কাঙ্গালের প্রভু।
তুমিত্ত কাঙ্গালনাথ নাহইল এভু॥ (৪৫)
বিলাপ করিয়া চূড়া উপবাসে রহে।
শেষরাত্রি কালে স্বপ্নে প্রভু আছিকহে॥
উঠ চূড়া আমিআসি সেবন করহ।
কিলাগি ক্রন্দন করে আমা নাজানহ॥ (৪৬)
যশোদানন্দন আমি প্রেমের আধিন।
এহিবলি হাসিহাসি মন্দিরে গমন॥
কালিহৈতে খাইনাহি বহু ভুক্ষ মোর।
রস্যাম্বার কাজকর আনন্দ অন্তর॥ (৪৭)
জাগিউঠি স্নানকরি মন্দিরে দেখিল।
মদনমোহন প্রভু বিরাজ রহিল॥

প্রভুর চরণে ধরি দণ্ডবত্ত কৈল।
হর্ষহয়া রন্ধনাদি আরম্ভ করিল॥ (৪৮)
এথা দুইভাই স্বপ্নে মদনমোহন।
শুনরাজা সেনাপতি আমার বচন॥
আমি চূড়া সেবা লাগি করিছে গমন।
যারলাগি আসিয়াছি ছারি বৃন্দাবন॥ (৪৯)
স্বর্ম্ম রূপ্য মণিমুক্তা আমি নাহি লাগে।
কেবল মাত্রেতে আমি প্রেমসেবা রাগে॥
বলকার নাকরিহ আমি ভক্তধন।
ইবোলি মদনপ্রভু গমণ করেন॥ (৫০)
প্রভাতে পুজারিগণ প্রভুনা রহিল।
দেবচুরি বোলিলোক কুলাহল হৈল॥
ছন্দ্রিগণে অঙ্গকাম্পি রাজাতে প্রার্থিল।
শুনিরাজা ভাইআন বোলি স্নান কৈল॥ (৫১)

থোঙ হাংলুবদা ইবুঙো লৈরমদরে থোঙজিন্দা ফম্লগা কপ্তুনা হায়রকই, হে প্রাণনাথ মদনমোহন লাইরবা তোল্লিদকো ননাই হিংদুনা কান্নদ্রে, ননাইদি হিংজররোই। (৪৫) নিংথৌ অমসুং ইনাক থুনবগী সেবা পাম্বদগী লাইরবা ননাই হুজেক্তুনা নিংথৌ কোন্নুংদা লেঙখ্রে ভক্তনা হায়বদি কাঙ্গালনাথ অতোনবগী মবুঙোনি হায় অদু মদনমোহনদি নৎলমদ্রে। (৪৬) অসি হায়দুনা মনীং থুংনা কপ্লম্লগা চরা হেন্দুনা তুমখ্রে। নোংঙাল্লমদাইদা মমঙদা ইবুঙো লেঙলক্তুনা চূড়া ঐ লাক্লে, হোগৎলো ননীং থুংনা সেবা তৌজরো, ঐবু খঙদ্রা, করিগী কপ্পি। (৪৭) ঐ অসে ইমা যশোদানা পোকপনি প্রেমগী মখা পোনবনি অসি হায়রগা নোক্লা-নোক্লা মন্দিরদা লেঙশিল্লি অদুগা অঙৈবা সুরনা মনাই কৌরগা, ঐদি ঙরাংদগী চরা হেনবনা যাম্না লামলে, চাক থোংলরো হরাও হরাউনা। (৪৮) চুড় ব্রাহ্মণ মিকপ খঙথোক থোকই, নোংঙাল্লম্রে, অয়ুকী কর্ম লোইজরগা ইরুজদুনা থোঙ হাংদুনা য়েংলুবদা নোকমি নোকমি তৌদুনা মদনমোহন লৈরম্লে, মবুঙোগী চরণ কোন্দুনা কপচৈ। হরাওজরদুনা লুক হোনবা খোরাং তৌজরে। (৪৯) অসিমা লৈখিসনু অসোমদা গম্ভীরসিং, নরসিং অনিগী মঙদা মদনমোহন প্রভুনা তাও নিংথৌ, সেনাপতি ঐ অসে চূড়াগী মবুঙোনি অদুনা ঐ মাগীদা চৎলগে, মাগীদমক বৃন্দাবন থাদোক্লগা মণিপুরদা লাকপনি। (৫০) নংগী সুরা, দলান পামজদে, মণি মুক্তা লৌজরোই, অশেংবা প্রেমদা পাম্বনি, ঐ নিংথৌনি, সেনাপতিনি হায়দুনা নাপল তৌগনু অসি হায়রম্লগা শ্রীমদনমোহন শাউনা লেঙখ্রে। (৫১) নোংঙাল্লবদা

স্বপ্নকথা স্মরি কান্দে বড়সেনাপতি।
সেকালেতে রাজবার্ত্তা পাই শিগ্র উঠি॥
নরসিং স্না·াদি করি রাজাকে বন্দিল।
স্বপ্নেস্বপ্ন কথা কহি অনেক কান্দিল॥ (৫২)
দুইভাই প্রজ্ঞাসঙ্গে চূড়াগৃহে গিয়ে।
দ্বারখুলি দেখিমাত্রে মন্দিরে রহিয়ে॥
প্রভুদেখি হর্ষহয়া প্রনাম করিয়া।
রাজা বড়সেনাপতি বাহিরে আসিয়া॥ (৫৩)
শুভস্থানে বসিরাজা ক্রোধান্বিত হয়া।
চূড়াকে ডাকিয়া কহে অধরে দংশিয়া॥
ওরেহে ব্রাহ্মণ তুমি কেনে দেব চুরি।
আমিরাজ ভাই সেনাপতি হেলা করি॥ (৫৪)
কিবাবাঞ্ছা বলএবে আমি দণ্ডিদিব।
কিবামন্ত্রে কিবাযন্ত্রে চুরি এইদেব॥
তুমাকে লইতে প্রাণ কুনজন রাখে।
বিদেশে যাইবা কিবা বন্দি ঘরে রাখে॥ (৫৫)
রাজার প্রতাপদেখি লোক সব কাম্পে।
হিহি সব্দ করিলোক মানে ভুমিকম্পে॥
উপায় নাদেখি চূড়া কান্দিয়া কহিলা।
আমিনাহি জানিরাজা ব্রাহ্মণ সরল॥ (৫৬)
স্বপ্নেআসি কহে চূড়া উঠহ তুরিত।
কালিহৈতে নাহিখাই শিগ্র দেহভাত॥
ইবোশিয়া মন্দহাসি মন্দিরে গমণ।
যশোদা নন্দন আমি ভক্তের জীবন॥ (৫৭)
কথাশুণি আমিউঠি দেখিবা মাত্রেতে।
প্রভুর শ্রীমুর্ত্তি রহিয়াছে মন্দিরেতে॥
প্রভুলাগি রসুয়ের আরম্ভ করিয়ে।
শুনিরাজা সেনাপতি প্রেমেতে ভাসিয়ে॥ (৫৮)

---

সেবা পুজারি খৈবিক্রা মন্দির থোঙ হাংলগা য়েংবদা মদনমোহন ইবুঙো লৈরমদরে লাই হুপ্রে নীম্নরে ছপ্নি পুম্নমক তাবদা মশা নীকপ্রে, পাউ অসি নিংথৌদা হঙ্গৎলি, নিংথৌনা হোয় মাই হায়দনা, ইনাও নরসিং কৌক হায়রগা চাইথপ্রে। (৫২) অসোমদা নরসিং মঙদা ইবুঙো লেঙখিবা অদুগী নুংঙাইত্তবনা কপ্পুনা লৈরিবৈঙ স্না য়াথং লাকপদা লেঙখত্তুনা চাইথরে, অনিক সেবা লোইদুনা নিংথৌ খুরুম্নরে মঙগী বারী শানৈ, কপনৈ। (৫৩) হৌনদুনা মনাই-মশল প্রজা কয়াদা চূড়া ব্রহ্মণগী য়ুমদা লাক্লে, মন্দির থোঙ হাংদুনা শ্রীমদনমোহন প্রভূ লৈরম্মী মবুঙো উবদা হরাওজরদুনা খুরুমজরগা হন্দোকখ্রে। (৫৪) অফবা মফম য়েংদুনা অশাউবা উত্তুনা ফম্মী। চূড়া ব্রাহ্মণ কৌশিল্লগা খা চিক্কুনা ওরে হে ব্রাহ্মণ করিগী নবুঙো হুরাল্লি, গম্ভীরসিং ঐ নিংথৌনি, ইনাও নরসিং অসে সেনাপতিনি। করিগী অদুক উশিত্তে, থওইদে। (৫৫) নশাদা দণ্ডি লৈরে করি দণ্ডি পামই? করি যন্ত্রনা, করি মন্ত্রনা কমদৌনা হুই, নহাকপু নথরায় লৌবদা কনানা ঙাকপীগনি, দেশতা থাদোকউরা, কৈশুমশঙদা (জেলদা) লৈবা পামব্রা? (৫৬) নিংথৌগী (প্রতাপ) মৈচাক উবদা মীয়াম নীক্লে, হি হি লাউনৈ, পৃথী নীকপোই নীংনৈ। উপায় লৈজদ্রবা চূড়া ব্রাহ্মণ কপ্পুনা হায়জে, ঐদি মন্ত্র যন্ত্র করিশু হৈজদে, অপঙবনি। (৫৭) ঐগী মঙদা ইবুঙো লেঙঙক্কুনা তাকপী, চূড়া হৌগৎলু, ঐ লাক্লে, ঙরাংদগী চাক চাদ্রি, য়াম্না লাম্লে, চাক থুনা পীজো অসি হায়রগা মন্দিরদা লেঙশিনখি অদুগা নং ঐবু থঙদমাল্লে, ঈমা যশোদানা পোকপনি, ইনাই ভক্তগী থবায়নি। (৫৮) রা অসি তাবদা মিকপ থোক্লে, হৌগৎলগা য়েংঙবদা মন্দির মমুঙদা

দুইভাই দুইনেত্রে দেখা দেখি হয়।
রাজাকহে বিপ্রএবে কিকি বাঞ্ছা হয়॥
চূড়াকহে মহারাজ প্রভুসেবা দেহ।
শুনিরাজা কান্দিকহে তুমানাথ লহ॥ (৫৯)
নাজানিয়া বলকারে বহুদোষ কৈল।
তুমার ঈশ্বর এই আমি নাজানিল॥
এহিবলি বহুধন রাজা দানকরি।
প্রজাসঙ্গে দুইভাই প্রভু নমস্কারি॥ (৬০)
রাজার পুরেতে গেল আনন্দ হইয়া।
সেহৈতে চূড়ারপ্রভু উদয়িত হয়া॥
তারপরে রাসেশ্বরী কৈল নিরূপণ।
যুগোল সেবন করে আনন্দিত মন॥ (৬১)
শুনিয়োক শ্রতাগণ করি নিবেদণ।
হঙোইচূড়া নামবলি ইহার কারণ॥
চূড়াসে ব্রাহ্মণ অতি গৌড়িয়া উত্তম।
ভিন্নলোক কথালাপে পুনঃ স্নানধর্ম্ম॥ (৬২)
একদিনে দশবিংশ স্নান করাইল।
লোকেকহে এইদ্বিজ ভেক সম হৈল॥
দেশভাষে ভেকনাম হঙোই নামকহে।
এইলাগি হঙোইচূড়া সর্ব্বলোক কহে॥ (৬৩)
মথুরাহইতে আসি লয়া জাতি নাম।
দেশভাষে কহে মথুরাবাসি ময়ুম॥
কশ্যপ গোত্রেতে জন্ম ত্রিপবর রহয়।
কাশ্যপ অপশার নয় তিন এহিহয়॥ (৬৪)

ইবুঙো লৈরম্মে, ঐস্ন ভক্তুনা মথং ইন্দুনা ইবুঙোগী লৈক্তবা খরা হৌজরম্মীবা অসিনি হায়রগা রা ভাংদনা কপ্লুনা লৈপ্রে। রা তাবদা নিংথেম মচিন-মনাও অনি প্রেম্না থনপ্রে। (৫৯) য়েং-। য়েংনা কপমিন্নরগা, নিংথৌনা চূড়া ব্রাহ্মণ য়েংদুনা হংভি, হৌজিক নহাক করি পাম্মী, চূড়ানা মহারাজ ইবুঙো শ্রীমদনমোহনগী সেবা পীনৌ, নিংথোনা কপ্লুনা হায়, হে ব্রাহ্মণ নঙ্গি নবুঙোনি লৌজরো। (৬০) অস্তুক চানবি খঙদবনা বলকার তৌরুদুনা দোষ লংশিনলে, নবুঙোনি খঙভু-দবনা অসি হায়রগা ইবুঙোদা শেল কয়া কৎলে অদুগা নিংথেম মচিন-মনাও ইবুঙো খুরুম্নগা। (৬১) পুরিং মুংডাইনা ইবুঙোগী রাজী শাদুনা কোম্নুংদা লেঙখি মুমিৎ অদুদগী ইবুঙোগী মদন-মোহন হায়বা নাম অদু তোক্তুনা চূড়াগী লাই হায়না ফাওপ্রে। অদুগী তুংদা রাসেশ্বরী নিরূপণ তৌদুনা যুগোল সেবা তৌজরে। (৬২) তাবীযু শ্রতা থৈবিক, চূড়াগী লাই হায়রম্নদগী হঙোই চূড়া হায়রকপগী রারী হায়দপে, চূড়া ব্রাহ্মণসে গোরিয়া ধর্ম্মসি মী খ্বাইদগী থোংদোক হেন্দোকই, ধর্ম্ম তিম্নদবা, জাতি তোঙানবা মীগা শোরবা নত্তবা রারী শাকবতদা ঐ সেবা মাদ্রে হায়না হেক্তা ইরুজে। (৬৩) অদুনা নোংমদা তরারক, কুমলক ইরুজে, অদু নোংমতা নত্তে, নিতিগী অসুম ভইরক্লবদা ময়াম্না মসিগী বাশোন অসিদি ঈশিংদা লৈবা হঙোইগুম্বী হায়দুনা হঙোই চূড়া কৌপ্রে, চূড়া ব্রাহ্মণনম্নু হায়বীনু ফনা খামজে অদুবু লৈবাক্না অদুম কৌপ্রে। ইবুঙোসি মদনমোহন কৌখিদ্রে, হঙোই চূড়া হায়প্রে। (৬৪) মথুরাদগী লাকপনি মণিপুর ঐখোয়গী জাতি নাম লৌদুনা মথুরবোসিময়ুম কৌবনি, হঙোইবম নত্তে, য়াম্না কুইজরক্লবা ব্রাহ্মণনি, কাশ্যপ গোত্রনি, ত্রিপর্ব্বনা কাশ্যপ, অপসার, নয়, অদুম অসিনি।

চূড়া ব্রাহ্মণের পুত্র থাবম্নাম কয়।
থাবম্নে চারিপুত্র জ্যেষ্ঠ তোম্বাপু হয়॥
দ্বিতীয়ে জগনাথ তৃতীয়েতে হৈতোন।
চতুর্থে কাহ্নাইনাম প্রভুর সেবন॥ (৬৫)
ক্রমেতে যাহারবংশে অদ্যাপি সেবয়ে।
প্রভুরঅনেক গুণ বর্নি না পারয়ে॥
এদেশর দুঃখ শোক দিবার সময়ে।
আগে চিহ্ন বার্ত্তাদিয়া সকলে জানায়ে॥ (৬৬)
চূড়াচাঁন্দ কালে প্রভুর চন্দ্রা তপের।
আগের দুই সেবানার গোলয়ে উপর॥
অষ্টম দিবসে রহি পরে আগে মত।
দুর্ভীক্ষ কারণে স্ত্রী যুঝিল বহুত॥ (৬৭)
তারপরে মন্দিরাগ্রে পিপিলীকা যুদ্ধ।
ত্রিদিণ ব্যাপিয়াযুদ্ধ মড়ে অসংখ্যাত॥
বুধচন্দ্র রাজকালে প্রভুর মুকুটে।
একপোক্কা সাতবর্ন্ন রহে দিনঅষ্টে॥ (৬৮)
তারপরে যাপানের যুদ্ধে দুঃখ হৈল।
প্রভুর অনেকগুণ বর্নিতে নারিল॥
যথাশক্তি পারি আমি করিয়ে বর্ন্নণ।
দীণহীন মঙ্গিসিংহ লিখি প্রভুগুণ॥ (৬৯)

ইতি মণিপুর দেবালয় নাম গ্রন্থে শ্রীমদণমোহন গুণ
কথণং পঞ্চম সীমা সমাপনং ॥৫॥

---

(৬৫) চূড়া ব্রাহ্মণনা মচানিপা ৪ পোকই, মমিংনা থাবন কৌই। থাবম্না মচা মরি পোকই। অহন তোনবাপু কৌই। অনিশুবা জগনাথ কৌই। অহুমশুবা হৈতোন কৌই। মরিশুবা কাহ্নাই কৌই মরি অসিনা। (৬৬) সেবা তৌজৈ, অদুদগী মথং মথং হৌজিক ফাওবা সেবা তৌজরি, ইবুঙোগী গুণ লেংবদা লোইবা ঙম্মোই, মণিপুরগী অরা অনা লাকদবা মতমদা 'মমাং মমাংদা পাউতাক পীদুনা খঙহল্লি। চূড়াচাঁন্দ নিংথৌগী স্না হাক্তক্তা ইবুঙোগী থাগনগী পানা মতোন তারকপা লাইফদিবী, মাংগী আনদো পেনা চৈজিংগুম্না কোনথৎতুনা সুমিৎ ৮ নি লৈয়ে। (৬৭) ইথোৎ থোৎপা ফিনা শেম্বনি, অদুবু চিংথৈ অডুম্ য়াই, থাদোকপগা অদুম কোনখি, সুমিৎ ৯ নি শুবদা হাম্নগুম তিংনা তাই, করি থোক্কদগে খম্নৈ, খরগী তুংদা চাক্ তা·দুনা সুপী লান তৌখি লৈপাক ব্রাথোক ওইখি। (৬৮) অদুগী তুংদা মনি মন্দির মমাংদা নোংপোকলোমদগী লাকপগা, নোংচুপ লোমদগী লাকপা ককচেং ২ চিরুদুনা মশীং লাকপা ঙমদনা শিখি, সুমিৎ হুমনিনি অহিং সুংথিল কাংদনা চিরুবনি, অঙকপা ফংনা য়েংনখি। বুধচন্দ্র মহারাজগী স্না হাক্তক্তা ইবুঙোগী চূড়াগী, মখোং মুকুত্তা তিন ১ কৈনা নপই, মচু ৭ নি, সুমিৎ ৮ নি লৈরম্লগা সিদা চৎখি খঙদনা মাংখি। (৬৯) করি থোক্লগবা লৈপাক ব্রানৈ, খরগী তুংদা জাপানগী লান লাক্লুনা অনিশুবা লাঙ্জাও থোকখি। শ্রীমদণমোহন ইবুঙোগী মগুণদি শৈথাজবদা লোইবা ঙম্মোই, ঙমজবা খরমংদবু তোল্লবা ননাই মঙ্গিসিংহনা ইবুঙোগী গুণ ইজবনি॥

মণিপুর দেবালয় কৌবা লাইরিকী শ্রীমদণমোহন ইবুঙোগী গুণ ইজবা
মঙাশুবা অধ্যায় লোইজরে।

# চরুকশুবা অধ্যায়

## ( শ্রীনিত্যানন্দ গুণ লীলা )

জয়জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন
ভক্তসভা কৃপা হৈতে করিবে বর্ন্নন॥ (১)
একদিন স্বপ্নেকহে নিত্যানন্দ চন্দ্র।
মোরভঙ্গি মোরবর্ন্ন দেখ ভাগ্যচন্দ্র॥
তববঞ্ছা পুরাবহে বলি অন্তর্দ্ধান।
তারপরে একখণ্ড করিলা ছেদন॥ (২)
লক্ষ্মণসিং সেইখণ্ডে করিলা নির্ম্মাণ।
নিত্যানন্দ প্রভুমূর্ত্তি শুন্দর বদন॥
বিজয় পঞ্চালি গ্রন্থে দ্বিতীয় খণ্ডেতে।
বিস্তারি বর্নিছে নিত্যানন্দ নিরুপিত॥ (৩)
পুনরুক্তি দোষভয়ে নালেখি প্রকাশে।
নিরুপন অভিষেক সুত্রে বর্নিয়াছে॥

রাজার দ্বিতীয়কন্যা প্রেমবতী নাম।
প্রথম যৌবনী হয়ে রূপ অনপুম॥ (৪)
অরাম্বম রূপসিং যাচে পুত্রের কারণে॥
ভাগ্যচন্দ্র নৃপমনি দিবে ভাবে মনে॥
ভিনজনে বার্ত্তা পুছে নিচয় নাপারে।
একদিনে মাতাসঙ্গে ডাকয়ে কন্যারে॥ (৫)
রাজাকহে গুণপুত্রী আমার বচন।
আমামনে তাম্রধ্বজে করিবেক দান॥
নামানিয়া প্রেমবতী উত্তর নাদিল।
এইমত কতদিন নামানি রহিল॥ (৬)
একদিনে নৃপপুছে কান্দিয়া কহেন।
পুনঃপুনঃ পিতৃবাক্য করিয়ে লঙ্ঘণ॥
নিত্যানন্দ প্রভুদেহ সেবিয়া রহেন।
এহিবলি পদবন্দে করিলা গমন॥ (৭)

---

(১) শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুকমজৈ, অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত গুরু গোস্বামীগী চরন্দা খুকমজৈ, তাবিয়ু বৈষ্ণব খৈবিক ননাইনা খুকমজরি ভক্ত খৈবিকী থৌজান্দগী নিত্যানন্দ প্রভুগী গুণ লেংজরি। (২) নোংমা ভাগ্যচন্দ্রগী মংদা নিত্যানন্দ প্রভু লেঙলকুনা তাকপি, ভাগ্যচন্দ্র ঐগী মূর্ত্তি ভঙ্গি কুচু অসি য়েংলগা নিরুপোন তৌ নংনা নীংবা থুংগনি তাকপিরম্লগা লেঙগ্রে, নিংথৌনা য়াথং পীদুনা, গোবিন্দ নিকপোন তৌখিবা, অদুগী ( খণ্ড ) মকক্ ১ না। (৩) সাপম্ লক্ষ্মণসিংনা শ্রীমূর্ত্তি নিরূপোন তৌদুনা অভিষেক তৌই, নিত্যানন্দ অভিষেক অসি বিজয় পঞ্চালি কৌবা লাইরিক্কী অনিশুবা খণ্ডদা চাউনা লেংগ্রে। (৪) অদুনা অসিদা সূত্র ওইনা থরদংদনা লোইভরে। ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবেম্মা অনিশুরকপী প্রেমাবতী কৌবী অসি মপুং ফারকলে, লুহোংবা কন্যা দান মতম চারে, মতম অসিদা। (৫) অরাম্বম রূপসিংনা মচা তাম্রধ্বজগী পীনৌ নিজৈ, ভাগ্যচন্দ্রনা পীগে নীংদুনা, অতোপ্পা মী কয়া থাজিন্দুনা হংহনবদা অরেপ্পা পাউ ফংদ্রে নিংথৌনা নোংমা মমা মহারাণীগা লোয়ননা মচা ইবেম্মা কৌদুনা হংঙি। (৬) ইবেম্মা প্রেমাবতী ইপাগী পুরিংদা অরাম্বম তাম্রধ্বজদা লুহোংগে নীংঙি য়ারোকো, য়ানিংদবদগী থুমদে—অদুগা ১০ নি নৈরগা, ২০ নি নৈরগা হংদুনা থা কয়া হৌগ্রে। (৭) নোংমদি নিংথৌনা হংবদা কপ্পুনা হায়, পাবুংগী মা য়াথং কয়ারক

রাজাকহে ভালপুত্রী দিব তুমা নাথ।
মানিবলি রাজা শুভদিন লগ্নসাথ॥
বিবাহ করিয়াদিল শ্রীতাম্রধ্বজেতে।
নিত্যানন্দ নাহিদিল রহিল গোপতে॥ (৮)
কন্যাভাবে নিত্যাইপ্রভু নাদিয়ে চরণ।
দিবানিশি প্রভুসেবা করিল স্মরন॥
রাজাআগে কহি ভাবে ভয়ে না কহিল।
এইমত কতকাল দিন বহিগেল॥ (৯)
কন্যা প্রেমে বদ্ধহয়া প্রভু নিত্যানন্দ।
মনেভাবে কন্যাগৃহে আমার আনন্দ॥
একদিনে নিত্যানন্দ রাজার স্বপ্নেতে।
নিশাশেষে দ্বীপ্ত মূর্ত্তি করিলা দাঢ়াস্তে॥ (১০)
শুনরাজ ভাগ্যচন্দ্র আমার বচনে।
গোবিন্দ সহিত আমি রহি একাসনে॥
তবপুত্রী প্রেমে আমি রহিতে নারয়।
তাম্রধ্বজ গৃহে আমি আবাস যুগায়॥ (১১)
এহিবলি নিত্যানন্দ অন্তর্দ্ধান হৈল।
সেইকালে নৃপজাগী হইল বিকল॥
তাম্রধ্বজ ডাকি রাজা এসব কহিল।
তারপরে দেবালয়ে যথেষ্ট করিল॥ (১২)
শুভদিনে নিত্যানন্দ তথাই রহিল।
তাম্রধ্বজে ভাগ্যচন্দ্রে সেবা সমর্পিল॥
সেইহৈতে জাতিনামে নিত্যানন্দ থৈল।
আরাম্বম নিত্যাইবলি অদ্যাপি কহিল॥ (১৩)
প্রেমবতী রাজকন্যা তাম্রধ্বজ সঙ্গে।
প্রভুর সেবন করে প্রেমের তরঙ্গে॥]
আয়ুশেষে দুইজন পাই শ্রীচরণ।
তারপুত্রে কীর্ত্তিচন্দ্রাদি প্রভুর সেবন॥ (১৪)

---

ইন্দ্রে, পাবুংনা চানবিদুনা প্রভু নিত্যানন্দসি পীনরো, ইবুঙোগী সেবা তৌজরগা লৈরুরগে, অসি হঙ্গৎলগা খুকুম্মী অদুগা হনগ্রে। (৮) নিংথৌনা হায়, ইবেম্মা প্রেমাবতী নবুংঙো সেবা ফংজৌ পীরবনি তাকখি, নিংথৌনা মচানা য়ারে হায়দুনা অফবা নুমিৎ থা লগ্ন য়েংদুনা অরাম্বম তাম্রধ্বজদা অরোং-অউন মতিক চানা পীদুনা লুহোংঙে, মবুঙোদি পীদে। (৯) মচা ইবেম্মা প্রেমাবতীনা খল্লি, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূনা সেবা ফংহনবীদবনি হায়দুনা ইবুঙোদা সেবা নিজৈ, অদুগা নিংথৌদদি কিদুনা হঙ্গৎত্তে, অসুম্না মতম কয়া লৈগ্রে। (১০) নোংম-নোংমগী নীংজরকপা প্রেম্না পুনগ্রদুনা, নিত্যানন্দ প্রভূনা প্রেমাবতীগী সেবা লৌরগে নীংলদুনা নোংমদি ভাগ্যচন্দ্রগী মঙদা, নোংঙাল্লমদাইদা ফজরবা মঙালগা লোয়ননা মাঙদা লেপ্লগা। (১১) তারো ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ, নবুঙো গোবিন্দগা লৈবসিদা নচা ইবেম্মগী প্রেম্না সিদা লৈবা ঙমদ্রে, তাম্রধ্বজগী য়ুমদা চৎলগে, নংনা থৌরাং তৌরো নচাগী সেবা লৌরুরগে। (১২) অসি হায়রম্লগা ইবুঙো লেঙদ্রে, নিংথৌসু মিকপ থোকলে, খনবদা রাই, মচাদা পীগে হায়খিবা, য়াথং মতুং ইম্না মমাক ইবুঙো তাম্রধ্বজ কৌদুনা মঙ্গী বারী লিরগা মবুঙো লেঙশিম্নবা মন্দিরনচিংবা থৌরাং তৌরগা। (১৩) অফবা নুমিৎ থা য়েংদুনা ইবুংঙো লেঙ-থরগা, তাম্রধ্বজদা সেবা শীন্নৈ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা ঙসিদগী সেবা ফংজরো, পীখিবা নুমিত্তুগী ইবুঙোগী মিং অরাম্বম নিত্যানন্দ কৌখি, হৌজিক ফাওবা কৌনরি। (১৪) মচাইবেম্মা প্রেমাবতীগা মমাক ইবুঙো তাম্রধ্বজগা অনিনা প্রেম সেবা কৎচৈ, অদুদগী মাগী আয়ুপূন্সি লোইরদুনা মবুংঙো চরণ

গ্রহদোষে মণিপুর দেশভঙ্গ হৈল।
না সহিয়া প্রজা গণ বিদেশেতে গেল ॥
প্রভুরক্ষা লাগিগুণি নাদেখি উপায়ে।
পূজারি ব্রাহ্মণে ডাকি যতনে কহিয়ে ॥ (১৫)
শুনবিপ্র গোবিন্দাদি যত ইষ্টদেব।
কাছারেতে লইগেছে শুনিল প্রস্তাব ॥
তুমি নিত্যানন্দ লঞিও চলহ তুরিত।
এখনি আসিব আত্রা খরস সহিত ॥ (১৬)
সঙ্গেসঙ্গে চলিবেক নাকর দুঃখিত।
ভালবলি প্রভুলয়া আসি তুরান্বিত ॥
ব্রহ্মাসৈন্য পথরুদ্ধে চলিতে নারিল।
আগেপাছে পথনাহি ঘেরিল সকল ॥ (১৭)
বিপ্রভাবে আমি মরি কিছু চিন্তা নাই।
প্রাণনাথ দোষদিলে কেমন সহই ॥

ফিরিয়া তরাগ তীরে বসিয়া চিন্তিল।
গুনিগুনি অৰ্দ্ধরাত্রি সময় হইল ॥ (১৮)
কুণজন নাহিদেখি মন্ত্রনা করিতে।
উপায় নাদেখি প্রভু রাখিল জলেতে ॥
জীবনের লাগি বিপ্র নানা স্থানে গেল।
এথা কীৰ্ত্তিচন্দ্র আদি প্রভুকে খুজিল ॥ (১৯)
বিপ্রসঙ্গে নিত্যানন্দ দেখা নাপাইল।
মনেভাবে শ্রীগোবিন্দ সঙ্গেতে চলিল ॥
কাছার দেশেতে প্রভু নিচয় রহিব।
এহিভাবি জ্ঞাতিগণ কিছু নহি ভাব ॥ (২০)
যারতার জীবলাগি গৈলে নানা স্থানে।
এইমত সাতবর্ষ সহে প্রজাগণে ॥
শুণিয়োক শ্রুতাগণ করিয়ে বন্দন।
ঈশ্বরের গুণগুণি করিয়ে শ্রবণ ॥ (২১)

---

তানপ্রবদা, মচাইবুঙো কীৰ্ত্তিচন্দ্রনচিংবনা সেবা ফংলে। (১৫) নবগ্রহগী দোষনা মণিপুর অসি অৱানা তানখাইরে, খাঙবা য়াদ্রে, চৌংদা মান্দা ময়ুম-মকৈ চুক্লেক্লুনা চেনখ্রে, মতম অদুদা অরাম্বম শাগৈনা খম্নবদা, খনফম থোক্কদুনা শ্রীগোবিন্দগী পাউ হংবদা। ময়াং নৈপাক্তা লেঙশিনখ্রে, অদুনা পুজারি ব্রাহ্মণ কৌদুনা হায়। (১৬) হে ব্রাহ্মণ শ্রীগোবিন্দনচিংবা মণিপুরগী ইষ্টদেব কয়া কাছারদা লেঙশিনখ্রে হায়বা পাউ তারে, অদুনা নহাক্না ইবুঙো পুদুনা হৌজিকমক গোবিন্দগী তুং ইল্লয়ো, ঐখোয়সু লম্বীদা চানবা (খরদং) থৌরাং তৌরগা লাক্লগে। (১৭) ঐখোয়নদুম হাল্লকনি, লোই-নদুনা চৎমিন্নগদবনি হায়গু, তাবদা ফৰে হায়দুনা ইবুঙো পুদুনা লাকপদা লম্বীদা অরাগী তেঙ্গোম্না কোইখ্রে, চঙশিনবসু য়াদ্রে, হনবসু য়াদ্রে। (১৮) ব্রাহ্মণনা খল্লি, ঐ শিবদি অরাইবনি, ইবুঙোদা অপরাধি খল্লবদি ঐনা খাৱবা ঙমলোই, করি উপায় তৌসগে খন্দনা নৈশিল্লগা কোনুংগী মোইরাং লাইচি পাংবা (নৈঋতক) সন্ধোং পাংবা থাঙ্গপাৎ মপান্দা থুপ্পুনা থাংজি, সুমিৎ তাপ্রে নোংয়াই য়ৌশিল্লক্লে। (১৯) কবোদগী হেন্না অতোপ্পা মী অমা নৈখিদ্রে, কনাগা তান্নফম নৈদ্রে উপায় উদ্রে, ইবুঙোবু ঈশিংদা লেঙথরম্মে, কপ্পা কপ্পা মাগী জীব হিংনবা চেনখ্রে, অসোমদা কীৰ্ত্তিচন্দ্রন-চিংবনা থীবা ফংদ্রে। (২০) ব্রাহ্মণগা ইবুঙোগা ফংদ্রবদা খনৈ, শ্রীগোবিন্দ লেঙবগা ফংনদুনা কাছার দেশদা য়ৌখিবা তারে খম্নদুনা ইবুঙোগী রাখল ফত্তবা খনখিদ্রে। (২১) মাগী মাগী জীব হিংনবা মফম কয়াদা চেন্নখ্রে, অসুম্না চহি ৭ অসি থুম্তাকখ্রে। তাবিয়ু শ্রুতা খৈবিকপু

গ্রহদোষ শেষহয়া শুভের সময়ে।
জনসর্ব আসিআসি সকল মিলয়ে॥
গম্ভীর নরসিং দুই ব্রহ্মা খেদারিয়া।
মণিপুরে রাজাহয়া লোক সুখ হিয়া॥ (২২)
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ মদনমোহন।
অদ্বৈতাদি দেবগণ কাছারে গেছেন॥
বিজয়গোবিন্দ প্রভু বৃন্দাবনচন্দ্র।
সীতারাম হনুমানে সেবে পদারবিন্দে॥ (২৩)
মণিপুর দেবগণ উদিত হইল।
প্রভুসেবা লাগি লক্ষ্মী আসিয়া মিলিল॥
রাজলক্ষ্মী আসিদিল স্বর্ণরূপ্য ধন।
ভাগ্যলক্ষ্মী আসিশুভ মঙ্গলদিলেন॥ (২৪)
যশোলক্ষ্মী আসি শান্তি ধ্বনি সে উদয়।
কুললক্ষ্মী আসিসর্ব্ব জাতি সে মিলয়॥

অরাম্বম জাতিগণ প্রভু না দেখিয়া।
কাহাকাহা বার্ত্তা পুছি দেখা না পাইয়া॥ (২৫)
অনুতাপ করিরহে বিলাপ করিয়া।
উপায় নাদেখি সর্ব্ব রহে দুঃখ হিয়া॥
শুনহ বৈষ্ণব গণ প্রভূর চরিত।
মণিপুর ইষ্টদেব ঈশ্বর সম্জাত॥ (২৬)
উপায় নাদেখি বিপ্র তরাগে রাখিন।
দেশভাঙ্গে সাতবর্ষ জলেতে শয়ন॥
তরাগের জল সর্ব্ব বহুকাল জন্য।
জলে জমা ভাস বাঁধা ভাশভুমি পূর্ণ॥ (২৭)
কাশ কেশে শরনল ঝাড়ু গাছ ভেল।
জল নাহি দেখে মাত্র জঙ্গল হইল॥
শুনহ বৈষ্ণবগণ নিত্যানন্দ লীলা।
নিজদাসী সেবালাগি উদিত ভাবিলা॥ (২৮)

---

ননাইনা হয়া হয়া খুরুমজৈ, ঈশ্বরগী গুন্নি খন্দুনা তাবিয়ু। (২২) নবগ্রহগী পূর্ণদৃষ্টি তারম্বা কোক্লদুনা অথবা মত-শ্রলাক্লবদা মীপুম খূদিং হজিন্নরক্লে, গম্ভীরসিং নরসিং অনিনা অরা ভান-খাইরগা নিংথৌ ওইদুনা মণিপুর অরাবা কোক্লে। (২৩) কাছারদা লেঙখিবা, শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ, মদনমোহন, লমাংদোং অদ্বৈত, শ্রীবিজয় গোবিন্দনচিংবা মণিপুরদা লেঙলকলে অদুগা বৃন্দাবনচন্দ্রসু শ্রীরাম সীতানচিংবা হনুমান, ঈশ্বর পুম্নমক সেবা ফংনরে। (২৪) হান্নগী মতমগুম দেবী দেব সেবা তৌরক্লবদা, ইবুঙোগী সেবাগী লক্ষ্মী লেঙলক্লে, রাজলক্ষ্মী লাক্লুনা সনা লুপা পীররে। ভাগ্য লক্ষ্মী লাক্লুনা, প্রজাগী মঙ্গল পীররে। (২৫) যশলক্ষ্মী লাক্লুনা মণিপুর অরা-অনা কোক্লে হায়বন-চিংবা, থাংদা, তাদা, মহৈ-মশিংদা মমিং চৎপা পীররে। কুললক্ষ্মী লাক্লুনা মায়গৈ ৪ দা চাইদুনা চেন্নখিবা, মণিপুর সলাই ৭। খুমন, মোইরাং, নিংথৌজা, অঙোম, খাবঙানবা, লুয়াং, সরাং, লৈশাংথেম, গুনা হজিনলক্লে। মতম অসিদা অরাম্বম শাগৈসু তিন্নরে, অদুগা মবুঙো নিত্যানন্দ প্রভুদি থীবা খঙদ্রে, হংবদা পাউ ফংদে কপনৈ। (২৬) ইবুঙো কৌদুনা কপচৈ, উপায় লৈতবনিনা অদুম লৈ, তাবীয়ু সাধু বৈষ্ণব খৈবিক মণিপুরদা সেবা ফংহল্লিবা ইবুঙো খৈবিক অচম্বা নত্তে, ভগেঙ্বা ঈশ্বরমকনি। (২৭) লৈপাক কায়দুনা পূজারি ব্রাহ্মণনা নিত্যানন্দ প্রভূ ঈশিংদা লেং-থরম্বদো, অদুম চেপ্তুনা লৈদ্রে, থাঙ্গপাংকী ঈশিং অদু শেংবিদবদগী, ঈশিংদা তাওবা কংনা পুন-শিনখিদুনা ঘুম ওন্দুনা মরোন-মরোন থাগত্তুনা থনদ্রে। (২৮) মথক্তা (কাশ) শিংনাং (কেশ)

একদিনে একজন খাস কাটা কাটি।
ঝজাগর প্রায়সব্দ সখনেতে উঠি॥
ভয়পায়ি সেইদিন নিজঘরে ফিরে।
আরদিনে পুনঃ আসি খাসকাটা করে॥ (২৯)
সেইদিনে মহাসব্দ শুনি ভয় লাগে।
প্রানভয়ে সেইদিন পালাইল ভাগে॥
গৃহেভাবি কুনজীব নারিল বুঝিতে।
বহুজন সঙ্গেযাই দেখিত সক্ষাতে॥ (৩০)
এইভাবি একাদিন বহুলোক সঙ্গে।
অস্ত্র শাস্ত্র সঙ্গে করি দেখিল প্রত্যেকে॥
নিত্যানন্দ প্রভুমূর্ত্তি দেখিল প্রতক্ষে।
হিহি বলি সর্ব্বলোক ঝরে জল চক্ষে॥ (৩১)
বহুযত্নে প্রভুমূর্ত্তি উপরে রাখিল।
দেখি শুনি বহুলোক কুলাহল হৈল॥
শুনি গম্ভীর নরসিং সঙ্গে পাত্রমিত্র।
আসিয়া দেখিল প্রভু নিত্যানন্দ চন্দ্র॥ (৩২)
অরাম্বম জ্ঞাতিগণ আসিয়া মিলিল।
লোকেবলে এইপ্রভু ভাগ্যচন্দ্র দিল॥
এইজন্য অরাম্বম নিত্যাই বলিল।
রাজাকহে মোরেদেহ জ্ঞাতি না মানিল॥ (৩৩)
তারপরে প্রভুলয়া অভিষেক বৈল।
ক্রমেক্রমে অদ্যাপিহ প্রভুর সেবিল॥
এদেশের দুঃখ শোক দিবার সময়ে।
আগেচিহ্ন দেখাদিয়া সকলে জানয়ে॥ (৩৪)
পূরের নৈঋত কোনা তরাগের স্থান।
অদ্যাপিহ নিত্যাইবাৎ চিথেক কহেন॥
নিত্যানন্দ প্রভুমূর্ত্তি শুন্দর উজ্জল।
শুন্দর মস্তক আর শুন্দর কপাল॥ (৩৫)

---

( শরনল ) তৌ, য়েংদৌ ( ঝাড়্ গাছ ) য়াংগেম্নচিংবনা থনগ্রে, ঈশিং উদ্রে। বন ওইখ্রে মী চৎপদা পুথদ্রে। তাবীয়ু ভক্ত থৈবিক, প্রভুনা শাম্নরকপা লীপ। মনাইশিংগী সেবা পীনবগী ফাওরকপা। (২৯) নোংমা নিপা অমনা শজিক ফাল্লি, লাইরেনগুম ওংই ফুম অদু থোক-থোক নোম্মী, কিদুনা চেনলক্লে, অমুক নোংমা মফম অদুদা শজিক ফাননি। (৩০) মুমিৎ অদুদি য়াম্না কন্না ওংঙি, ফুমসু নোম্মী শিরদবোই খন্দুনা চেনলে য়ুম য়োরগা খল্লি কবি ওকরিগবা নোংমদি মীয়াম খোম্নগা য়েঙ্গে খন্দুনা। (৩১) নোংমা মীয়াম খোম্নগুনা, থাং, তানাচিংবা খুৎলাই পায়দুনা য়েংনবদা, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূনা ফুম মথক্তা চোংখত্তুনা লৈরম্মে অদু উবদা, হিহি হায়দুনা মখৈ লৈতনা কপ্লম্রে। (৩২) য়াম্না যোতোন তৌনা ইবুঙো লেংখৎলে, উবদা অচৎ অরোক মীয়াম শৈদ্রে, পাউ তাবদা য়েংবা লাকপনা থনগ্রে, গম্ভীরসিং নরসিং অনিসু পাত্র মিত্র কয়াগা প্রভু দর্শন তৌরবে। (৩৩) (৩৩) অরাম্বম শাগৈ অপুম্বা থৈবিকসু তিল্লরে, মীয়াম্না হায়নৈ, ইবুঙোসিদি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা অরাম্বমদা পীরম্বা, ইবুঙোনি, অদুনা অরাম্বম নিত্যাই কৌগ্রবনি হায়নৈ, নিংথৌনা ঐঙোন্দা পীরো নি, অরাম্বম শাগৈনা য়াখিদে। (৩৪) অদুগী তুংদা নিংথৌ য়াওনা লৈপাক চঙদুনা ইবুঙোগী অভিষেক তৌদুনা অরাম্বম্না সেবা ফংজখি, হৌজিক ফাওবা সেবা ফংজরি, ইবুঙোগী গুণ হায়বদা লোইবা গুম্মোই, মণিপুর অসিগী অরা অনা তারমদাইদা খুদম পীদুনা খঙহল্লি। (৩৫) ইবুঙোনা লৈরম্বা কোমুংলোমগী সঙ্কোং পাংবা থাঙ্গপাৎ চিথেক অসি হৌজিক ফাওবা নিত্যাইবাৎ চিথেক কৌনরি, নিত্যানন্দ প্রভূগী শ্রীমূর্ত্তিদি মুমিৎ থাগুম্না ওাল্লি।

আজানু লম্বিত শুভে দুই বাহুদণ্ড।
কলিকা চম্পকাঙ্গুলি নখ ইন্দু খণ্ড॥
প্রক্ষীণ কাঙ্কালি অঙ্গ অদ্ভুত শুন্দর।
প্রভুর শুন্দর পৃষ্ট শুন্দর উদর॥ (৩৬)
প্রেমদাতা শিরমণি নিত্যানন্দ চান্দ।
হৃদয়ের অন্ধকার স্বয়ং পূর্ণচন্দ্র॥
কামের কামান ভুরু চৌরস কপাল।
প্রভুর অনেকগুণ বর্ণিতে নারিল॥ (৩৭)
বিলাস কালেতে ভেল ললিতা শুন্দরী।
গুঢ়সেবা কালেহৈল অনঙ্গ মঞ্জুরী॥
স্বয়ংরূপ বলরাম হৈল দ্বাপরেতে
এই তিনরূপ প্রভু নিত্যাই কলিতে॥ (৩৮)
গর্ভাবতী রমনীর নয় দশ মাসে।
প্রভুর চরণে পুজে প্রেম আয়ু দিসে॥
এইজন্য গর্ভাবতী সকল পুজয়ে।
প্রভুকৃপা বিঘ্ননাশ বাঞ্ছিত পুরয়ে॥ (৩৯)

( গ্রন্থকার প্রার্থনা )

অপটু কারনে দাস বর্ণিত নালিখি।
শুনিগুনি মমমন কান্দে বহুদুঃখি॥
অপটু কারনে ঈশ্বরের গুণনাশ।
দাসনাম বলিমোরে কেন সব্বদোষ॥ (৪০)
চূড়াচাঁন্দ রাজাকালে যেবড় পণ্ডিত।
তারপুত্র চন্দ্রসিংহ নাম যে পণ্ডিত॥
তাহার সঙ্গমে লিখি প্রভু গুণ সার।
কবিতার শক্তি সেই নাহিক আমার॥ (৪১)
শিক্ষাগুরু কৃপাবলে লিখি প্রভুগুণ।
শিক্ষাগুরু গণমুখ্যিও করিয়ে গনণ॥

---

কোক য়েংঙি নীংথিজে, লাইবক ত বা য়েংবদা পুক্রিং হূই। (৩৬) পাম্বোম অনিনা খুকউ তাজন য়োই, খুৎচানা লৈশাও পোমশাংনবগুম্মী, খুজিন্না থানা তৌবগুম ঙাম্লি, খ্বাং চেংঙি লেংদোন ফল্লি, নঙ্গন তাবা, থবাক তাবা পুক্রিং হূই। (৩৭) প্রেম পীনবগী মপু নিত্যানন্দনি, মুমিৎ, থানা ঙানবা ঙমদ্রবা থম্মোয়গী অমমবা, ঙানহনবা অনিনবা থানি, কাম কৌবা লাইগী, লৈগী লিকুংগুম পিশুমনা ফজে, (চৌরস কপালল) নি ইবুঙোগী গুন্দি হায়বা লোইবা ঙম্মোই। (৩৮) শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদি লীলা শান্নরকপদা ললীতা শখীনী, প্রেম সেবাগী কান্দনা অনঙ্গ মঞ্জুরীনী অরেপ্পা মূর্ত্তিনা বলরাম্নি, অহুম অসিনা, কলিদা শ্রীনিত্যানন্দনি। (৩৯) হৌজিক ইবুঙোনা মনিপুর অসিদা অরাম্বম নিত্যাই হায়দুনা লৈরগা, হৌজিক হৌজিক পীনরিবা ফল মহৈদি মুপী ওইবীনা গর্ভাবতী ওইরকপা থা ৯ দা ১০ দা ইবুঙোবু পুজা তৌজরবদি, প্রেম পী, পুন্সি পী, অরা অনা কোকই, মরম অসিনা পুজা তৌনরি, ইবুঙোগী থৌজান্না অকাই অতোই লৈজনা নীংবা থুংনরি। (৪০) লাইরিক লেংজবনা হায়জবা, খুরুমজবা, ঐনা পাঙজদবনা ইবুঙোগী গুণ লেংবদা লুনা ফজনা লেংজবা ঙমদ্রে, খল্লু খল্লুরগা অরাবনা মরম ওইদুনা কপচৈ। ঐনা ইবুঙোগী মাঙহল্লে, অদুবু পামজদুনা লেংজনি হায়দুনা দোষ পুন্নমক ঙাকপীয়ু হায়না খুকমজৈ। (৪১) চূড়াচাঁদ নিংথৌ হাক্তক্তা পণ্ডিত অচৌবা ওইরম্বা মোইরাং পণ্ডিত অদুগী মচা চন্দ্রসিং কৌবা পানা পণ্ডিত ওঝা অসিগী মপান্দগী লেংজবনি, লাইরিক লেংবা কবি অমগী শক্তি লৈজদে তোল্লবা ঐহাক্নি।

প্রথম পাওইসিং দ্বিতীয়েতে চাওব।
তৃতীয়েতে বাপুসিংহ তিন ইষ্টদেব ॥
তিননাম একবপু কিছু নহে ভিন্ন।
মুক্তিপ্রতি সুপামর অতিশয় দীন ॥
অপরাধ নালইবে বৈষ্ণব সুজন।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ লিখে প্রভুগুণ ॥ (৮২)

ইতি মণিপুর দেবালয় নাম গ্রন্থে নিত্যানন্দ প্রভুরগুণ
বর্ণনং ষষ্ঠ সীমা সমাপ্তং ॥

---

(৪২) ঐবু তশীরকপা ওজা ইবুঙোগী মপান্দগী ইবুঙোগী গুণ লেংঙৈ, অহানবদা ওজানা, পাউইসিং কৌই। জাতিনা পেচিময়ুমনি। অনিশুবা ওজানা, চাওবসিং কৌই, জাতিনা লাইশ্রমনি। অহুমশুবা ওঝানা, বাপুসিং কৌই। জাতিনা খৈথামনি। ওঝা ইবুঙোদি ৩ নি, তোঙান তোঙান নীংঙদে, শ্রীমূর্ত্তি অমতনি নীংঙৈ। ঐদি য়াম্না তোল্লবা জীবনি, বৈষ্ণব খৈবিল্লা দোষ ঙাকপীয়ু। তোল্লতারবা মঙ্গিসিংহনা ইবুঙোগী গুণবু শৈথাঙৈ।

মণিপুর দেবালয় কৌবা লাইরিক্তা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী গুণ
লেংঙবা তরুকশুবা অধ্যায় লোইজরে।

# শ্রী শ্রীরাধাগোবিন্দজী নমঃ

## প্রথম কাণ্ড

### ( সদাচারাবলি গ্রন্থ )

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ॥
সকলবৈষ্ণব পাদে করি নিবেদন।
মানবের সদাচার করিবে বর্ন্নন॥ (১)
কালিদীক্ষা আজিদিনে করি উপবাসে।
গুরুভাবী সেবাকরি থাকিবে আবাসে॥
প্রাতকালে প্রাতকৃত্য স্নানাদি করিয়া।
শুক্লবস্ত্র দ্বইকরি শুবেশ করিয়া॥ (২)
তবেগুরু দক্ষ্যপার্শ্বে শিষ্যকে রাখিয়া।
শ্রীকৃষ্ণেতে আহারাদি গন্ধ পুষ্প দিয়া॥
তারপরে সম্প্রদায়ী তিলক করিবে।
তিলকের গুণ আর মহিমা বর্ন্নাবে॥ (৩)

শ্রীপদ্ম পুরানে আছে প্রমাণ বচন।
তিলক কহয়ে হরি মন্দির লক্ষণ॥
নাসাগ্রেতে শাস্তুউর্দ্ধ পুন্দ্র শুশোভন।
মধ্যেছিদ্র সমাযুক্ত দণ্ডবত লক্ষণ॥ (৪)
তারনাম শ্রীহরি মন্দির কহয়।
তদধ্য কর্ন্নিকাতে সনৎকুমার কয়॥
অশ্বত্থের পত্র আর বেনু পত্রাকার।
আর অবয়েব হবে পদ্ম পত্রাকার॥ (৫)
গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব হরি মন্দিরেতে রয়।
ললাটে বৈষ্ণবমূর্ত্তি নাশা গুরুহয়॥
ছিদ্রমধ্যে স্বয়ংকৃষ্ণ শ্রীমূর্ত্তি উদয়।
হরির বসতি হরি মন্দির কহয়॥ (৬)

---

(১) শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী অদ্বৈতপ্রভুগী গৌরভক্ত শুক গোস্বামী খৈবিক্কী চরন্দা খুরুমজে। বৈষ্ণব ভক্ত খৈবিক্তা প্রার্থনা তৌজরি, মীওইবগী সদাচারবু লেংজগে। (২) হয়েং দীক্ষা তৌগনি হায়রবদি, ওসি চরা হেনগনি। শ্রীগুরুবু নীংজদুনা অহিং অদু লৈরগা নোং ঙাল্লবদা প্রাতগী তৌগদবা কর্ম্ম লোইরগা, ঈরুজদুনা অশেংবা ফী শেৎ ইনলগা, গুরু খুকমজররে। (৩) মাগী গুরুনা মচা সেবক অদুবু য়েত্তা থম্লগা, মানা লাওজরক্লিবা, প্রেমবস্তু পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা, অদুগী তুংদা সম্প্রাদায়গী চন্দন থীনবীরগনি, মতাং অসিদা চন্দনগী মগুণ থম্নদং লেংজরি। (৪) পদ্ম পুরান্দা মাগী মগুণ চাউনা লেংঙি। চন্দনগী মওং অসিবু শ্রীহরি মন্দিরনি। নাখাঙ ময় য়্যদগী শমখোং য়োবা, চন্দন ময়ায়দা ফাৎপা, দণ্ডবং তাবগী মওংনি মথক্কী শিড়িনা (৫) অদুনা মমিংবু হরি মন্দির কৌই। অদুগা মধা কর্ন্নিকাদা শনৎকুমারনা হায়রি, বানাদি মখন অহু'ম্ন, সনাখোংনাং মনা মানবা, অমস্থং রা মনা মানবা অমনা থম্বাল মনা মানবা। (৬) হরি মন্দির চন্দন অদুদা, গুরু, কৃষ্ণ বৈষ্ণব অহুম লৈ। নাতোন্দ, শ্রীগুরু, লাইবক্তা বৈষ্ণব, চন্দনগী ময়ায় অহাংবদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তি লেঙদনা লৈয়ে, অদুনা চন্দনবু শ্রীহরি মন্দির কৌবনি।

কর্ম্মবিপাকেতে কহে তিলকের গুণ।
যজ্ঞ দান তপো শার্দ্ধ ঈশ্বর সেবন॥
কপালে তিলক নহে শ্মসান কহয়ে।
রন্ধনাদি সেবাকর্ম্ম ঈশ্বর নালয়ে॥ (৭)
সর্ব্ব কর্ম্ম নষ্টহয়ে তিলক নাধরে।
আর তুলসীর মালা কণ্ঠেতে নাধরে॥
গ্রাসেগ্রাসে মলংভুক্তে জলেতে রুধির।
মরেযদি যমদণ্ডি হয়েন তাহার॥ (৮)
যজ্ঞ পবীতের গুণ অদ্ভুত কথন।
বিস্থারি বর্ণ্নিতে নারী অপটু কারণ॥
নবতন্তু নবদেব শ্রুতি তত্ত্বে কহে।
ওঁকারাগ্নি তথারুদ্র সোম বিষ্ণুরহে॥ (৯)
বরুন প্রজাপতি বায়ু শ্রীসুর্য্যতাহে।
এইসে প্রসঙ্গ শাস্ত্রে নবদেব কহে॥

ব্রহ্মার নির্ম্মিত সুত্র শাস্ত্রেতে কহয়ে।
গায়ত্রী জপিলে গুণ বহু গুণ হয়ে॥ (১০)
ব্রাহ্মণের গলে পৈতা সর্ব্ব লোকে দেখে।
সাধকের হৃদে পৈতা সদা গোপে থাকে॥
শ্রবন কীর্ত্তন স্মরণ পাদসেবন।
অর্চ্চন বন্দন দাশ্য দখ্য আত্মার্পণ॥ (১১)
নব ভক্তি নবতন্তু হৃদয়ে ধারণ।
ইহার নিগুঢ় তত্ব কেপারে বর্ন্নন॥
সুগুণ তিলক আর তুলসী কণ্ঠাহার।
শ্রীগুরু আশ্রয়ভক্তি নাহিছে যাহার॥ (১২)
এইজন সঙ্গেকরি কথার আহার।
সেইজীব নরকেতে গমন তাহারে॥
তারপরে গুরুকৃপা দীক্ষা মন্ত্র পায়ে।
শ্রীকৃষ্ণ ভজন সেবা গুরুঅজ্ঞা লয়ে॥ (১৩)

(৭) কর্ম্ম বিপাক কৌবা লাইরিক্তা হায়রি, চন্দনগী মগুণ চন্দন য়াওপ্রবদি যজ্ঞ তৌবা দান তৌবা, শ্রাদ্ধ তর্পন ঈশ্বর সেবা, পুন্নমক কান্নদে, মহৈ ফংদে, ভক্তি প্রেমসু ফংদে চন্দন য়াওদবা লাইবক্তি মোংফম্নি মানা কৎপদা ঈশ্বরনা লৌদে। (৮) তৌজবা কর্ম্ম পুন্নমক মাঙডি। অদুগা তুলসীগী মালা উরিকপু সিদনা পোৎচাবা অমসুং চাক চ'বা চখোম থুদি'গী থি চাবগুম্মী, ঈশিং থকপসু, ঈথকপগুম্মী। শিরবসু যমগী থোঙদা চঙদুনা অরাবা নংডি। (৯) (যজ্ঞ সুত্র) মুগুণ মগুন্দি অঙকপনি, পাঙদবনিনা পাক-চাউনা লেংজবা ঙমলোই, শ্রুতিদা লেংঙি, লং মচা ৯ না তিন্নগা সুগুণ কৌই, মচা ৯ অদু লাই ৯ নি ওঁকার ব্রহ্মানে, মৈনে, মহাদেব, থানে, বিষ্ণুনে। (১০) বরুন্নে, প্রজাপতিনে, নুংশিৎনে নুমিৎনে, মাপন অসিনি ব্রহ্মানা শেম্মনি, গায়ত্রী শোন্নগা মগুণ হেল্লি। (১১) ব্রাহ্মণগী লেংবান্দা মুগুণনা ঙাল্লি। সাধু বৈষ্ণবকীনা থম্মোয়দা উদনা ঙাল্লি, লং মচা ৯ দি নাম তাকবা, শোন্নবা, নীংশিংজবা শ্রীপাদ সেবা তৌজবা, পুজ তৌজবা, খুরুমজবা, মনাই ওইজবা, (সখা ভাব) ইবুঙোদা চীংনবা লৈতব, আত্মা কচ্চবা। (১২) ভক্তি মাপন অসিনা মুগুণ ওইনা ঙাল্লি। অসিগী গুণদি হায়জবা ঙম্মোই। সাধু সঙ্গী মপান্দগী ফংজগদবা ওই। মুগুণ য়াওদ্রবা চন্দন থীন্দ্রবা তুলসী মালা লিক শিদ্রবা, শ্রীগুরু আশ্রয় কৃষ্ণ ভক্তি চৎদ্রবা, শ্রীকৃষ্ণ নুংশিদ্রবা। (১৩) অদুগুম্বা মীগা রারী শাবা, চামিন্নবা মহাক অদো নোরোক তারবনি মথা অসিদা, দীক্ষা মন্ত্রগী খরদং ইজরি। শ্রীগুরু কৃপাদগী দীক্ষা মন্ত্র ফংজরে। শ্রীকৃষ্ণ

জনম সাফল হৈল কৃষ্ণসেবা পায়ে।
জনম কালেতে পিতা কৃষ্ণনাম দিয়ে॥
গুরুকৃপা দীক্ষাপাই দ্বীজন্ম হইল।
পরেগুরু প্রণালিকা ত্রিজন্ম পাইল॥ (১৪)

## দেব প্রণালিকা॥

সর্ব্বাদিক পরব্যোম নাথ নরায়ণ।
তারশিষ্য ব্রহ্মা ব্রহ্মালোকের ভুষণ॥
তারশিষ্য শ্রীনারদ ঋষি প্রেমময়।
তারশিষ্য ব্যাসমুনি শক্ত্যা বেশহয়॥ (১৫)
হইলা ব্যাসের শিষ্য শ্রীমধ্বা উদার।
কৃষ্ণভক্তি ভাষ্যকৈল মহিমা অপার॥
সেইহৈতে মাধ্বাচার্য্য সম্প্রদা কহিল।
তারশিষ্য পদ্মনাভ নাম হয়তার॥ (১৬)
তৎশিষ্য নরহরি তার শিষ্য মাধব।
তারশিষ্য শ্রীঅক্ষভ সর্ব্ব প্রেম ভাব॥
তারশিষ্য জয়তীর্থ তার জ্ঞান সিন্ধু।
তারশিষ্য বিদ্যানিধি দীন হীন বিন্ধু॥ (১৭)
মহাভক্তি বিদ্যানিধি তৎশিষ্য রাজেন্দ্র।
তারশিষ্য জয়ধর্ম্ম অদ্ভুত চরিত্র॥
শিষ্য বিষ্ণুপুরী তৎশিষ্য পুরুষত্তম।
তারশিষ্য ব্যাসতীর্থ ভক্তিসে উত্তম॥ (১৮)
তারশিষ্য লক্ষ্মীপতি প্রেমের আলয়।
তারশিষ্য মাধবেন্দ্র ভক্তি চন্দ্রোদয়॥
তারশিষ্য ঈশ্বরপুরী সর্ব্ব প্রেমতাহে।
এইসে দেবপ্রণালী গুরুজন কহে॥
কুন সম্প্রদায়ে পুছি মাধব সম্প্রদা।
ইহা না জানিয়া কেন্নি বলিকে সম্প্রদা॥ (১৯)

## নর প্রণালিকা

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু ব্রজেন্দ্র নন্দন।
স্নী কৃত রাধা ভাব কান্তি কলেবর॥
তদনুগত শ্রীলোকনাথ গোস্বামী আনন্দ মঞ্জুরী।
তদনুগত নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় চম্পক মঞ্জুরী

---

ভক্তনা সেবা গুরু কৃপাদগী য়াথং ফংজনা সেবা তৌজরে। (১৪) পোকপগী মহৈ য়াল্লে। অহানবা, পোকপা মতমদা, ইপানা কৃষ্ণ নাম পীরে। অনুদগী, দীক্ষা তৌদুনা গুরু আশ্রয় তৌজরে, অনিশুবা মপোক ওইরে। অদুদগী প্রণালিকা সখী মঞ্জুরী ফংজবদা, অহুমশুবা মপোক ফংজরে। প্রণালিকা মখন অনিনি, দেব প্রণালিকা, কৌবা অমগা, নর প্রণালিকা কৌবা অমগা। (১৫) দেব প্রণালিকা হায়জগে। পরবোাম নাথ নরানগী শিষ্যনা ব্রহ্মানি। ব্রহ্মাগী শিষ্যনা নারদনি। নারদগী শিষ্যনা ব্যাসনি। (১৬) ব্যসগী শিষ্যনা শ্রীমধ্বা চার্য্যনি কৃষ্ণ ভক্তিদা ফজমনবদগী সম্প্রদা মমিং মাগী হাক্তক্তা, মাধ্বা চার্য্য সম্প্রদা কৌখি। মাগী শিষ্যনা, পদ্ম নাভনি। (১৭) পদ্ম নাভগী শিষ্যনা নরহরিনি। নরহরিগী শিষ্যনা মাধবনি। মাধবগী শিষ্যনা অক্ষভনি। অক্ষভগী শিষ্যনা, জয় তীর্থনি জয় তীর্থগী শিষ্যনা জ্ঞান শিন্ধুনি। জ্ঞান শিন্ধুগী শিষ্যনা বিদ্যানিধিনি। (১৮) বিদ্যানিধিগী শিষ্যনা রাজেন্দ্রনি। রাজেন্দ্রগী শিষ্যনা জয় ধর্ম্মনি। জয় ধর্ম্মগী শিষ্যনা বিষ্ণুপুরীনি বিষ্ণুপুরীগী শিষ্যনা পুরুষ তোমনি। পুরুষ তোমগী শিষ্যনা ব্যাস তীর্থনী। (১৯) ব্যাস তীর্থগী শিষ্যনা লক্ষ্মী পতিনী। লক্ষ্মী পতিগী শিষ্যনা মাধবেন্দ্র পুরীনি। মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্যনা ঈশ্বর পুরীনি, অসি কাওবসিবু দেব প্রণালিকা কৌই, অসি খঙদনদি করম্বা সম্প্রদানো হংলগা

তদনুগত গঙ্গানারায়ন চক্রবর্ত্তি ঠাকুর মনি মঞ্জুরী
তদনুগত কৃষ্ণচরণ চক্রবর্ত্তি ঠাকুর আনঙ্গ মঞ্জুরী
তদনুগত কুঞ্জবিহারি চক্রবর্ত্তি ঠাকুর হরি মঞ্জুরী
তদনুগত নিধিরামাচার্য্য ঠাকুর কনক মঞ্জুরী
তদনুগত রামগোপাল বৈরাগ্য ঠাকুর গৌরমঞ্জুরী
তদনুগত নিজনিজ প্রণালি হইল ॥ (২০)
এইসে নরপ্রণালি গুরুসেবা কৈল ॥
আর কুন সম্প্রদায় জিজ্ঞাসা প্রসঙ্গ ॥
তাহা জানি সম্প্রদায় হয় বৃদ্ধি অঙ্গ ॥ (২১)
বলিয়ে কুনসম্প্রদা মাধাচার্য্যের।
কুন পরিবার কহে শ্রীনরোত্তমের ॥

আশ্রয় কুন বলি শ্রীগুরু গোষাঞি।
গতি কুন কহে যদি বৈষ্ণব গোষাঞি ॥ (২২)
কুন ধামে বলি তবে ব্রজবৃন্দাবন।
কুন আলাপয়ে রাধা কৃষ্ণ উদ্দিপণ ॥
সাধক কুন বলিয়ে সিদ্ধ দেহ হন।
সাধন কিরূপে বলি প্রেমভক্তি কন ॥ (২৩)
স্বভাব কুন বলিয়ে প্রকৃতী স্বভাব।
কুন আশ্রয়েতে কহে সখীরে কহিব।
কুনরতী বলি যদি সমর্থা কহয়।
কাহার অনুগা বলি সখী সুগা হয় ॥ (২৪)

---

খুম্বা ঙম্মোই। ঈশ্বর পুরীগী শিষ্যদি শ্রীগৌরাঙ্গনি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদগী হৌরিবা অসিদি নর প্রণালিকা কৌপ্রে। (২০) নর প্রণালিকা অসিদি অর্থ তৌজররোই, মুল অসিনা অসুম লৌবনা অফবা ওইগনি। (২১) কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভূদগী, শ্রীরাম গোপাল বৈরাগ্য য়োবা ফাও অসিগী মখাদগীদি মশা মশাগী গুরুগী মতুং ইন্দুনা, প্রণালিকা মথং মথং তাপ্রগদবনি, অদুগা মথা অসি সম্প্রদাগী ৱারী শানজনবা ইজরকে, অসি খঙলগা য়াম্না চাউখৎপা ওইগনি। (২২) কনাগুম্বনা হংলগা খুম্নবা, অমসুং ঐনা চচ্চগদবা সম্প্রদায় কয়াগী মনুঙদা করম্বা সম্প্রদায়নো হংলগা মাধব চার্য্যনি খুমগনি। করম্বা ( পরিবার ) মরি-মতা সবন্ধি কনানো হংলগা নরোত্তম পরিবারনি খুমগনি। করম্বা ( আশ্রয় ) চঙজফম কনাদনো হংলগা, দীক্ষা শিক্ষা পীদুনা রাধা গোবিন্দগী সেবা ফংহল্লিবা শ্রীগুরু গোষাঞিদা আশ্রয় ওইজগনি। করম্বা ( গতি ) শাজৎনো, করি চৎকদগে হংলগা রাধা গোবিন্দগী নাম শোল্লিবা অমসুং সেবা চৎচরিবা বৈষ্ণব গোষাঞিগী মচৎ চৎচগনি। (২৩) করম্বা ( ধামদা ) হায়বদি, করম্ব মফমদা লৈগদগে হংলবদি শ্রীধাম নবদ্বীপ, অদুগা শ্রীবৃন্দাবন্দা, ঐগী কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা করম্বদা লৈরবসু পুক্লিংনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈগদবনি। মীওইবনা করম্বা ( আলাপয়ে ) ৱারী শানগদগে হংলগা ঐগী থম্মোয়দা শ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রেম সেবা পামজনবা আলাপ ৱারী শাজগনি। মীওইবনা করম্বা ( সাধক ) শেমগৎ শাগৎচগদগে হংলগা কর্ম্ম ক্ষেত্রদা লৈরিবা পঞ্চভূতগী হায়বদি ভৌতিক দেহদগী ৱাংমা লাল্লগা সাধক দেহ তানবা, অদুদগী সাধক দেহদগী ভাবনা মথি সিদ্ধদেহ তানবা অদুগুম্বা সাধক তাজগনি। করম্বা ( সাধন ) শেমজ-শাজগদগে হংলগা শ্রীরাধা গোবিন্দদা করিগুম্বা অমতং কৎচবদা মিৎতগী পি তাজবা ঙম্নবা প্রেম ভক্তিগী সাধন তৌজগনি। (২৪) করম্বা ( স্বভাব ) শাজৎনা করি চৎকদগে হংলগা, মহাসতী ওইবী সুপীনা মাগী মপুরোইবা মবুঙোশবু কাউবা লৈতনা নীংজবা, অদুম্বা প্রকৃতিগী স্বভাব ওইজগনি।

কাহারাও পাত্রহয় মঞ্জুরী বলিবে।
কিমন্ত্র বলিলে যদি যুগল কহিবে॥
কুনসেবা করি বলি অষ্টকালসেবা।
আলাপে ভজনে এই যতনে রাখিবা॥ (২৫)
শ্রীচৈতন্যা কুনরূপে নামের স্বরূপ।
বৈষ্ণব গোষাঞিরূপ শ্রীগৌরাঙ্গরূপ॥
হরিনাম কুনরূপ নিত্যাই স্বরূপ।
মন্ত্ররূপ রাধার বলি নিত্য স্বরূপ॥ (২৬)
শ্রীগুরুতে কুনভাবে সেবাই ভাবেণ
শ্রীকৃষ্ণেতে কুনভাব নিজ আত্মার্পণ॥
শ্রীমতীকে কুনভাবে প্রাণাধিকে ভাবে।
আলাপে ভজনে এই যতনে রাখিবে॥ (২৭)

(আত্মা সমর্পণ ভক্তি)

ক্ষিতী অপ তেজ বায়ু আকাশ পঞ্চম।
সব্দ, স্পর্শ রূপ, রস, গন্ধ এ পঞ্চম॥
প্রাণ অপাণ সমান উদাণ ব্যানয়।
নাগ কূর্ম্ম কৃক দেবদত্ত ধনঞ্জয়॥ (২৮)
মন বুদ্ধি চিত্ত অহঙ্কার সেচত্বার।
এই চতুবিংশ নাম মহত্তত্ত তার॥
এইদেহ গৃহমধ্যে জীবসে রহয়।
সেইজীব রক্ষালাগি পরমাত্মা রয়॥ (২৯)

---

করম্বা (আশ্রয়) কনাদা চঙজগদগে হংলগা গুরুরূপা সখীদা আশ্রয় চঙজগদবনি, খুরুমজগনি। করম্বা (রতি) হায়বদি, পামজবা হংলগা (সমর্থা রতি) ঐগী কাম্নবা অমসুং মুংঙাইনবা খন্দবা, ইবুঙোগী মুংঙাইনবা অমসুং পেম্নবদা খঞবা সমর্থা রতি ওইজগনি। অদুগা করম্বা (অনুগা) কনাগী তুং ইঞ্জগদগে, হংলগা শ্রীমতী রাধিকা ইবেম্মগী চান্নরবী সখীগী তুং ইঞ্জগনি, সখী অনুগানি খুমজগনি। (২৫) কনাগী পাত্রনো হংলগা মঞ্জুরীগী পাত্রনি খুমজগনি। মন্ত্র হায়বসি কয়ানি, করম্বা মন্ত্র সেবা ওইবগে হংলগা, শ্রীরাধাগোবিন্দগী যুগোল মন্ত্র সেবা ওইজৈ খুমগনি। করি সেবা ওইরিবগে হংলগা, শ্রীরাধা গোবিন্দগী অষ্টকাল কাল ৮ গী সেবা ওইজনি খুমগনি। ঐনসু অসুম চৎচগনি, হংবদসু অসুম খুমগনি। (২৬) শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা, করম্বা স্বরূপো হংলগা, হরিনামগী স্বরূপনি খুমগনি। শ্রীগৌরাঙ্গনা করি রূপনো হংলগা, বৈষ্ণব গোষাঞিগী রূপনি খুমগনি, হরিনামনা করম্বা রূপনো হংলগা, শ্রীনিত্যানন্দগী স্বরূপনি খুমগনি। অদুগা মন্ত্রনা করি রূপনো হংলগা, শ্রীমতী রাধিকাগা ইবেম্মগী নিত্য স্বরূপনি খুমজগনি। (২৭) শ্রীগুরুদা করম্বা ভাব, সেবাগী ভাবনি। শ্রীকৃষ্ণদা করম্বা ভাব, ঐগী আত্মা কৎকমনি। শ্রীমতী ইবেম্মদনা করিভাব, ঐগী প্রান্দগী হেনবনি খনগনি। বারী শাবদা অমসুং ঐগী ভজন্দা অসুম্না পুজগনি। (২৮) মখা অসিদা মীওইবগী আত্মা সমর্পণ কৌবা ভক্তি। জন্মগী অরোইবা ভক্তিগী খরদং লেংজরি। মীওইবগী হকচাং অসে মহতত্ত্ব ২৪ না পুই। কনা কনানো, আকাশদগী খরায় ১। মুশিত্তগী খরায় ১। মৈদগী খরায় ১। ঈশিংদগী খরায় ১। খরায় ৫ হায়বসি অসিনী। তন্মাত্র ৫ গা। সব্দনে, স্পর্শনে, রূপনে রসনে গন্ধনে, মঙাসিগা অনি তিন্নগা (১০) শুরে। অদুদগী মুশিং ১০ গা। প্রাননে, অপাননে, সমাননে, উদানে, ব্যান্নে, নাগনে। (২৯) কর্ম্মনে, কৃকরনে, দেবদত্তনে, ধনঞ্জয়নে, মুংশিং তরাসিগা।

এইদেহ পঞ্চভৌতি মায়াতে সৃজণ।
ইহা সঙ্গে আত্মার্পণ নহে কদাচন॥
আত্মাপর্ণ কালে ইহা কাহাতে রাখিয়ে।
আত্মার্পণ এইভক্তি সাধুসঙ্গে পায়ে॥ (৩০)
শ্রীগুরুর কৃপাবিনে বুঝিতে নারিবে।
মোর শক্তি নাহি পারি এই গুঢ় ভাবে॥
সম্প্রদায় বহুবিধ অনেক প্রকার।
তাসভার মধ্যেরহে মাধবা চার্যোর॥ (৩১)
এই সম্প্রদায় কথা কিছু মাত্র লিখি।
অগাধ সমুদ্রে যেণ কাহা পারি লিখি॥
অপরাধ নালইবে বৈষ্ণব সুজণ।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ কিছু লিখি গুণ॥ (৩২)

( ইতি সদাচার গ্রন্থের দীক্ষা কাণ্ড প্রথম প্রকরনং )

---

যোয়ে, বুঝিনে, চিৎনে অহঙ্কারনে মরি অসিগা মহতত্ত্ব ২৪ অসিনা মীওইবগী হকচাং শাই, অদুগী মনুঙদা জীবনা চঙলগা লৈ. জীবদু ভারুবগীদমক পরমাত্মানা চঙদুনা লৈ। (৩০) হায়রিবা মহতত্ত্ব ২৪ অসিদি ময়ানা শেম্বনি, ময়াশিং অসিগা তিম্ননা আত্মার্পন ভক্তি য়াদে। অদুদি মথোয় অসি কদায়দা থমগদগে, অসিগী মরমদি সাধু সঙ্গদা লৈখ্রে, ইজবা ঙমজদ্রে। (৩১) শ্রীগুরুদেবগী কৃপা লৈবনা খঙলশনু, ননাইগী শক্তিনা ঙমজদ্রে। সম্প্রদায় মথন কয়ানি অদুগী মরক্তগী মাধবা চার্য্য কৌবা সম্প্রদায়গী ৱারী অসিনী। (৩২) ঙমজবা খরদং ইজবনি, মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগুম্বনি, লোইবা ঙম্বা নত্তে, সাধু বৈষ্ণব খৈবিক্না অপরাধ দোষ লৌবিগনু, ননাই তোল্লবনা হন্না হন্না খুরুমজরি।
মতাং অসিদা সদাচার কৌবা লাইরিকী শিক্ষাদীক্ষাগী
অহানবা কাণ্ডগী ৱারী লোইজরে।

---

## দ্বিতীয় কাণ্ড
### ( লক্ষ্মী পুজা )

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয়নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ॥
সকল বৈষ্ণব পাদে করি নিবেদন।
মানবের লক্ষ্মীপুজা করিবে বর্ণন॥ (১)
কমলার সহ হরি মলয় পর্ব্বতে।
উপনীত একদিন ভ্রমিতে ভ্রমিতে॥
নিঝরিনী তীরে রম্য বেদী পরে বসি।
কৌতুকেতে নরায়ণ কন মৃদু হাসি॥ (২)

---

(১) শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী নিত্যানন্দ প্রভুগী অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত খৈবিক্কী চরন্দা খুরুমজে। বৈষ্ণব খৈবিক্কী চরন্দা হায়জরি, মীওইবগী মরু ওইবা লক্ষ্মী পুজাগী মরম খরদং ইজরি। (২) লক্ষ্মী নরায়ণ অনিনা, বন বিহার লাকপদা, সন-চৌংগী, চৌংদোন্দা গঙ্গা চেল্লিবা অদুগী মপান্দা

বলমোরে প্রানেশ্বরী সত্ব বিবরণ।
অচলা রূপেতে থাক কাহার ভুবন॥
চঞ্চলা তোমারনাম জগতে প্রকাশ।
কহ কিসে অচঞ্চলা হয়ে কর বাস॥ (৩)
লক্ষ্মীকন মৃদুহাসি শুণ নরায়ণ।
নাবুঝে আমার নিন্দা করে নরগন॥
নায়ক নায়িকা দুই গৃহস্থের ধর্ম্ম।
আগে আমি পুরুষের কহিবেক কর্ম্ম॥ (৪)
ইন্দ্রিয় বিজয় করি হয়া সেইধীর।
ভক্তি বিনয়েতে যার ভুষিত শরীর॥
গর্ব্বহীন সকলের প্রিয় নরঞ্জন।
পুষ্প আদি দ্রব্য প্রাপ্তি ঈশ্বর পুজণ। (৫)
যেকরে সকলে তুষ্ট সুমিষ্ট বচন।
বৃদ্ধের বচনে যেবা হয় শ্রর্দ্ধাবান॥

সদা শুদ্ধদেহ পরে নির্ম্মল বসন।
পরিমিত ভোজ্য দ্রব্য করেযে ভোজন॥ (৬)
পরস্ত্রীর প্রতি যার মন নাহি ধায়।
বিবস্ত্র হইয়া নিদ্রা কভু নাহি যায়॥
পর্ব্বদিনে নাহিকরে নারী সহ বাস।
অচিরে দারিদ্র দুঃখ করি তার নাশ॥ (৭)
তাহার স্থানেতে আমি সহ বাস করি।
কোন কালে সেই জন নহে দুঃখ ভারি॥
শুনপ্রভু দয়াময় কুপুরুষের কথা।
তাহা সঙ্গে কুনকালে নাহিক সর্ব্বথা॥ (৮)
আপনা রমনি ছাড়ি বেশ্যা বাড়ীথাকে।
মাতা পিতা স্নেহ ভক্তি নাহিক তাহাকে॥
তার দোষে নারীবুদ্ধি নষ্ট হয়েযায়।
ঘর অন্নছাড়ি যারা বৃথা দ্রব্যখায়॥ (৯)

ফজরবা সনাগী পুং মথক্তা পোথাই। য়াম্না হরাওনা নোক্তুনা লক্ষ্মী য়েংদুনা হায়রে। (৩) হে লক্ষ্মী দেবী ঙসিদি অচেৎপা, অরুবা রারী খরা হঙ্গে, করম্বা ননাইগী ময়ুমদা নপুক্লিং তানা হরাওনা লেঙদনা লৈবগে। নংবু ঐগী মুংশিরবা ইনাইশিংনা মহাচালাক ওইবী, ওক্তবী মুপীগুম্মী, ঙাইহাক্তা তুমিন্না লেঙদনা লৈতে হায়দুনা থীনা ঙাঙনৈ। (৪) মবুংঙোগী রা তাবদা, লক্ষ্মীনা নোক্তুনা হঙ্গংলি। হে প্রভু মাগী মাগী মচত্তি য়েংদনা ঐবুদা থীনা হায়বনি। মুপা মুপী অনি পুন্না লৈববু গৃহী কৌই। মখোয় অনিগী শাক্তং তোঙান-তোঙাননা হায়গে, অহানবা শাক্তং ফজবা মুপাগী শাক্তং হান্না হঙ্গংকে। (৫) মশাগী ইন্দ্রিবু রারকচবা ঙমজবা, ভক্তি বিনয়নচিংবনা মশাদা লৈতেংজবা, নাপন অরাংবা লৈতবা, রাঙাঙ ফজবা, মীপুম খুদিংগা মুংশিনবা, করিগুম্বা হৈ লৈনচি বা অফংবা অদু ইবুঙোদা কৎলগা চাবা। (৬) মাগী রাঙাঙ ফজবা অদুনা, মী পুম্নমক্তা মুংশিবা, মথক থোংবা অহন্না গুরুজন্না তাকপা, থাক্তনা সোবা, মশা মোত্তবা, শুদবা অমোৎপা কি শেত্তবা, চাবদা, চাং নাইনা চাবা থকপা। (৭) মীগী মপুরোইবা লৈবী মুপীদা মীৎয়েং নত্তবা য়েং-দবা তুম্বদা, মফি থাদোক্তবা, (পর্ব্বদিন) ঈশ্বরগী জন্ম-কর্ম্মদিন্দা মাগী রমনিগী সেবা লোদবা, মবুঙোবু কাউদবা শুপাদো মাগী লাইরবা লাইয়ুং অদু ইলায় লায়না কোক্কনি। (৮) মানা লৈবা মকম অদুদা ঐনা লৈদুনা ইচা ইনাই ওইবা মাগী ফনবা হোৎনৈ, অদুনা করিগুম্বদা রারোই তাবিয়ু, ইবুঙো দয়াময়, অসুম্বা শাক্তং ফজবা মুপা অসিগী রারীনি অদু নত্তবা য়াম্না ফত্তবা মুপা মাবু উবদা, ঐনা হৌদুনা চেনবা অমসুং লোৎপা উনিংদবা। (৯) মাগী ধর্ম্ম কায়জদ্রবী মুপীবু

পরদ্রব্যর হরে আর হরে ন্যাপ্য ধন।
রজঃস্বলা স্ত্রীতে যেবা করয়ে গমন ॥
অতিথি বিমুখ যেবা করে কটু বাক্যে।
বুকে হস্তদিয়া যেবা নিদ্রাযায় সুখে ॥ (১০)
নাপিতের গৃহে গিয়া ক্ষৌর যে করয়ে।
সর্ব্ব কাল দুঃখ কষ্ট মলিনতা হয়ে ॥
লক্ষ্মী কহে শুন প্রভু প্রার্থনা আমার।
মানবা সকলে আমি দেই সুমঙ্গল ॥ (১১)
রাজ লক্ষ্মী হয়া আমি স্বর্ণরূপ্য দিল।
ভাগ্য লক্ষ্মী হয়া আমি সুমঙ্গল দিল ॥
যশো লক্ষ্মী হয়া আমি যশ কৃত্তি দান।
কুল লক্ষ্মী হয়া আমি শুভ জাতিদেন ॥ (১২)
মহালক্ষ্মী হয়াআমি দারিদ্র নাশন।
ঈশ্বর ভজন কিম্বা পুত্রাদি পালন ॥
আমা বিনা ত্রিজগতে কি আসে তাহারা।
আমা নাজানিয়া জীব গর্ব্বকরে যায়া ॥ (১৩)
এইলাগি দুঃখিহয় না স্নেহ যাহায়।
মাতা পিতা হয়া আমি সর্ব্বদা রক্ষয় ॥
গৃহস্তের ধর্ম্মমুল নারীর লক্ষণ।
নারীর আচার এবে করহ শ্রবণ ॥ (১৪)

থাদোক্নুনা ওক্রবী মুপীগী য়ুমদা লৈবা। মমা মপাবু মুংশিবা খঙদবা, ঈশ্বরনী নীংদবা মুপা অদুগী দোষনা, মাগী ধর্ম্ম কায়ত্রবী মুপীদো, মবুদ্ধিমু মাংঙি, মশামু মাঙহল্লি, অদুগা মানা তানজবা মরন্দু কায়নীংদদুনা চাক্নি-ক্নিনীদুনা চাবা। (১০) মীগী মপোক্তা পাম্বা, করিগুম্বা, সংকল্প তৌদুনা ঈশ্বরগী পূজাগী থম্বা পোৎ হুরানবা। মুমিৎ, থা থুরুমবা য়াদবা, মুপী মশা শেংদবীগা হিপমিন-চামিন্নবা, অতিথি ভিক্ষা লাকপা মীদা, রাহৈ অনাবা হায়দুনা তাম্থোকপা। অহিং তুম্বদা মবুক্তা মখুৎ থমদুনা তুম্বা। (১১) নাপেৎকী ময়ুমদা চত্তুনা শম ককপা, অমুম্বা মচৎ নাইদবা মুপাশিং অসিনা লৈবা, ময়ুমদা ঐনা চঙদে, মতম পুম্নমক্তা অরাবা ওইগদবনি। লক্ষ্মীনা হে প্রভু ননাইনা হায়জবা তাবিয়ু, মীওইবা খৈবিক্তা মতম পুম্নমক্তা মখোয়বু ফননবা মঙ্গলবু ঐনা পী। (১২) রাজ লক্ষ্মী হায়বা মশক ওইদুনা, মীওইবগী য়ুমদা চঙঙি মখোয়না ঐবু পুজা তৌজরগা সনা, লুপা, মণি-মুক্তানচিংবা, হী-য়াই পীনৈ। অনিশুবদা, ভাগ্য লক্ষ্মী হায়বা মশক ওইদুনা চঙঙি, ঐবু পুজা তৌজরগা, মানা তৌরু তৌরুবা থবক পুম্নমক্তা মমায় পাকপা মঙ্গল ওইবা পীনৈ। অহুমশুবদা যশ লক্ষ্মীগী মশক ওইদুনা ঐনা চঙঙি, ঐবু পুজা তৌজরগা, পুংদা, ঈশৈদা, লাইরিক্তা, ইনাক খুনবদা মমিং চাউনা চৎপা পীনৈ। মরিশুবদা লক্ষ্মী কৌদুনা চঙঙি, ঐবু পুজা তৌজরগা মাগী শাগৈ, মচা, মশু, মরূপ-মপাংনচিংবা পীদুনা লৈরিক লৈরাক থম্না পানহল্লি। (১৩) মঙাশুবদা মহালক্ষ্মী ওইদুনা ঐনা চঙঙি, ঐবু লুনা পুজা তৌজরগা লাইরবা হায়বা লাইথুং অদু কোকহনলি। হে প্রভূ মীওইবনা, ঈশ্বর নীংবা, মচা-মশূ য়োকপা, ময়ুম-মকৈ শাবা, মুংঙাইনা পাল্লিবা, পুম্নমক অসে ঐনা পীবা ওাক্তনি, অদুদা ঐবুনি হুন্দোক্নগা নাপন তৌদুনা মাননি হায়রে। (১৪) ঐবু থওইদবগী রাবনি, মুংশিরুগমু ইবুঙো, মমা, মপা ওইরিবা ঐবু থওইদবদগী রাজবনি। ঐদি করম্বা কান্দা মুংশিবা অমা, মুংশিদবা লৈতে, মখোয়না ঐবু মুংশিদবদনি, অদুগা য়ুম পানবগী

সেই নারী ভক্তিভাবে সেবে গুরুজন।
স্বামী পদে মতিযার ঈশ্বর সমান॥
স্বামী সেবা করি করে প্রসাদ ভক্ষন।
কভু না লঙ্ঘন করে পতির বচন॥ (১৫)
আনন্দে তাহার গৃহে থাকি সর্ব্বক্ষণ।
তার সঙ্গে আমিরহি কভুনা ছারেন॥
শান্ত নম্র অতিধীর স্বভাব যাহার।
স্বামী অগ্রে কোনবস্তু না করে আহার॥ (১৬)
যেই নারী অতিথিরে করয়ে যতন।
গোধনে করয়ে যেবা বিষ্ণু সম জ্ঞান॥
প্রাতকালে ছড়াঝাঁট ফাঁঝে দেয় বাতি।
অন্য সহ কহেবাক্য মধুর ভারতি॥ (১৭)

রাগ কিম্বা অহঙ্কার যার নাহি হয়।
শুদ্ধাচারী হয় সদা মিষ্ট বাক্য কয়॥
ত্রি সন্ধ্যাতে ধুপ দীপ করয়ে সেবন।
গুরুবারে মোরলাগি যেকরে পুজন॥ (১৮)
সেইনারী শুদ্ধাচারি সর্ব্বগুণ বতী।
তাহারাই সঙ্গে আমি সদাই বসতি॥
আর কুলক্ষন্য নারী কথার প্রসঙ্গ।
অসুদ্ধা আচারি নারী আমি নাহি সঙ্গ॥ (১৯)
বহু ভোজন করে আর করয়ে ঝগড়া।
ভোর বেলা নাহি উঠে সদা কেশছলড়া॥
দিবা নিদ্রা করে সন্ধ্যায় কেশ সংস্কারে।
বাসিমুখে রহে আর বাসিবস্ত্র পরে॥ (২০)

---

মরুদি সুপীনি, সুপীগী শাজত্ হায়জগে তাবিয়ু। (১৫) মবুক তপ্পি সুপীনা মুরুক্কবগা লোয়ননা গুরুজন সেবা তৌরিবী। মাগী মবুংঙো মপুরোইববু ঈশ্বরগুম সেবা তৌরিবী, মপুরোইবগী চানবা সেবা তৌগ্রগা অরেম্বা অচ্চ চারিবী। মবুংঙোনা হায়ববু করিগুম্বদা, হিক্তোক্তবী লমহেন্দবী। (১৬) মাগী লৈজবা খরা অদুনা তরু তহেন তৌদুনা, ইমুং মাঙ্গোল, তনান-তনান তৌদুনা, মুংশুক মুংজানদনা, অরৈ পৈত নাইদনা হরাওনা লৈবা মীদো মাগী য়ুমদা লক্ষ্মী ঐনা লৈয়ে। মরু লুক্না চৎপী, রাঙাও ফজবী, মপুরোইবা য়াওদনা অহাও-অগুম চাদবী। (১৭) ময়ুমদা লাকপা অতিথ ভিক্ষা লাকপবু লুনা তৌবী, যণ ব্রাহ্মণ অশোন-অনাবু য়োকপি, মুমিৎ থোক্তিরৈঙদা হৌদুনা, রাইশিৎ লমশেংলগা ধুপ থাউমৈ কৎলিবী মশানা খৎনবা পামদবী মীনা হৌরবস্তু য়াদবী, রাঙাও ফজবী। (১৮) অনৌ-অনৌবা পামদবী, মঙক মরু হায়দুনা নাপন ইরাং চত্তবী মপুক শেংবী, রাঙাও ঈংবী, সন্ধ্যা অহুমদা ধুপ থাউমৈ অতৎপা অকাংবা নাইদনা কৎলিবী, শগোলশেন্দা লক্ষ্মী ঐবু পুজা তৌরিবী। (১৯) শাজত্ ফজবী মশাগী মগুণ ঙাক্নুনা চৎপী, ইমা-ইপাগী, ইপুরোইবগী, মগুণ ঙাকনা চৎপী অসুদ্ধী লক্ষণ ফজবীগী মনাক্তা, মানা লৈবা জগাদা মাবু য়োক্লবা ঐনা লৈয়ে হে প্রভু, অদুগা অসি নত্তবা লক্ষণ ফত্তবী সুপী, ঐনা মনাক্তা চঙদবী, ওক্তবী সুপীগী রা হজৎচগে তাবিয়ু। (২০) য়ুমগী নুপী অদুনা চারগা লোইরে হায়দুনা চানবদা লাঙবী, রাঙাও খুদিং শৌ-শৌ লাউবী মীগা খৎনগনবী, মুমিৎ থোক্লগা য়াহৌবী, য়াহৌবদা মকোক্কী মশম থাদোক্কনবী, মুংথিন্দা তুমগনবী, সন্ধ্যাদা, অহিংদা মশম হাৎপী, ফি শুদনা শেৎপী, মুমিৎ চুপ্পা

পতিত্যাজি যেইনারী ভজে উপপতি।
এলোচুলে থাকেসদা খুঁড়ে নখে ক্ষিতি॥
স্খলিত বসনে রহে লজ্জা পরিহরি।
বিবসনা হয়েকরে শয়ন যেনারী॥ (২১)
গুরুজনে হেরিলজ্জা কখন নাকরে।
আত্মীয় বন্ধুরসহ কলহ যেকরে॥
স্বামীর আহার পুর্ব্বে আপনি যেথায়।
পায় পায় হেটে যায় এলো চুলে রয়॥ (২২)
আধিক আহারী হয় সেই নারী জন।
যেইনারী স্বীয় স্বামী করয়ে সেবন॥
সন্ধ্যাকালে গৃহছাড়ি যেই নারী যায়।
আর যেবা নারীহয়ে কলহে রাগয়॥ (২৩)
পতি নিন্দা করেযেই অন্যে বলে ভাল।
পতি প্রতি যেনারীর মনে ঘৃনা হৈল॥

ইহা সঙ্গে কভুআমি রহিতে না পারি।
আর নরনারী রিতি শুন নরহরি॥ (২০)
শৌচেতে অসুদ্ধ যেবা হেলার কারনে।
পথেতে যাইতে যেবা বস্তুর ভক্ষনে॥
নখে তৃন কাটাকাটি ভুমিতে লিখন।
ত্রি সন্ধ্যাশয়নে মনে আশঙ্কা করেন॥ (২৫)
মুখ উখারিয়া হাসি বিবস্ত্র শয়ন।
অঙ্গে যার আরবুক্ষে মৃদঙ্গ বাদন॥
আর মুলকথা কহি শুন নরায়ন।
ইহাব স্থানেতে কভু নাকরি গমন॥ ২৬)
মৃগয়া মদিরাপান পাশা নিতম্বিনী।
এ চারিতে আসাজীব অলক্ষী সঙ্গিণী॥
তার কাসে কভুআমি নয়ন নাদেখি।
ইহাদেখি ভয়েমুঞিও মুদিলেন আখি॥ (২৭)

---

চিন্তা পুবী। (২১) মপুরোইবা হন্দোক্তুনা অতোপ্পা মুপাবু শুনা তোবী। মশম থাদোক্তুনা খুংক কে য়বী, খুজিম্মা লয়ি ইগনবী, মাফ কোমবী, মীনা, মমান্নবনা, থিনা হায়বদা ইকায়দবী। (২২) অহন লমন্দা ব্যবহার লৈতবী মচৈ মকু উরগা মকোক থাদোকপী, মকপ মপাং থীদনা খৎনগনবী, মপুরোইবনা চ দ্রিষ্টৈদা মানা হান্না চাবা, মানা হিপকদবা কাংথোন্দা ফমুংদা ফম্নগা মশম থাদোক্লগা মখোঙ অনি তক্লবা। (২৩) ময়া কাহুনা চখোম্ হুকপা, চাবদা মখোন থোকপা, চানবদা হোৎনবা। মানা সেবা তৌজগদবা মপুরোইববু সেবা তৌহনবা সন্ধ্যাকান্দা মযুম থাদোক্তুনা লৈকাই কোয়বা, মতম পুম্নমক্তা খুঃ খুঃ কামবা, মীগা খৎনগনবা। ২৪) মপুরোইববু থীনা হায়বা, মাবু ফক্তে হায়রগা, অতোপ্পা মুপাবু থাগৎপা। অদুগা মপুরোইববু তুক্কচবা, হঙ্গোয়বা পোকপ. মবুক থোইবা মানা মফরে হায়দুনা নাপন কাবা মখোয়শিং অসিগা লোইনদুনা লক্ষ্মী ঐনা লৈজবা ঙমজদে। অদুগা, মুপা মুপী অনিগী শাক্তৎ হায়জগে প্রভু। (২৫) হকচাং শেংবদা, থওইদদুনা তক্ল তহেন্না লুনা শেংদবা মুপা মুপী। লম্বী চৎপদা, অচাপোৎ চাদুনা চৎপা মখুন, খুজিম্মা নাপী ককপা, নাপী ফোইদুনা শাম্নগনবা, মুমিৎ খুদিং লৈপাক্তা লৈয়ি ইগনবা। সন্ধ্যা ৩ দা, অযুক্কী সন্ধ্যাদা। মুমিৎ য়ুংবগী সন্ধ্যাদা মুমিৎ তারকপগী সন্ধ্যাদা, অহুম অসিদা তুমগনবা। (২৬) নোকপদা মরাং কায়না ময়া কাদুনা নোকপা, ফি য়াওদনা তুম্বা। মশাদা, উদা ময়াই কাদুনা পুং যৈগনবা। অসুম্বা মুপা মুপীগী মনাক্তা লক্ষ্মী ঐ চণ্ডদে, অসিদগী হেনবা মরম অমগা হঙ্গৎকে প্রভু। (২৭) লক্ষ্মী ঐগা তিম্নবা য়াদবা মখন মরি হঙ্গৎগে প্রভু, অহানবা ( মৃগয়া ) শাতানবা, অর্থাৎ মাগী অর্থদি জীব

যে গৃহীর গৃহে তুলসী বৃক্ষ না থাকয়।
শ্মশান সদৃশ তার গৃহে যে নিশ্চয়॥
মস কুম্ভ মদ্যকুম্ভ উচ্ছিষ্ট রাখয়।
পাদোদক দুর্গন্ধিত মুত্রাদি রহয়॥ (২৮)

ত্রিসন্ধ্যাতে অগ্নিকভু নাদিবে কাহারে।
আর যে হরিদ্রার না দিবে রাত্রি কালে॥
রাত্রিকালে দধিঅন্ন কদাচ না খাবে।
গুরুবারে মসমাংস কখন না খাবে॥ (২৯)

মোরদিনে কুনকালে উকুন না মারে।
মসভাজা খইভাজা কমনা না করে॥

ইত্যাদিক অত্যাচার সকল কাটিয়া।
দম্ভ দর্প গর্ব্বাদিক নাহি তার হিয়া॥ (৩০)

নায়ক নায়িকা দুই একমতি হয়া।
যাহার গৃহের অন্ত বহিসে লেপিয়া॥
ত্রিসন্ধ্যাতে গোল কলহাদি নাকরিয়া।
ধুপ দ্বীপ দানকরি ঈশ্বর পুজিয়া॥ (৩১)

প্র‌্তি গুরুবারে প্রভু আমার পুজিয়ে।
সেই স্থানে আমি রহি শুন দয়াময়ে॥
লক্ষ্মীর বচন শুণি কয়ে নরায়ণ।
অবুদ্ধ বালক মায়ে দোষ না লয়েণ॥ (৩২)

---

হিংসাদা থরায় চঙবা। অনিশুবা (মদিরাপান) মদ্যপান তৌবা অর্থাৎ, ময়ায় কাবা পোত্তা পাম্বা শীজিন্নবা। অহুমশুবদা (পাশাখেলা) চৌবোড় .শান্নব অর্থাৎ জুরার শান্নবদা মথরায় চঙগ্রবা। মরিশুবদা (নি'শ্নিনীদা) ময়ীদা ওক্কবা, মবুক বারকপা ঙমদবা, মুপা অমস্তুং মুপী। মরি অসিদি ননাই লক্ষ্মীনা চঙদে, অলক্ষ্মীগা লৈমিন্নখ্রে, মাবু উগনি হায়দুনা মিৎ উক্তাশল্লি ঐনা। (২৮) লক্ষ্মীনা হঙ্গৎলি প্রভু। মীওইবগী তৌজগদবা হায়জগে, মাগী শুমা দা তুলসী থাগদবনি। তুলসী হৌদ্রবা স্নমাংদো মী শিরগা যজ্ঞ তৌফম, মো'ফমগুম্বনি, অদুগা মাগী ময়ুমদা, ঙায়োকপা চফূ, য়ু থরুং মনম নমথীবা হাপ্না পা৫; মানা চাবগী লুখাক, মখোং হাম্বগী খোঙজুম, থী, য়ুংনচিংবা, ইমুংদা থমফদে। (২৯) অদুগা সন্ধ্যা অহুমদা মীঙোন্দা, অতোপ্পা য়ুমদা মৈ পীফদে। অহিংদা য়াইঙং পীফদে। অহিংদা শঙ্গোম অফম্বা চাফদে শগোলশেন্দা শা, ঙা, জীবহাৎফদে, চাবা য়াদে। (৩০) শগোলশেল মুমিত্তা মকোক্কী হিক ফাফদে. ঙা ঙৌবা. চেং কবোক ঙৌবা, ফৌ ঙৌবা, কবোক পোকপা কব্রিগুম্বদা তৌফদে। মসি পুন্নমক অসিবু তৌরবদি অত্যাচার ফজদবা মচৎ কৌই। চৎলোইদবনি। মশাদা অৱাংবা, নাপন থাদোক্কদবনি। (৩১) গৃহি চৎলিবা মুপা অমস্তুং মুপী মখোয় অনিনা পুকচেন খোইজেন ভিন্নবা লৈমিন্নবা, মাগী ইমুং মাঙ্গোল. স্নমাং থেলোংনচিংবা য়েন্নখা-লুখা তরু ভহেন তৌদুনা. সন্ধ্যা অহুমদা ধুপ থাউমৈ কত্তুনা ঈশ্বর সেবা তৌজরিবা। (৩২) শগোলশেল থুদিংদা মানা ঙমজবনা পুজা কৎচরীবা মফম অদুদা, ননাই লক্ষ্মীনা লেংদনা লৈয়ে মাবু কদায়দা অৱা অনা ফংগদগে হায়দুনা কুপ্না শেমৈ, রারী অসি শ্রীনরান্দা লক্ষ্মীনা হঙ্গৎখি। লক্ষ্মীগী ভক্তিগী ৱাঙাঙ তাবদা মবুংঙো শ্রীনরাণনা হায়রে, হে লক্ষ্মী অঙাং অপঙবা জ্ঞান লৈতববু মমানা ইচা অপঙবনি হায়দুনা দোষ লৌবিদবগুম।

আমার বচনে তুমি পাল জীবগণ।
এহি বলি দুইজন করিলা গমন॥
লক্ষ্মীর চরিত্র কথা লিখি মঙ্গিসিংহ।
দোষ গুণ কর্ম্ম যত বৈষ্ণব ক্ষমহ॥ (৩৩)

(ইতি সদাচার গ্রন্থের লক্ষ্মী পূজা সেবা দ্বীতীয় কাণ্ড প্রকরণ সমাপ্তম॥

(৩৩) ঐগী রা অসি লৌদুনা, অপঙবা নচা-ননাই খৈবিকপু য়োকপিগদবনি তাকপিখি। অদুদগী (স্বধাম) শ্রীবৈকুণ্ঠদা লেংখি। জগৎ মাতা লক্ষ্মীগী গুণ খরদং তোল্লবা মঙ্গিসিংহনা লেংহৈ, দোষ গুণ খৈবিক বৈষ্ণব খৈবিক্না ঙাকপিয়ু।

সদাচার কৌবা লাইরিক্কী লক্ষ্মীগী পূজা সেবাগী অনিশুবা
কাণ্ডগী রারী লোইজরে॥

---

## শ্রীলক্ষ্মীনা শুভঙ্কবা খরদং ইঙ্গি

*অহিংদা ইমুংদা লুখাক থম্বা। খোঙজুম থম্বা। ঙা য়োকপা, রাইতৈ চক্, স্বরা থম্বা চিংহি চফু থম্বা. কাংখ মোৎপা, রাই তৈদবা, রাই চাইবা, রাই শিৎচিন্দনা নুমিদাং তুম্বা, ইমুং অদু লক্ষ্মী ঐনা চঙদে॥ মতম পুম্নমক্তা; রাই শিত্তোকপা লোইরগা ঈশিং অশেংবনা খিক্তোকদবনি; অদু তৌদ্রবদি লক্ষ্মীনা য়াদে, চঙদে

*অয়ুক অঙনবদা মুমিৎ খোক্তিঙৈদা রাই শিত্তোক্লগা ঈশিং অশেংবনা খিক্তোক্লগা অমসুং তৈথোক্লগা, মচিন ময়া শেংদুনা মমায় মমিৎ তারগা, অহিং তুম্বদা শেৎলুবা ফি অদু শেৎতনা অশেংবা ফি শেত্লুনা, লাইগী ধুপ থাগদবনি কৎকদবনি। অসি তৌদ্রবদি লক্ষ্মী চঙদে॥

*মখোঙ অনি শুরু শুক নোইদুনা তরুবা মশম থাদোকনবা অমসুং ফাবা অমোৎপা ফি শূদবা ফি শেৎপা ইনবা ময়া মোৎপা য়ুময়াই চৎপদা তুংদুং চৎপা ফনেক শঙম নাইবা অচোৎপা শুমদবা ফি শেত্লুনা ইমুংদা চঙবা মতম পুম্নমক্তা ইশৌ লাংবা মীগা খৎনবা পাম্বা লৈকাই কোয়গনবা চীন্তা পুগনবা মপি ইরা চেনগনবা মখোয়শিং অসিগী য়ুমদা লক্ষ্মী চঙদে॥

*শগোলশেল মুমিত্তা ফৌ ঙৌবা কবোক পোকপা ঙা ঙৌবা শা ঙা চাবা হিক কাইনবা মুমিদাংদা শঙ্গোম অফমবা চাবা, লক্ষ্মী পূজা তৌদবা মীগী ময়ুমদা লক্ষ্মী চঙদে॥

*য়াচংবদা সন্ধ্যাদা ফোশুবা, অমসুং ইমুং মপুং খৎনবদা, য়াম্না লাংবা ধুপ থাউমৈ থাদবা অরাং ওন্দুনা তুম্বা মফি শেত্তনা তুম্বা। মবুক্তা মখুৎ থমদুনা তুম্বা মখোঙ হাম্মদনা তুম্বা মখা ওন্দুনা ধুপ থাউমৈ কৎপা মখা নোংচুপ ওন্দুনা য়া থিনবা অমসুং চাক চাবা নাপিৎকী ময়ুমদা শম ককপা মুমাংদা তুলসী থাদবা মশা শেংদবী মুপীগা হিপমিন-চামিন্নবা ইমুংশি অদু লক্ষ্মীনা চঙদে।

## লক্ষ্মী পুজা

শগোলশেল মুমিৎ অসি লক্ষ্মীগী মপোক মুমিৎনি, অদুনা পুজা তৌজগদবনি। পুজাগী পোৎচং য়াইঙং, য়েন্দেম মপাল, চেং, লফোই, সঙ্গোম, গঙ্গাজল, আশন, ধুপ, ঘীগী থাউমৈ, হৈরুক পানা, অথুম অহাও অসিনচিংবা ঙমজবা, লাঙজদুনা কৎকনি। পুজা মন্ত্রদি (ওঁ ঐং হ্রীঁ ক্লীঁ হসৌ জগৎ প্রসুতৈ, স্বাহা) কৎপদা স্বাহা হায়গনি। খুরুমবদা নমঃ হায়গনি॥ শ্রীলক্ষ্মী ইমাবু পুজা তৌজগ্রবদি মীওইবগী অরাবা কোক্কে। লক্ষ্মী পুজাগী মরম খরদং শ্রীমঙ্গীসিংহনা ইজরি।

---

## তৃতীয় কাণ্ড
### (কর্ম্ম কাণ্ড)

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ॥
সকল বৈষ্ণব পাদে করি নিবেদন।
মানবের সদাচার করিয়ে বর্ণন॥ (১)
পাপ উষরিয়া ভুমি কাহা ধর্ম্ম বীজ।
নিস্পাপ বাঢ়য়ে ধর্ম্ম বল আয়ু তেজ॥
কর্তব্যা কর্তব্য কর্ম্ম করিয়ে লীখন।
নারদ ঋষির বাক্য পুরানে কথন॥ (২)
ত্রি গুনীত বস্ত্র যেই করে নিস্পীড়ণ।
তার হাত ব্যাধি যুক্ত জন্মে পুনঃ পুন॥
রাত্রি বাস অনাধৌত পৈঢে যেই জন।
ফলাদি আহার করে পেট রোগী জান॥ (৩)
দন্ত ধাবন না করিয়া পঢ়ে বা পঢ়ায়।
সেই জন অল্প বয়ে দন্ত ভাঙ্গি যায়॥
মাতৃ স্বসা পিতৃ স্বসা দ্বইর কন্যার।
মাতুলাণী মাতামহী স্ব শিস্য ভার্য্যার॥ (৪)

---

(১) কলিগী পাবন অবতার ওইরবা গৌরনিত্যাই ইবুঙো অনিগী শ্রীচরনারবিন্দদা হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী গৌরভক্ত গুরু গোস্বামীগী শ্রীচরন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ, বৈষ্ণব ভক্ত খৈবিক্কী চরন খুরুমজদুনা হায়জরি। মীওইবগী তৌগদবা তৌরোইদবা শাজৎ খরদং লেংজরি। (২) লৈহাও য়াওদ্রবা লৈপাক্তা মরু-মরাং থাবদা ফত্তবগুম, মীওইবগী পাপ্না তিল্লবা হকচাংদা ধর্ম্মগী পান্বী হোৌখিদে পাপ লৈতবা মীদা ধর্ম্মগী পান্বী হৌই, ধর্ম্ম অদুনা পাঙ্গল, মপুন্সি মঙাল পুন্নমক চাওখৎলি। অদুনা তৌহৈবা তৌহৈদবা খরদং ইজরি, নারদ মুনিনা হায়বা পুরাণগী বানি। (৩) অচোৎপা ফিবু কংনবা শুম্বদা অহুম থোক্লা থুপ্লগা শুমলবদি মাগী খুৎ অদু লাইথুং থুংঙি মপোক কয়ারক, অদুনা করিগুম্বদা তৌফদে। অহিং তুম্বদা শেৎপা ফি অদু শেক্তুনা অচাপোৎ চারবদি, পুক্কী লাইনা পী অমসুং খোঙ পেৎ-পেৎ হাম্বা লাইনা পেটরোগী থুংঙি। (৪) মচিন শেংদনা, (ময়া থীন্দনা) লাইরিক পারবা, অমসুং লাইরিক তম্বা

গুরুপত্নী রাজপত্নী মিত্রভার্য্যা নপ্ত্রী।
নিজদাসী শাশুরিকা আর শ্যালকা স্ত্রী॥
তার স্ত্রীর জেষ্ট ভগিনীর পত্নী ভাইর।
ভাগ্নী ভগ্নী ভগিণীর আর স্ব কন্যার॥ (৫)
ই সবের স্তনাদিতে স্পর্শে কিবা সাদ।
সেইজন কানা কিবা দুইচক্ষু অন্ধ॥
ই সবের মধ্যে কিবা যদি সঙ্গ হয়।
কুষ্ঠী কিবা পঙ্গু কিবা সেই জন পায়॥ (৬)
বিশেষত মাতৃ গুরুপত্নী রাজভার্য্যা।
জলোকা হইয়া জন্ম যাবৎ চন্দ্র সূর্য্যা॥
অনুলোম নারীর বিলোম ভার্য্যা করে।
দরিদ্র কুরূপ হৈয়া ক্ষিতি জন্ম ধরে॥ (৭)

যেই পাদ তীর্থ ক্ষেত্রে না করে গমন।
সেই পাদ জঙ্ঘ ফুল কম্পায়ে সঘণ॥
যেই হাতে বিপ্র ধেনু স্বর্গ দিয়া মারে।
সেইত কুকুর হৈয়া আর জন্মে ধরে॥ (৮)
যেই চক্ষু গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব চরণ।
দেখিতে নাহিক সাদ পায় চক্ষু ক্রুন॥
যেই চক্ষু তিন পাদোদক নাহি স্পর্শে।
নেত্র রাগী হৈয়া সেই পাই আয়ু শেষে॥ (৯)
চরনামৃত পাদোদক জিহ্বাতে না লয়ে।
সেই মুক হয়া জন্মে মহা ক্লোর পাবে॥
ঈশ্বরের জন্ম কর্ম্ম লীলাদি শুনিতে।
হেলায়ে ছাড়িয়া যদি শুনে অন্য বাতে॥ (১০)

---

নোনা ময়া তেকই, হন্দক মপোক, হযেং মপোক, মপোক কয়ারক্লা। মমাগা পোকমিন্নবগী অমসুং মপাগা পোকমিন্নবগী মচানুপী, মনে, মবেনবোক, মাগী মচা সেবক, মাগী শিস্যনা লৌবা নুপী (মতু)। (৫) মাগী গুরুনা লৌবা, নিংথৌনা লৌবা, মাগী তিন্নবা মকল্লা লৌবা নুপী, মশূনুপী, মাগী মনাইনুপী, মনেমবোক, মশেন্না লৌবা নুপী, মাগী নুপীগী মচে ময়াম্লনা লৌবা মতৈমা, মনাও নুপানা লৌবা, পোকমিন্নবা মচন, মচে, মানা পোকপা মচানুপী। (৬) হায়বিবা ১৮ অসিদা মিৎয়েং নত্তবা য়েংলবা, ওত্তবা শাজৎ চৎলবা মীদো মানা ফংবা ফল, মনা পঙবা, মমিৎ তাংবা, মপোক কয়ারক ফংঙি। অদুগা মখোয়শিং অসি লোন নৈনববদি নুপা-নুপী অনিমক কুষ্ঠি থুংঙি, মখোঙ তেকই, মমিৎ তাঙঙি, মনা পঙঙি মপোক কয়াদা। (৭) অদুগা যাম্না হেন্না ফত্তবা মাংবদি ইমা, হায়বদি ঐগী গুরুদেবনা লৌবা, নিংথৌগী সেবা তৌবিবী মহারাণী, অসিদা কায়রবদি শুমিৎ থানা পাল্লিবা মথৈ তিনফা, কাকফৈ ওইনা পোকই। নুপানা মাগী জাতি নত্তবা হল্লবা লৌবা, নুপীনা জাতি হল্লবদা ওংবা, মপোক অমদা মশক থীবা অমসুং লাইরবা ওইনা পোকই। (৮) মপোকতৈদগী, তীর্থ চত্তবা, হরি মন্দির পরিক্রমা তৌদ্রবা (কোয়দ্রবা), মাগী খোঙ অদু খোঙজাউবা, খুবোম চাউবা, মকৈ নিকপা অমসুং চিংবা ওইনা পোকই। মাগী মখুৎ অদুনা ব্রাহ্মণদা, ষন্দা থাংনা ম্লানবা হুই ওইনা পোকই। (৯) মাগী মমিৎ অদুনা গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণবকী চরণবু য়েংজবদা, অমসুং দর্শন তৌজবদা হরাওদ্রবা, মমিৎ চোৎলি মিত্তা ফজদে, পোম-তংবনা চিংবা পী অদুগা মাগী মমিত্তা, মমা, মপা, গুরু বৈষ্ণবকী, পাদদোক হাপত্রবা, ঈশ্বরগী চরণামৃত হাপত্রবা মমিৎ উথি, লাইথুং থুংঙি মপোক কয়ারক। (১০) অদুগা মাগী লৈয়েংনা, মমা, মপাগী, গুরু

আর জন্মে জন্মাবধি বধির অখ্যাণ।
রাজগুরু ঈশ্বরের মন্দিরে মূঢ়জন॥
অন্য স্ত্রী সঙ্গম করে কিবা অনাচারে।
বামন হইয়া সেই পৃথ্বী জন্ম ধরে॥ (১১)
পৃষ্ট কুব্জ কিবা হয়ে কিবা কটি ভাগে।
চঞ্চল কহিয়ে বাত হাস্য গুরু আগে॥
সেই মূর্খ হৈয়া জন্মে নাহি শাস্ত্র জানে।
গুরুবাক্য পতিবাক্য যেই নাহি শুনে॥ (১২)
সে গলা কম্পিত আর কর্ণকানা পায়ে।
গুরু আগে হাত চালে সেকর চালয়ে॥

না চলয়ে শাস্ত্রবিধি অঙ্গ মলিনতা।
শাস্ত্র না চলয়ে মূর্খ পায়ে দরিদ্রতা॥ (১৩)
গুরুদ্রব্য হরে যেই সেই শ্বেত কুষ্ঠি।
সুরাপান ব্রহ্মহত্যা সেইজন কুষ্ঠী॥
নাশাশ্বাস গুরুস্পর্শে সেই বাতরোগী।
গুরুপ্রতি উচ্চবাক্য সেই যক্ষা রোগী॥ (১৪)
তিলদান নাহিকরে সেই অল্প লোম।
দধি মধু নাহিদান সেই স্বর হীন॥
চন্দন না করেদান পাইয়ে বসন্ত।
লবন না করেদান সেই কণ্ডূয়ন্ত॥ (১৫)

---

বৈষ্ণবগী, পাদদোক ঈশ্বরগী চরণনামৃত থক্ত্রবা, অমসুং থকপদা হরাওদ্রবা মরোন থোক্তবা ১সুং মরৈ লোমবা ওইনা পোকই, অমসুং অনা-অয়েক নংঙি। ঈশ্বরগী, জন্ম. কর্ম্ম লীলা তাৰিবৈঙ হায়-বদি ৱারী, লাইরিক, পুং, ঈশৈ, হরি সঙ্কীর্ত্তন তাঙবদা থওইদতুনা অতোপ-অতোপ্পা ৱারী শারিবা অমসুং অদুবু তাৰিবা। (১১) মপোক অমদা মনা পঙনা পোকই, কর্ম্ম দোষনা হৌজিকসু না পঙবা ওইবা য়াহ। নিংথৌগী, গুরুগী, ঈশ্বরগী, মন্দিরদা অপঙবা জীবনা, অতোপ্পা নুপীগা সঙ্গ ওহরবা, সেবা লৌরবা মপোক অমদা খোঙনেমবা ওইনা পোকই। (১২) অদুগা মনম পোনবা, অমসুং মখাং পৈবা অমসুং শোনবা ওইনা পোকই। ব্রাহ্মণ. বৈষ্ণব, গুরুগী মাঙদা নোকমাই হায় মাইনবা অমসুং ফাগী করেন্নবা মূথ ওইনা পোকই, লাইরিক হৈতে, মহৈ হৈতে, মহৈ হায়বসি লাইরিক্তবু নঙে, বিদ্যাগী মচা ৬৪ নি। নুপীনা মপুরোইবগী ৱা তাশিন্নদ্রবা নুপানা গুরুগী ৱা তাশিন্নদ্রবা গুরু হায়বদি ইমা-ইপানচিংবা গুরু ১০ নি। (১৩) মহৈ নিকই, মনা পঙঙি, মকোক তাংঙি, মঙক পৈ, কোক্কী লাইনা পীয়ে। গুরুগী মাঙদা মখুৎ হায়দুনা হায়দুনা ৱাঙাঙ খুদিং মখুৎ য়াওবা, মখুৎ নিকপা ওইনা পোকই। লাইরিক্কী বেদগী ৱা চত্তবা, মশা মোৎপা, বেদ থাদ্রবা মূর্খ মপোক অমদা য়াম্না লাইরবা ওইনা পোকই। (১৪) গুরুগী পোৎ মাঙহনবা অমসুং হূরানবা, অহোরাই থুংঙি অমসুং কুষ্টি থুংঙি. গুরু হায়বসি, মন্ত্র তম্বীবা, লাইরিক তম্বিবা, দীক্ষা পীবনচিংবা গুরু কয়ানি। সুরাপান (য়ু থকপা) ব্রাহ্মণ হাৎপা কুষ্ঠী থুংঙি। ব্রহ্মবধী, হায়বসি থাংনা য়ান্দুনা হাৎপদবু নত্তে পূন্সি চুপ্পা মমিত্তগী মপি কংহন্দববুসুনি। নাতোনগী শুরনা গুরুদা ষৈরবা, হারা থুংবা ওইনা পোকই। ইমা ইপানচিংবা গুরু খৈবিক্তা, ঙংখৎ-ঙংখত্তুনা খোনলাউ থীনা ঙাংবা হারা থুংবা অমসুং থবাক খেবা অমসুং ঈ ওবা লাইনা ফংঙি। (১৫) থোইদিংগী দান তৌদবা কত্তবা মশম ফত্তে। শঙ্গোম, চুহি থোইহিনচিংবা (অমৃত) অথুম্বা কদ্রবা খোঙ্গেন ফত্তে। ঈশ্বরদা

স্বর্ণদান নাহি করে কাহা রূপবান।
রূপ্যদান নাহি করে কাহা সুনয়ন॥
তাম্রদান নাহি করে পিঙ্গল লোচন।
ধান্যদান নাহি করে সে হয়ে কৃপন॥ (১৬)
না করে তাম্বুলদান সেই বহু সুনা।
শ্রীকৃষ্ণে তুলসীদানে ছারে যম থান॥
ব্রাহ্মণ ভোজন করে সেই হয়ে ধ্বনী।
বৈষ্ণব ভোজন দিয়ে কৃষ্ণ হয়ে প্রেমী॥ (১৭)
পরদ্রব্য সদা বাঞ্ছা সে হয়ে চাটক।
শ্রার্দ্ধে দুইবার ভুঞ্জে সেই হয়ে কাক॥
জানি বিধি নাহি দিয়ে সে হয়ে হংসক।
শ্রাদ্ধদিনে রতি করে সে হয়ে গর্দ্ধক॥ (১৮)

জাতি মৃতে মাংস খাই সে হয়ে গৃধক।
পিণ্ডতে পড়য়ে অশ্রু পিতৃর নারক॥
তর্পণ না করে যেই সে হয়ে দরিদ্র।
পিতৃ অজ্ঞা নাহি মানে সেই মধুক্ষুদ্র॥ (১৯)
শম্ভোশাস্তে অ না স্নানে ব্রাহ্মণ পরশে।
পাদ মেলি বৈসে সেই বিপ্র গুরু পাশে॥
পুং মৈথুন মহাপাপ সে তিন রাক্ষশ।
যজ্ঞ অগ্নী নির্ম্মাল্যোতে যেই পাদ স্পর্শ॥ (২০)
হেলায়ে করয়ে সেই মুষল উদুখল।
ব্রাহ্মনে চরণ ভারে সে জন্ম লাঙ্গল॥
ঈশ্বরেতে নিন্দা ক্রোধ সেই ভেকু কুলে।
একদ্রব্য দুয়ে দানে সেই গোধা কুলে॥ (২১)

---

চন্দনগী দান কদ্রবা, উরিং থুংই, লাই থোকই অমসুং মাইজাওবা ওইনা মমায় পঙনা পোকই। থুমগী দান তৌদ্রগা, যুরি থুংঙি, মমায় চামবা ওইনা পোকই। (১৬) সনাগী দান তৌদ্রগা মশক ফজদে। লুপাগী দান তৌদ্রগা মমিৎ ফজদে। কোরৌগী দান তৌদ্রগা, মমিৎ পিঙ্গলা থুংঙি। ফৌগী দান তৌদ্রগা অরিকপা ওইনা পোকই। (১৭) থা, পানাগী দান কদ্রগা খোর নমথি। শ্রীকৃষ্ণদা তুলসী মনা, মঞ্জুরী কৎলগা যমরাজগী থানা চঙদে। ব্রহ্ম ভোজন কৎলগা ইনাক খুল্লি। বৈষ্ণব ভোজন কৎলগা, শ্রীকৃষ্ণবু সুংশিজবা ফল ফংঙি। (১৮) মীগী মপোৎ পাম্বা, অমসুং নীংগনবা, অতা-অতু খুনগনবা, লৌগনবা, নোঙ্গৌবী কৌবা উচেক ওইনা পোকই। গীরা থা'বনা, শোরাৎ সুমিত্তা অনিরক চারগা কাক ওইনা পোকই। গীরা থাংঙিঙৈদা কোয়না চৎলগা শগোল ওইনা পোকই। মরম খঙনা খঙনা মশানা চদ্রবা অমসুং তাক্লবা কাংঙা ওইনা পোকই। শোরাৎ সুমিত্তা গীরা থাংবনা মুপীগী সেবা লৌরগা গাধা ওইনা পোকই। (১৯) শাগৈ শিরগা, শা অমসুং ঙা চারগা লাংজা ওইনা পোকই। পিণ্ড কৎপদা পিণ্ডদা পি তাগ্রগা অশিবা অচু নোরোক তাই। পিতৃলোকী দান তর্পণ কদ্রগা লাইরবা ওইনা পোকই। মপা, মমানচিংবা, অহল লমনবু থৌওইদ্রগা হয়িংখোই ওইনা পোকই। (২০) শম্ভোগ ওইরগা ঈরুজদনা ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব শোক্ল-পম্নবা। ব্রাহ্মণ, গুরুগী মাঙদা, ঈশ্বরগী মাঙদা মখোঙ তিংথোক্লুনা ফম্বা ( পুং মৈথুন ) মুপাদা সম্ভুক ওইবা, অহুম অসিদি হিংচাবা ওইনা পোকই। যজ্ঞগী মৈদা, নির্ম্মাল্যদা মখোঙনা শোক্লগা সম্মান ব্যবহার তৌদ্রবা। (২১) নির্ম্মাল্যবু থওইদ্রবা, শুক, শুম্বল ওইনা পোকই। ব্রাহ্মণদা মথক খোংবদা, গুরুজন্দা খোঙনা কাওরগা লাঙ্গোল ওইনা পোকই। ঈশ্বরবু থীনা হায়রবা,

কেশবিণী অধকায়া যজ্ঞ সূত্র আর।
প্রসাদ নির্ম্মাল্য হেলে সুত্র জন্ম তার॥
নিজেষ্ট দেবের সেবা প্রসাদাদ্যে হেলে।
ঐছে গুরু বৈষ্ণবের জন্মে পশু কুলে॥ (২২)

যোগ পাত্রে নারী সঙ্গে করয়ে ভোজন।
দরিদ্রতা হয়া সেই সংসারে জনম॥ ৫০।
ভার্য্যা অধোবাস যেই করে আছাদয়।
বরাহ জনম সেই পরজন্মে পায়॥ (২৩)

মজ্জার পরশ খায়ে সেই অধগেছে।
গো মুখ পশু আদি কাক মুখ স্পর্শে॥
যেই জন খায় সেই হয় অধোবাসে।
গুরু রাজা পতি প্রসাদতে পাদ স্পর্শে॥ (২৪)

সেই বৃক্ষ হৈয়া জন্মে কহিল বিশেষে।
মন্দির না লেপে মূর্ত্তি নহি সুখ ভাসে॥
পিতৃ মাতৃ অবজ্ঞায়ে তৃন জন্ম পায়ে।
অতিথী না করে পুজা সুক্ষ্ম জন্তু পায়ে॥ (২৫)

তুলসী না দিয়ে জল লঙ্ঘি তার ছায়া।
পরজন্মে নষ্ট ইহ অপমৃত্যু পায়া॥
দর্পন দেখিয়া সেই দন্ত ধাবন করে।
পরজন্মে কানা কিবা চক্ষু অন্ধ করে॥ (২৬)

ভ্রমে মূত্র কিবা বিষ্টা যেই জন খায়ে।
সেইজন ব্যাঘ্র হৈয়া পরজন্মে পায়ে॥
পাদোদক গুরু কৃষ্ণ দুহার নির্ম্মাল্য।
তুলসীরদল আর রাজার নির্ম্মাল্য॥ (২৭)

---

শাউঢ়ুনা চেবা কৎৌই ওইনা পোকই। পোৎ অমসুদা অনিরক কৎপা গাধা কোবা শা ওইনা পোকই। (২২) খোইদো মখাদগী খোঙ ফাওবদা শোক্লবা খুৎনা প্রসাদি নিম্মাল্য ল্লোরবদি শুদ্র ওইনা পোকই। মাগী মাগী গুরুপ্লা থনম্বা সেবা চৎলম্বা অমসুং সেবা চৎলিবা ঈশ্বরবু, অদুগী প্রসাদিবু। অদুগা গুরু, বৈষ্ণব ব্রাহ্মণগী প্রসাদি নির্ম্মাল্যবু থোওইত্রবা, শাগী যনগী মপোক পোকই। (২৩) পাত্রে অমসুদা অমসুং চাপুক অমদা মতেম্মনাও, হায়বদি মানা লোরিব সুপগ। চাকনচিংবা চামিম্নবা, লাইরবা ওইনা পোকই। মাগী নুপীগী লুখাক চাবা মূর্খ ওইনা পোকই নুপীনা শেৎপা ফি (ফনেক) ইনবা নুপাদো ওক কোবা শা ওইনা পোকই। অদুনা নুপী ওইবিনা ইন্নফি শেৎফদে। (২৪ হোদোংনা চাবা লুখাক চারগা নোয়োক তাই শা, যণ কাকনচিংবনা চাবা লুখাক চাবিবস্ নোয়োক তাই। গুরুগী, নিংথৌগী, মপুরোইবগী, ঈশ্বরগী প্রসাদি নিম্মাল্য খোঙনা কাওবা, খোঙনেৎনবা। (২৫) উপান বাপান ওইনা পোকই। শ্রীহরি মন্দির, তৈদবা শ্রীমূর্ত্তি থওইদবা, মমা মপাবু থওইদবা নাপী শিংনা ওইনা পোকই। মাগী য়ুমদা, লাকপা অতিথিবু অশোন-অনা, চাকনী ফিনীবু থওইদবা, য়াম্না থীনা তৌবা, অকুপ্পা জীব তিন্ন কাং ওইনা পোকই। (২৬) তুলসীদা, ঈশিংনা চাইথদবা, মখি মেৎপা, মথোঙনা কাত্তবা, অমগাংবা শ্রি, অপমৃত্যু চৎলি। মীংশেন য়েংদুনা, য়া থীনবা মমিৎ তাংডি, মনা পণ্ডি। অদুগা শেংডি শেংদে য়েংগ্রগস্ নোয়োক তাই অদুনদি য়েংদবা য়াদে, অকেবগী মওংদা য়েংবা য়াদে। (২৭) ভুল্লুনা থী অমসুং যুং চাপ্রবা, মপোক অমদা কৈ অমসুং হোদোংনচিংবা ওইনা পোকই। গুরু বৈষ্ণবী পাদোদক, গুরুগী কৃষ্ণগী নির্ম্মাল্য,

সন্ন শাস্ত্র তীর্থ তোয় তীর্থের; মৃত্তিকা।
পবিত্র নির্ম্মাল্য বস্তু অশ্বথ ধাত্রিকা॥
সেই পাদ পরশয়ে দৈন্য উপেক্ষিয়ে।
যেইপাদ পঙ্গু ইহ পরজন্মে পায়ে॥ (২৮)
ঋতুবতী সঙ্গে এক শয্যাতে শয়ন।
তার স্পর্শে অন্য স্থানে করয়ে ভোজন॥
সেইগণ হৈয়াছে জন্মি কতবারে।
পতি অজ্ঞাবিনা যেই তীর্থ ব্রতকরে॥ (২৯)
সেইনারী পুনর্ব্বার জন্ম ভেকু কুলে।
নাবীস্তন ক্ষিহরা চুছে জন্ম সর্প কুলে॥
জলেতে পাবকে বীর্য্য মৎস্য জন্ম পায়ে।
যজ্ঞ স্থলেগলে বান্ধে মকর জন্ময়ে॥ (৩০)

পঞ্চম পাতকী যেই বিষ্ঠা কৃমি পায়।
রাজাকে হিংসায়ে প্রজা পরদাস হয়॥
প্রজাকে হিংসায়ে রাজা চৌর্য্য কুলেজন্ম।
বলে পরধন লয়ে সেই পরাধিন॥ (৩১)
মিথ্যা সাক্ষি ধনলাগি পরআগে বাদ।
গুরু কৃষ্ণ নাম দীবা এচারি সলভ॥
বিপ্রগুরু করাঙ্গুলি নাকরে অভ্যুত্থান।
রাত্রি কালে সন্ধ্যাকালে কেশাদি বপন॥ (৩২)
নারী ভোগ করেদিনে এ দিন মধ্যিম।
পিপীলিকা জন্ময়ে সেইগলে বেশ॥
অধবাস মুণ্ডেবান্ধে সেজন্মে কবাট।
ছত্র বাহুতেতে বৈসে সেই জন্মে পাটি॥ (৩৩)

তুসলী মনা, নিংথোগী নির্ম্মাল্য। (২৮) শাস্ত্র শোয়রিবা সন্ন অমসুং ঈশ্বরগী নাম গুণ লেংবা, ইবা লাইবিক। তীর্থগী (জল) ঈশিং, তীর্থগী (মৃত্তিকা) লেপ্পাক, মপুরোইবগী নির্ম্মাল্য সু খোংনা, চৌংহৈগ্রু অসিদা মখোঙনা কাউবা, মখোঙ লেকপা ওইনা পোকই। মসিদা থরবা মচাক খরা লৈ। গঙ্গাদা চক্রজবা হায়া দণ্ডবৎ তৌদুনা থুকমগনি, অদুগা ঈশিং অদু থুংনা লৌবগা কোক্তা হাপকনি, অদুগা, ঈরুজগনি, নত্রবাদ পাপ লৈ, অদুগুম্বা থা খোংনাং, চৌহৈগ্রু হায়া ভাক্ত তৌগদবনি অসিন- চিংবা সাধু সঙ্গ লৈখে। (২৯) ঋতুবতী ওইবী হায়বদি মশা শেংদবী মুপাগা কন্না, হিপ্পা তিন্নবা. মাবু শোরু-পন্নকরগ মশা শেংদোক্তনা ঈরুজদনা পোৎ চৈ চাবা, থকপা। মপোক অমদা শামু ওইনা পোকই। মুপীনা মপুরোইবগী য়াথং নত্তনা তীর্থ চৎপনচিংবা সেবা তৌবা। (৩০ মপোক অমদা হত্তোই ওইন পোকই, মুপীদা নক্তে মুপাস্নু গুরু নাইদনা মানা থোকপা, চৎপা হত্তোই ওইনা পোকই মানা লৌবা মুপীগী স্তোন (খোম) ময়ানা চুপ্পা লীল ওইনা পোকই। মৈদা, ঈশিংদা, বীর্য্য তাগ্রগ ঙা ওইনা পোকই। মুগুণ ভক্তা পুন্নগা তাংখুল ওইনা পোকই। (৩১) গুরু হাৎপা অমা, সনা হুরানবা অনি, গুরুগী রমনী হুরানবা অহুম, যু থকপা মরি, মখোয় মরিসিগা তিন্নবা মঙা অসিবু পঞ্চ পাতক কৌই, মখোয় অসিদি থীগোমশঙগী হন ওইনা পোকই। নিংথৌবু মাঙনবা হোৎনবা, প্রজাদো মীগী মীখা পোল্লি। প্রজাবু মাঙনবা তৌবা নিংথৌ অমদি অস্তয়বু হুয়ানবা ওইনা পোকই নমথেক্তনা অশোনবা মীগী মরন মুন্দুনা লৌবা, মীগী মীখা পোন্না পোকই। (৩২) লন পামদুনা মীগী শাক্ষিদা ওইদবা ঙাংবা, রাশকপদা, গুরু, কৃষ্ণ, ঈশ্বরগী নাম পন্দুনা রাশকপা, কৌজেং ওইনা পোকই। ব্রাহ্মণ, গুরু, উজবদা ব্যবহার তৌদবা, অহিংদা, সন্ধ্যাদা শম হাৎপা (৩৩) মুংথিন্দা স্ত্রীসঙ্গ ওইবা অহুম আসদি ইরোই ওইনা পোকই। মকোক্তী শম

স্নান করি পুষ্পগুলে ঈশ্বর না লয়ে।
অনাস্নানে তুলসী তুলে ঈশ্বর নালয়ে॥
রবিবারে জন্মবারে যেদুর্ব্বা ছুরয়ে।
দ্বাদশী তুলসী তুলে ঈশ্বর নালয়ে॥ (৩৪)
কচুপাতে এরণ্ডপাতে জটাঝঙ্করি পাতে।
ঝিঙ্গাপাতে বাসপাতে কুলমুঠি পাতে॥
পুষ্প তুলসী দিয়া ঈশ্বর নালয়ে।
তাহাতে ভোজন কিবা সে নারকী হয়ে॥ (৩৫)
বাহন পাদুকা চড়ি মন্দির না যায়ে।
অনাস্নানে ভগবানে প্রণাম নাহয়ে॥
এক হস্তাভি বন্দন অগ্রেতে ভক্ষন।
পাদ প্রসারণ আর পর্যাক বন্ধন॥ (৩৬)

ধ্বান্তেতে শ্রীহরিস্পর্শ অবাদ্যেতে দ্বার।
কম্বলা ধারণ করি সেবায়ে ঈশ্বর॥
অপ্রকাল শ্রীমন্দিরে প্রবেশ করেন।
অবৈষ্ণব পক্কবস্তু করে সমর্পন॥ (৩৭)
ঘর্ম্মাম্বু লিপ্ত শ্রীহরি করেন পূজন।
এই সব নাকরিবে অপরাধি হন॥
মুক্ষ মুক্ষ লৈয়া কিছু কহি প্রতিকার।
পঞ্চপাপ প্রায়শ্চিত শ্রুতি অনুসার॥ (৩৮)
গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব সবন্ধে যেইদোষে।
যারে তারে তুষাইয়া সেইদোষ নাশে॥
বিপ্র পিতৃ মাতৃ স্থানে যেইদোষ করে।
যাতে তাতে স্বর্ন রুপ্য বস্ত্রদান হরে॥ (৩৯)

---

চারগা ককচেং ওইনা পোকই। ফৈজোম তখায় শেংলগা, তখায় অমনা মকোক্তা য়েংপা, মপোক অমদা তাংখুন ওইনা পোকই। মকোক্তা খম্বা অমসুং তুপ্পা য়েনপাক ছাটিননচিংনদা, ভুমাইদা ফম্বা মপোক অমদা, ভিন, কাং ওইনা পোকই। (৩৪) ঈরুজরগা লৈ হেকপা মহৈ লৈতে, ঈরুজদনা তুলসী মনা হেকপা, ঈশ্বরনা লৌদে। নোংমাইজিংদা, ঈশ্বরগী জন্মবরদা দ্বাদশীদা তুলসী, তিংথৌ হেকপা মহৈ লৈতে, ঈশ্বরনা লৌদে। (৩৫) পাম্মোকমনা, কেগেমনা, শমকাম মনা ছেবোং মনা, রানা, করোংহৈ মনা, হায়রিবা ৬ অসিগী মনাদা হাপ্পা পোং ঈশ্বরনা লৌদে। অদুগা, হায়রিবা ৬ অসিগী মনাদা চারুচিংবা অচাপোং হাপ্পুনা চাবা নোরোক তাই। (৩৬) খোংডুপ খুরুম্নচিংবা বাহোন তোংদুনা হরি মন্দির কোয়বা অমসুং ইবুঙোগী মাংদা চংপা। ঈরুজদনা ঈশ্বর খুকমবা, খুং নামতনা খুরুমবা, ইবুঙোগী মাংদা অচাপোং চাবা, অদুগা খোঙ তিংথোক্লুনা ফম্বা, খুক ৬ পুন্দুনা ফম্বা মহাদোষনি, তৌহৈদে, অদু তৌরবদি নোরোক তাই, প্রেম ভক্তি ফংদে মাঙাঙ। (৩৭ অহিংদা, অমমবদা থাউমৈ য়াওদনা ঈশ্বর শ্রীবিগ্রহ শোকফদে। হরি মন্দিরবু শরিক খিংদনা থোঙ হাংফদে। শরিক ঙমজত্রবদি খুবাক ও লক খুগনি। শা মতু শেংত্তুনা ঈশ্বর সেবা তৌফদে। খোঙ হাংদনা মন্দির চঙফদে অমসুং কাফদে। দীক্ষা তৌত্রিবা, নাম ফংত্রিবা, অর্থাৎ, লাইমিং লৌত্রিবনা থোঙবা পোং ঈশ্বরদা কংফদে, কংলবদি নোরোক তাই। (৩৮) অদুগা মশাদা হুমাং তানা ঈশ্বর সেবা তৌফদে। অসিনচিংবা অপরাধি মহাদোষ কয়া লৈ. ঙমজবা খরদং ইজবনি। অদুগা শোয়খিদুনা অমসুং খঙদবদগীনচিংবনা তৌখিবা দোষ কোরুবা খরদং ইজরি। পঞ্চ পাতকগী কোকনবদি শ্রুতি দেবগী মতুং ইনগনি। (৩৯) গুরু খৈবিক্তা, বৈষ্ণব খৈবিক্তা তৌবা দোষদি মখে য়ত্ত পেন্নবা

সেতিন না পাইলে দিবে অন্যবিপ্র স্থানে।
শর্য্যাসনে যেইদোষ ঘুচে রূপ্য দানে॥
প্রসাদাদি সবদোষে বৈষ্ণব ভোজন।
তারসব দোষ নাশে ভুঞ্জাই ব্রাহ্মণ॥ (৪০)
অন্য যত দোষ সব অন্য শাস্ত্রে পাবে।
এইসব গুণ দোষ কহিলু সংক্ষেপে॥
নারদের গীত সেই শ্লোক ছন্দেরহে।
পদছন্দে কবিগনে বিরচিত তাহে॥
তার অনুগত করি লিখি মাঙ্গসিংহ।
ইহা সমাপন করি কর্ম্মকাণ্ড এহ॥ (৪১)

ইতি সদাচার গ্রন্থের কর্ম্ম কাণ্ড নাম তৃতীয় কাণ্ড সমাপনং।

কর্ম্ম তৌদুনা পেনহনলগা কোকই। ঈশ্বরদা তৌবা দোষনা, উৎসব সেবা ওইরগা হায়জরগা কোকই। ইধা ইপাদা তৌবা দোষ, মশাদা, স্না, লুপা, ফি কত্তুনা পেনহনলগা কোকই। (৪০) মশা লৈখিদ্রবদি, ব্রাহ্মন্দা, বৈষ্ণবদা, ঈশ্বরদা কৎলগা কোকই। নুপীগী মরিদা তোখিবা দোষনা লুপাগী দান কৎলগা কোকই। মহাপ্রসা দদা তৌবা দোষনা বৈষ্ণব ভোজন তৌরগা কোকই। অতোপ্পা দোষ খৈবিক্তি ব্রহ্ম ভোজন কৎলগা কোকই। (৪০) অতোপ্পা দোয কয়াম্ব অশোপ্পা লাইরিক কয়াদা লেংদুনা মপান নাইদনা লৈবনি, ঙমজবা থরদং ইর্জরি। নারগীক কৌবা আস শ্লোকী ছন্দদা লৈবনি, কবি কয়ানা পদ ছন্দনা লেংথোকপিরম্মী। অদুগী মতু ইঞ্জদুনা তোল্লবা রঙ্গিসিংহনা থরদং ইজৈ। মতাং অসিদা কর্ম্ম কাণ্ডগী রারী লোইজরে।

সদাচারাবলি কৌবা লাইরিক্কী কর্ম্ম কাণ্ড কৌবা
অশুবা কাণ্ড লোইজরে।

---

# চতুর্থ কাণ্ড

## ( মরণ চরিত )

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ॥
সকল বৈষ্ণব পাদে করি নিবেদন।
মানবের মরণ জ্ঞান করিয়ে বর্ণন॥ (১)
গালব মুনির কথা শুণ জ্ঞানি গন।
নিজ নিজ মৃত্যু কথা করহ শ্রবণ॥
যোগী যোগেশ্বর জানে নিজর মরণ।
পশুবুদ্ধি নাহজানে মায়ার কারণ॥ (১)

(১) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজৈ। অদ্বৈত প্রভুবু গৌরভক্ত গুরু গোস্বামী খৈবিকপু খুরুমজৈ। বৈষ্ণব সমাজ পুম্নমক্তা হায়জরি। মীওইবা হায়বা অসে, শিবা হায়বা কর্ম্ম অসি তোকপা য়াবা কর্ম্ম নত্তে, অদুবু শিগদবা সুমিৎ খঙনদে, অদুগী খঙনবা থরদং লেংজরি (২) গালব কৌবা মুণিনা তাবখিবা রানি, মশা-মশাদা শিরগদবনি তাকপী. থোদোক, খুদম হায়জগে তাবিয়ু.

জানিবার লাগিদেব দেখা সর্ব্বমতে।
তথাপি নাবুঝে নর চঞ্চলায় চিত্তে॥
তাহার কারণ কহি সাবধান কর।
কিছু মাত্র লেখি মুঞি নাপারি বিস্তার॥ (৩)
আকাশেত নাদেখিয়ে শশী অরুন্ধতি।
নিচয়ে মরিবে সেই বরিষেক বত্তি॥
স্বরমং গোধিকা না দেখয়ে ধ্রুব তারা।
একাদশ মাস পুনি আয়ু আছে যারা॥ (৪)
সূর্য্যরশ্মি বিম্ববহি দৃষ্টি নাহি পুরে।
দশমাসে যায়ে সেই মরনের দ্বারে॥
গন্ধর্ব্ব পিচাশ প্রেত ভুত রুদ্র পুরী।
স্বপ্নে দেখে স্বর্ম বৃক্ষে আরুহন করি॥ (৫)
নয় মাস আছে সেই নিচয়ি মরন
সত্য সত্য কহিলাম নর নারী শুণ॥

স্বপ্নে স্থুল কৃষ্ণকাষ্ঠ দেখে সেইজন।
অষ্টমাস আয়ু আছে ইহার জীবণ॥ (৬)
পঙ্ক ধুলা মধ্যে নহি রহে পদ চিহ্ণ।
সপ্তমাস গেল তার আয়ু হয়খীন॥
কপোত গৃদ্ধিনী কঙ্ক উলুক বায়সে।
মস্তক উপরে যায় উড়য়ে আকাশে॥ (৭)
স্বপ্নেতে রাক্ষস যক্ষ দেখে যেইজন।
ষষ্ঠমাস আয়ু তার শুণ জানি গন॥
কাকে যার মাথে হানি ধুলা বৃষ্টি করে।
পঞ্চমাস জীয়া সেই মরনের দ্বারে॥ (৮)
শির বিবর্জ্জিত ছায়া দেখে সেই জন।
চারিমাস আয়ু আছে যাহার জীবণ॥
ভালুক বানর পৃষ্টে চাঁঢ়ি যেই জনে।
স্বপ্নেতে চলিয়া যেই দিগেত দক্ষিনে॥ (৯)

---

যোগেশ্বর লাইনিংবা সাধু সঙ্গ তৌবনদি শিগনি হায়ববু লাইনা খঙঙি। মাগী বুদ্ধি চৎপা মীনা মায়ানা খুমদুনা খঙদবনি। (৩) নং শিরগদবনি হায়বসি ঈশ্বরনা মকম কয়াদা খুদম পীদুনা তাকপি, মীওইবনা চরাংনদুনা খঙনা, উনা লৌবা ঙমদে, মাগী মরম অসি খরদং ইজগে. পাক্লা চাউনা ইজবদি ঙমজরোই। (৪) আকাশদা থোক্লিবা থাগী ঙাঙ্‌্রানবা মকোয় উবা ফংদ্রবদি চহি অমদা শিয়ে। সনাগী গোধিকা হায়বদি মিৎকী মনুঙদা লৈরিবা কৃষ্ণ চূড়া উবা ফংদ্রবা, আকাশদা থোক্লিবা ধ্রুব কৌবা থবানমিচাক উদ্রবা থা ১১ শুবদা শিয়ে। (৫) আকাশদা থোক্লিবা নুমিৎকী মকোয় উবা ফংদ্রবা থা ১০ শুবদা শিয়ে। গন্ধর্ব্ব, পিচাশ, প্রেত ভুট মখোয়শিং অসিনা (রুদ্র পুরী) উরক-রারক, বন্দা পুদুনা চৎলবা, সনাগী উ পাম্বীদা কাদুনা তোংবা ঙমলবা। (৬) মুপা অমসুং মুপীদো থা ৯ শুবদা শিয়ে। শোইদ্রবনি খঙডো। মংদা উ মতুপ অমুবা পৈদুনা থম্বা উরবা, মাগী কি হায়দুনা পীররবা অমসুং মাগী ইথোন্দা পৈররবা থা ৮ শুবদা শিয়ে। (৭) লৈখোমদা, উফুলদা নেৎপদা মাগী মখোঙগী খুয়া থম্বাল অদুগী মমি তাদ্রবা অমসুং খোঙগী মমি তাদ্রবা মুপা অমসু মুপীদো থা ৭ শুবদা শিয়ে। লমথুনু, লাংজা বাকোন, মকু, ক্বাক মখোয়শিং অসিনা আকাশদগী মকোক্তা হুমথপ্রবা। (৮) মমংদা হিংচাবী, হিংচাবা, যক্ষ মখোয়শিংগা লোইনরবা অমসুং পুদুন চৎলম্লবা থা ৬ শুবদা শিয়ে। ক্বাক্লা মাগী মকোক্তা উকুন থিকথররবা থা ৫ শুবদা শিয়ে। (৯ মাগী ছায়াদা মমিদা মকোক য়াওদনা উরবা থা ৪ শুবদা মাগী পুন্সি লোইরে। শওম অমসু

ধ্রুব,মৃত্যু হৈল' যার 'নাহিক ' অপেক্ষা।<br>
তিনমাস আয়ুআছে কাল দিল দেখা॥<br>
রক্ত কৃষ্ণ বস্ত্র পৈঢ়ি স্বপ্নে নারী গনে।<br>
নৃত্য গীত করি লয়্যা যায়েত দক্ষিনে॥ (১০)<br>
কৃষ্ণবর্ন্ন ভয়ঙ্কর দণ্ড অস্ত্র ধর।<br>
স্বপ্নে আসি ধড়ি যায়ে ডাকয়ে যাহার॥<br>
দুইমাস জীয়ে সেই কহিল নিশ্চয়ে।<br>
ঘৃতে তৈলে জলে সেই ছায়া না দেখয়ে॥ (১১)<br>
একমাস জীয়ে সেই উপায় নারহে:<br>
অস্থি মুত্র অঙ্গ যার মৃত্য গন্ধ তাহে॥<br>
অর্দ্ধমাসে যায়ে সেই মরনের দ্বারে।<br>
ইহাত অধিক আয়ু নাহি পায়ে নরে॥ (১২)<br>
হৃদিপদ্ম স্তস্কে যার স্নানের সময়ে।<br>
তৃষ্ণাতুর হৈয়া যেই বহুজল খায়ে॥

দশদিন জীয়ে সেই জীবনের গতি।<br>
মরনের চিহ্ন সব কহিল বেকতি॥ (১৩)<br>
ধ্রুবতারা সূর্য্যরশ্মি দেখিতে নাপারি।<br>
পঙ্কধুলা পাদচিহ্ন না রহি তাহারি॥<br>
ঘৃতে তৈলে জলে ছায়া সে শির বর্জ্জিত।<br>
হৃদিসুখা ধ্রুবমৃত্যু ছায়া শির হত॥ (১৪)<br>
আত্মকথা নহিশুণে না দেখি চূড়ায়ে।<br>
তারচক্ষে তার নাসা নাপাই দেখিয়ে॥<br>
এই দশ চিহ্ন আদি প্রতিকার নহি।<br>
গুরু কৃষ্ণ চরনেতে ভাবি ভাল তহি॥ (১৫)<br>
মরনের কথা ইহা করি সমাপন।<br>
জীবে মরি কথা সেই করিয়ে লিখন॥<br>
দেব দ্বিজ গুরু পুজা নাকরে পাপিষ্ট।<br>
জ্ঞাতি বন্ধু মিত্র হিংসা করয়ে অনিষ্ট॥ (১৬)

---

য়োংগী মথক্তা তোংদুনা মমংদা মখা পাংনা চৎলম্লবা। (১০) ধ্রুব কৌবা, মীহুন মাংগ্রবা, থীবা ফংদ্রবা। নুপা নুপী অদো থা ৩ শিয়ে। অঙাংব, অমুবা, ফী শেৎপী নুপীনা মংদা জগোয় শাদুনা ঈশৈ শক্তুনা মখা পাংনা পুদুনা চৎলবা। (১১) কুচু মুবা, ফিমু শেংপা, ময়া চোবা, খুৎলাই পায়বা য়েংবদা অকিবা ফংবা মীওইনা মমংদা ফাদুনা পুরমবা অমস্তুং মাবু কৌররবা নুপা অমস্তুং নুপীদো থা ২ শুবদা শিয়ে। ঘীদা, থাউদা, ঈশিংদা, য়েংবদা মমি তাদ্রবা, মশক উদ্রবা। (১২) মীদো থা ১ ফাবদা শিয়ে। মশাগী হকচাং মনম অদু শক মনম, থী য়ুং, অমস্তুং অশিবা মনম নমলবা থা মথায় অমদা নুমিৎ ১৫ দা শিয়ে, মাগী মপুন্সি লোইরবনি। (১৩) মী অদুগী থম্মোয় অদু ঈরুজবদা চোত্রবা খ্যাও খ্যাও কংলবা, য়াম্না থম্মোয় কংদুনা ঈশিং য়াম্না থক্লবা, নুমিৎ ১০ নিগী মমুঙদা শিয়ে। অদুগা, মীওইবগী হিংফম লৈত্রবা মখন ১০ হায়গে। (১৪) ধ্রুব কৌবা থরান-মিচাক উদ্রবা। নুমিৎ অমস্তুং থাগী মকোয় উদ্রবা। লৈখোমদা, উফুন্দা মাগী খোঙগী মযি তাদ্রবা। ঘীদা, থাউদা, ঈশিংদা মমি তাদ্রবা অমস্তুং মকোক য়াওদনা উরবা। থম্মোয় কংদুনা ঈশিং চোত্রবা, ধ্রুব কৌবা মীহুন মাংগ্রবা। মমিদা মকোক য়াওদনা উরবা (১৫) মশানা ঙাংবা ৱাবু মশানা তাজবা ফংদ্রবা। মীত্তা লৈবা চূড়াবু উজবা ফংদ্রবা। মাগী মমিৎনা মাগী মনাতোন উবা ফংদ্রবা। হায়রিবা ১০ অসিনা মঙোন্দা ফাওরবদি শোয়দনা শিরগদবান, মাগী প্রতিকার লৈত্রে। গুরু, কৃষ্ণগী চরন্দা ভক্তি তাজবনা অফবা ওইরগনি। (১৬) শিরগনি খঙনবা খুদম থরদং ইজবা অসিদা মতোন

তাপিত জন না পালে আমাত্য সৎকার।
যোগী পরদেশি গনে নাকরে পুযার॥
সন্যাসী তপস্বী ঋষি দরিদ্র দুঃখিত।
নাকরে অতীথি পুজা শক্র ভাবে নিত্য॥ (১৭
জীয়ন্তে মরণ তার অধম আচার
নরকে পড়য়ে সেই দুষ্ট দুরাচার॥
মঠ দেউল মাণ্ডপ ভাঙ্গয়ে পর কীর্ত্তি।
দান ধর্ম্ম নাকরে হরয়ে পর বৃত্তি॥ (১৮)
পরধন হরে যেই হরে পরনারী।
অঘোর নরকে পড়ে সেই পাপ কারি॥
যশ কীর্ত্তি আয়ু হরে ঈশ্বর নাশন।
জীবেতে মরন জীব নরকে গমন॥ (১৯)

যাহা নাহি শঙ্খধ্বনী কিবা শ্রীতুলসী।
যাহা তীর্থ সালগ্রাম নাহি তীর্থ বাসী॥
যাতে বিপ্র নাহিতাতে নাহিক বৈষ্ণব।
তাতে যেই জন মরে অপমৃত্যু হব॥ (২০)
মরন কালের কথা কিছুই লিখিবে।
বিস্থারি লিখিতে নহি অতিগুঢ় ভাবে॥
মৃত্যুকালে ভাল কিবা মন্দ যে করয়ে।
কলসের রেখা যেন কভু না ঘুচায়ে॥ (২১)
সেই হেতু প্রান অন্তে যত্নে বুদ্ধি মন্ত।
মৃত্যুজীবে সাধিবেক সৎগতির পথ॥
শালগ্রাম স্পর্শি কিবা গঙ্গাদি স্পর্শিয়া।
তুলসী পরশ কিবা দেবতাগ্র পায়া॥

---

লোমদে। মশাদি শিদবা লমচৎনা হিংনা শিবা খরদং ইজরি। ঈশ্বর, ব্রাহ্মণ, গুরুদেব, খৈবিকপু পুজা তৌদবা, শাগৈ মকুপ্প, মাঙনবা তোবা হাৎপা মীবু মাঙনবা তৌবা মী। (১৭) অরাবা তারবা মীবু য়োক্রবা, কন্দবা, মাগী মীদা, মচা মশূদা ফনবা কোৎনবা। যোগী, পরদেশী, লাইনিংবা, লংফৈদগী লাকপা অৎ-অনাবু কন্দ্রবা, য়োক্রবা। সন্যাসী, তসস্বী, ঋষি, লাইরবা, চাকনিবা, অরা-অনা ভীক্ষা লাকপবু পুজা, সেবা তৌদ্রবা, য়েরুবা ওইনা নীংবা। (১৮) অসিগুম্বা মুপা অমসুং মুপীদো, শিদনা হিংনা লৈরবস্থ শিরবনি, শিদ্রিঙৈনা নোরোক তারবনি। শাগৈগী মৈতান অশিবনি। মপোক অসিদগী শাগৈ অমাঙবনি। ফুরা, দলান, মণ্ডপ থুগাইবা, মীগী মীংচৎ মাঙহনবা। দান ধর্ম্ম তৌদবা, ঈশ্বরগী তমগ্রবা পোৎ হুরানবা। (১৯) মীগী মপোৎ মাঙনবা তোবা হুরানবা, মীগী রমনীগী সতী ধর্ম্ম থুগাইবা অদুম্বা মীদো চঙনা, হিংনা নোরোক তারবনি। মপুঙ্সি মাঙডি মিংচৎ মাঙডি, লক্ষ্মী চেল্লি। হিংনা হিংনা নোরোক তারবনি। (২০) মীওইবগী শিবা হায়বা কম্মসি পুম্নমক্কগী মানা মরুরে মপোক অসি মাগী অ'রাইবনি, মাগী মাগী খোইরেন্দা শিবা, লমখাংদা শিবা, ফনা শিবা ফত্তনা শিবা খরদং ইজরি। মোইবুং মখোন তাদবা, তুলসী ফংদবা, তীর্থগী জল, সালচক্রগী চরনামৃত, তীর্থ সেবা ওইরুরবা বৈষ্ণব, ব্রাহ্মণ ফংদ্রবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ নাম শোন্দনা, তাদনা শিরিবা জীবদু (অপমৃত্যু) লমখাংদা শিবা কৌই, অফবা নত্তে অমাঙবনি। (২১) অডুনা শিরমদাইদা তৌগদবা খরদং ইজগে, পাক্লা চাউনা ইজবা গুপ্মোই য়াম্না লুখবা সাধু সঙ্গ, অচেৎপা মরম লৈগ্রে। অদুগা, মীওইবগী শিবা কান্দা তৌখিবা কর্ম্ম অসিদি চেগাইগী ময়েক্কুম্বনি, পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক লৈপাক ওল্লি লৈপাক্লা শাবা চক্দি চেগাইদি চহি কয়া লৈদুনসু লৈপাক ওন্দে। (২২) অদুগুম্না শিরমদাইদা তৌখিবা কর্ম্মদি মপোক কয়াদা কোকপা রাই। মরম অসিনা মীওইবনা লুনা

ব্রাহ্মণ স্পর্শিয়া কিবা দেখিয়া আকাশ।
কৃষ্ণনাম গুণগায়া রোদন শব্দ নাশে॥
শঙ্খ মৃদঙ্গাদি নাদে গুরু পাদাশ্রয়া।
বৈষ্ণব আনিয়া পাদোদক ধূলি লৈয়া॥ (২৩)
কুষ্ঠী কাঁশি পাপী আর অদীক্ষিত জন।
দীক্ষিত যদ্যপি হয় বহির্মুখ জন॥
এপাচ বৰ্জ্জিয়া কৃষ্ণনাম উচারিয়া।
বোলিতে না পারে যদি কর্ণে ফুকারিয়া॥ (২৪)

পাদোদক প্রসাদাদি সেবন করায়া।
ছাড়াইবে প্রাণ সুধী গুণ বিবরিয়া॥
নিজ পিতৃ মাতৃ ভ্রাতৃ বান্ধবাদি লোকে।
হেন কর্ম্ম যে করায় কৃষ্ণ পায় সুখে॥ (২৫)
গালব মুনির কথা শ্লোকেতে প্রকাশে।
পদ ছন্দে কবিগণে যতনে লিখিছে॥
তার অনুগত করি লিখি মঙ্গিসিংহ॥ (২৬)

ইতি সদাচারাবলি গ্রন্থের মরণ কাণ্ড চতুর্থ কাণ্ড
সমাপমুং গ্রন্থ সম্পূর্ন।

---

হোৎনগদবনি, শিরমদাইনা মরুরে। শিরমদাই য়োররুবদা শিগদোরিবা মী অদুগী ফনবা, অহিংবা মচা-মশূ অমসুং মরুপ-মপাংনা হোৎনবিগদবনি। শালগ্রাম সেবা তৌহনবা গঙ্গাজল ফংহনবা তুলসী শোকহনবা ঈশ্বর দর্শন তৌহনবা নাম তাহনবা শোনহনবা। (২৩) ব্রাহ্মণবু শোকহনবা নানবীহনবা আকাশ য়েংহনবা। কৃষ্ণগী নাম গুণ অমসুং প্রার্থনা তৌজবা, শোনজবা, শকচবা, তাজবা। মীকপ খোঞেন তাহন্দবা। শঙ্খধ্বনি, পুং করতাম্নচিংবা কৃষ্ণনাম শোনবা যম্ব মখোন তাহনবা, শ্রীগুরু আশ্রয় তৌহনবা, বৈষ্ণবগী চরণ ধূলি, পাদদোক ফংহনবা। (১৪) অসি শিরম-দাইদা, মচানা, মশূনা, মরুপ মপাংনা লাওগদবনি। অদুগা মখন ৫ চঙহনলোই। কুষ্ঠি থুংবা। হারা থুংবা। মমিৎ তাংবা। পাপী হায়বদি মথুৎনা মীবু হাৎপ্রবা। শ্রীকৃষ্ণবু নীংদবা বর্হিমুর্খ মখন ৫ অসি য়াওহনফদে। শ্রীকৃষ্ণগী নামদি শোনবা ঙমদ্রবস্থ মাগী মনাকোংদা কামশিনবিগনি, লোনবীগনি। গুরুগী পাদদোক, ঈশ্বরগী প্রসাদি সেবা ফংহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউহন্দনা, শ্রীচরণ তানপ্রবা জীবদো মবুঙোবু ফংপ্রবনি। অসিগী থৌরাং অসি তৌদুনা শিহনপ্রবা অদুদি অশিবা অদুদা ফবা নত্তে থৌরাংলাংলিবা মচা মশূ, মরুপ মপাং অহিংবা জীবশিং পুম্নমক লাম্লে, কৃষ্ণ চরন ফংলে, শিপ্রিবা ইমা, ইপা, মরুপ-মপাং পুম্নমক অদুসু শ্রীকৃষ্ণচরণ ফংপ্রে। (২৬) লেঙঙিবা পুরান অসি গালব কৌবা মুনিনা শ্লোক ছন্দদা লেংদুনা থম্বিরম্মী। কবি কয়ানা পদ ছন্দদা লেংথোক-পীরম্মী অদুগী মতুং ইন্দুনা তোল্লবা মঙ্গিসিংহনা খরদং ইজার।

মতাং অসিদা সদাচারাবলি [illegible] মরন কাণ্ড কৌবা ৪ শুবা অধ্যায় লোইজরে। ঙমজ[illegible]ং ইজবা মতা[illegible]সিনা লোইরে। সম্পুর্ন।



[illegible]—
অইবা মশাবক।

কোপী মশীং :— ১,০০০
১৯৭৬

অইবগী কোঙথ্রবা লাইরিকশিং :—

মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরাণ বিজয় পঞ্চালি।

১ম খণ্ড শ্রীগরিবনিবাজ চরিত—মমল লুপা ৫

২য় খণ্ড শ্রীভাগ্যচন্দ্র চরিত—
শ্রীগোবিন্দ নিরূপন — মমল লুপা ১২

৩য় খণ্ড শ্রীলাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ, মার্জিৎ, গম্ভিরসিংহ
নরসিংহ, দেবেন্দ্রসিংহগী ( চহি ৭ খুন্তাকপগী রাজা)
— মমল লুপা ৬

৪র্থ খণ্ড শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি চরিত —
( জিলা দরবার ) — মমল লুপা ৬

৫ম খণ্ড শ্রীসুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র,
( খোংজোম লানগী রাজা ) — মমল লুপা ৬

লাইরিক কংফম :—
১। সিংজমৈ পান বাজার — মঙ্গীসিংহগী দুকান।
২। রাজাপুর থাংপাৎ মপান — মঙ্গীসিংহগী ময়ুম।

মখুম :—মণিপুর গীতা প্রেস, সিংজমৈ মায়াই ইরাল, মণিপুর।